# লম্লানবীদো মমাদো

(ঝারীমচাশিং)

য়েংখোম নিলচন্দ্র



সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং

**'Lamlanbido Mamado'** a collection of 15 short stories written by Shri Yengkhom Nilachandra of Kakching Khullen Makha Leikai, P O Kakching-795103 and published by the Sahitya Seva Samiti, Kakching, Manipur

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | জুন ২০০৭ |
| অফোঙবা | ঃ | সহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং |
| মখুম য়েকপা | ঃ | ১. শ্রীহুইদ্রোম কেপেন্দ্র সিংহ<br>ৱাংখৈ থাংজম লৈকাই। |
| | | ২ য়ুম্নাম গুনিন্দ্রো সিংহ<br>কোংপাল ক্ষেত্রি লৈকাই |
| লাইবিক মশীং | ঃ | ৫১০ (চাম্মঙাতবা) |
| মমল | ঃ | লুপা ৮৫ ০০ |
| কোপী রাইট | ঃ | অইবা |

---

নম্ফম ঃ ইমোইনু প্রিন্টর্স, খুয়াথোং নাগমপাল রোদ, ইম্ফাল-৭৯৫০০৪

মচাশিংবু অমত্তা ওইনা কোনশিন্দুনা মঙালগী
মায়কৈগেদা লমজিংবীরিবা ইমাগী মফমদা

# ৱাহৈ খরদং

হন্দক ফোঙদোকচরিবা 'লম্ভ্রানবীদো মমাদো' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিনা ঐগী অনীশুবা ৱারীমচাগী লাইরিক্নি। ইং ২০০৪ গী নবেম্বর থাদগী ইং ২০০৬ ফাওবদা ইখিবা ৱারীমচা তরামঙাগী অপূনবা লাইরিক্নি। লেপ্তনা হোংলক্লিবা সমাজগী শক্তমশিং অমসুং উরি-তারি, খেংনরিবা থৌদোক-ৱাথোক কয়াদগী ভাবনা শাগত্তুনা ইখিবা ৱারীমচাশিংনি। অদুবু ৱারীশিংসিদা য়াওবিবা পাত্রশিং অমদি থৌদোক-ৱাথোকশিং অসিদি অতম্মনা শিন্নবা নত্তগা হিংলিবা অমত্তগা মরী লৈনদে। করিগুম্বা মান্নরম্বা য়াওববদি মদু তান চানব্বনি। অদুগা ৱারীশিং অসিনা সমাজগী মিংশেল নত্তগা সাহিত্যগী মচল ওইবা ওন্নিব্রা, ঙমদব্রা হায়বদুসু খঙজদে। অদুবু ইকব্বনিনা ফোংদোক্নুনা মীয়ামদা পাহন্নীংবগী অপাম্বদি লাকই। মতাং অসিদনি ঐঙোন্দা অকবা ৱাফম অনী মায়োক্নরক্লিবা। অহানবদা বনান অমসুং অনীশুবদা মমিং থোনবা' ইশা ইরোমদোম ৱাবেপ লৌবা ঙমজদবগুম্বা অমা ফাওবকই। দি এম কলেজ কেম্পসত্তা লৈবা ককচিং তুবেল ৱাংমগী ওঝা শ্রীক্ষেত্রি. বাজেশ্বরগী মতেং লৌজকই। প্রূফ পাবীবগী মথক্তা লাইবিক্কী মমিংসু ওঝাসিগী পাউতাক লৌজদুনা থোনখিবনি। শিংঙন্নবোইদবা ওঝাগী লমন তোনশিঙ্গরবনি।

পূম্নমক অসিগী মথক্তা লাইবিক অসি ফোঙবগী দাইত লৌবীখিবা মণিপুরগী মখোঙ চেংলবা অবিবা সাহিত্য সংস্থানশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংবু থম্মোয় শেংনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি। মসিগীদমক অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা সংস্থানগী সেক্রেটবী শ্রীপুক্রম্ব বাজেন্দ্র অমসুং মেম্বর লোকেন মোইরাংথেম, ওঝা অনীবুসু থাগৎচরি। অদুগা মশাগী অচিনবা কয়া কাইথোকপিদুনা লাইবিক মখুম য়েকপগী থৌদাং লৌবীখিবা ৱাংখে থাংজম লৈকাইদা লৈবা শ্রীইবোম কেপেন্দ্র অমসুং কোংপাল ক্ষেত্রি লৈকাইদা লৈবা শ্রীয়ুম্নাম গুনিদ্রো, ওঝা অনীগী লমন তোনশিঙবে। লাইবিক নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবা 'ইমোইনু প্রিন্টসকী ইচীল-ইনাও, স্তাফশিংবুসু ঙমখে লৈতনা থাগৎচবি।

অশোয়-অঙাম পূম্নমক পাবিবিবশিংনা মীনুংশিগা লোয়ননা তাকপিরকপগী খুদোংচাবদু ঙাইজরি।

তাং ২৮।০৫।২০০৭ ইং

য়েংখোম নিলচন্দ্র

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মকম অমসুং মতম্না ঐখোয়বু বাংমা লাহোকপা ঙমদ্রবা পীক্লবা ঙমখৈশিংগী মনুংদা থম্লীবি। অদুনা উনরিবসিদি ঙাইহাক্তগীনি। লোইবা নাইবা তেনদ্রবা পুন্সিসিদা করিগী ঙাইঙমদনা ঐখোয় ঈশেল হাৎনবিবনো ? লানশিংগী হৌরকফম ওইরিবা পৃক্লীংদুদা সাহিত্যনা শান্তি পীবা ঙম্লবোইদ্রা ?

সাহিত্যগী পোখোকশিংগী অৱাংবা পান্দমদি পাবদা নুঙাইবা পীবখক্তা নত্তনা অপাবগী পৃক্লীংদা ঈংথবা পীবা, নুংশি চান্নবা হিংমিন্নবগী ৱাখল পোকহনবা অমসুং ফংঙমদনা ফংজবিবা তাঙলবা পুন্সিবু খ্বাইদগী লুনা-পাম্মুনা খলহনবনি।

সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং মশাগী ৪১ শুবে। চাওববা মীথুংশঙসিদা থুংলবশিং খক্তা নত্তনা অথাপ-অথাগ্না মফমশিং ফাউবদা মসিনা শান্তিগী মপাও য়েনবা ঙম্বা ওইসনু।

য়েংখোম নিলচন্দ্রগী অহানবা ৱারীমচা ১৭ য়াউবা লাইবিক 'লানঙমদ্রবা পল' ইংকুমজা ২০০৪ গী জুলাইদা ফোঙদোকখ্রবা তুংদা অনীশুবা খৃদোল ওইনা 'লম্নানবীদো মমাদো' মিংথোনবা ৱারীমচা ১৫ য়াউবা লাইরিক অসি সমিতিগী ১৫ শুবা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা ঙম্বসি নুংঙাইজে।

তাইবঙসিদা লাক্লম্বশিংনা চৎখ্রবা তুংদা মখোয় ৱারী ওনখি। ৱারীখক্তনি লৈহৌগদবা। য়েংখোম নিলচন্দ্র ৱারী শেম্বা মীনি। ফজবা, মমল য়াম্বা, শিবা নাইদবা ৱারী কয়া শেমদুনা মথং-মথং লাকদবশিংদা খৃদোল তন্নম্বা ঙম্বা ওইবসনু।

পুখ্রম্বম রাজেন্দ্র সিংহ
সেক্রেটরী
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিং

তাং ২৮।০৫।২০০৭ ইং
নিংথৌকাবা, ককচিং

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# থূপ্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দা

থা মখায় অমা হেল্লক্কে, কোম্বীবৈনা অযুক্কী বাকিং চংপা লেপ্লক্লিবা। নুংতি নুমীৎ খুদীংগী নোংঙানগ্রিঙৈদগী হৌগৎতুনা মপুবোইবা চন্দ্রসিংগা লোয়ননা চৈঙুওই-লীচৈওই অমমম পায়দুনা চংমীন্নবম্বনি। মানা লোক খবা খুবকপদগী হকচাং ঈংহনবা ফবোই, লাইহৌ য়াওবক্কনি হাযদুনা চন্দ্রসিংনা লেপহনখিবনি। মহাক মশানবুদি কবিসু তৌবোই চংকে হাযজবম্বনি। অদুবু চংহনখিদ্রে। হৌজীক্তি মহাক লোক থুংবা ফববনি, বাকিং চংপা য়াওবা য়াববনি। অদুবু অমুক্তং কায়খিবদগী মতম চানা ঙল্লা অমুক হৌগৎপা ঙমদ্রে। অমবোমদা, চন্দ্রসিং অমদি মচা-মমৌ, মশূশিংনা লুমন্না তৌবদুদা মঙোন্দা কেদানবা অমসু য়াওবক্কে। অয়াম্বা মতমদা চন্দ্রসিংনা বাকিং হল্লক্তুনা হৌদোক্লদ্রি ফাওবা ফম্মুংদগী হৌগৎতনা লৈবে।

ঙসিদি অয়ুক্কী পুং তবাক মখায় হেল্লক্কবা ফাওবা চন্দ্রসিং বাকিং চংখিবদগী হল্লক্ত্রি। অদুবু কৈথেল্দা য়েনশাং-নাপী, অতেক-অনৌ য়েংবা হাইজিনখিবা ওইবিনি খন্দুনা কোম্বীবৈ নীঙাইদে। মবমদি মসি মানা তোয়না তৌগনবা মাগী হৈনবীনি। অদুনা কোম্বীবৈ ফম্মুংদগী হৌগৎতনা লৈবি। মতম অসিদা থাবল্লে মম্বাং কোল্লি-কোল্লি তফিং-তফিং লাক্তুনা চুবি বাংমদা লেপ্লগা কৌবৈ,

—হো কোম্বীবৈ, কোম্বীবৈ, তাবিব্রনে ?

কনাসু খুন্নক্তে। মথক্তা অমুক শোল্লী,

—মখোয় ইমুংসিবু কনা অমম্তা লৈত্রবা ?

পাম্ফোইনা ঈশিং থল্লা য়াওরবা সনাবুল অমা য়েগ্গুনা কোম্ফোংদগী চঙলকপা উবদা থাবল্লে মঙোন্দা ওনশিনখি।

—ইবেম্মা পাম্ফোই, নবোক্তুবু কদাইদা লৈত্রবগে ? বাকিং হল্লক্ত্রিব্রা ?

—য়ানি অবোকহন, ঐখোয় অবোক লৈরমগনি। ঐ কৌথোকচবক্কে। মাঙ্গোলদা কাখৎপীয়ু ! ফানসিদা ফম্বীবমউ ।

পাম্ভোইনা চৎন-চৎনা খুন্নম্বনি। মহাক মনীঙথোঙ হাংদোক্তুনা চাকশঙলোমদা চঙখি। থাবল্লে মাঙ্গোল কাখৎতুনা ফানশাং থাবিবদুদা ফমহৌই। মীকুপ ফাদে, ইমুংদা লাউনবকই,

—হনুবী, হৌজীক ফাওবা হৌগৎত্রিব্রা ? নুমীৎ আ. য়ৌদ্রে।

—য়াম্নৈমচা, তপ্না হৌদোকপা য়াদ্রো ! হকচাংনগা নুংঙইতবগা ইখং-খংইনে !

—নবৌদু তৌবক্কনু ! নাহলদনা নাবা ফববনি। পুপু ঙাইহিবিবা নত্ত্রো ? হনুথংদা য়াম্না হেঙ্গীল্লক্কনু ! য়েংনীংদে হায়বিসিনি!

—লমহেনবী, কবিগীনো নঙনা মচোমপাক নাইদবা বাদু ঙাংলিবা ? নঙ ঙসি য়ৈবক্কেদো !

—ঐনা হায়বিসিবু অবানব্রো ? ঐখোয়সু মীৎ-না পানজৈয়ে ইবেম্মা ! ঙাইহাক লৈবগা হনুবদু হায়রকনি, অদুগা মনাক্তা তুমীন-তুমীন মীবৎ-নাবৎ য়েংদুনা চঙশিনব্রনি, মখোনকা থোংথবদুনা 'কোম্বীবৈ' কা হায়দুনা। অদুদগীদি খঙদে, চিংবু চিংখৎপিবিব্রা, থাংবু থাংবিবিব্রা, পোল্লি-পোল্লি তুংথ-মাঙথা হেক থোকমীনরক্কদনা ! ঐখোয় মীৎসি নাববনি। কান্নদে হৌগৎলোসে, অবোকহন লাকই।

—লাক্কে লাকচসনু, কনাগী অবোকহন্নো ! নঙ মঙায়বেহে মীবৎ-নাবৎ শিংলিসে ! চীনথীবী লমহেনবী ! মসি হয়েং মনেম-মকু ঙমগদৌবিনে !

—কন্না ঙাংগনু হনুবী। অবোকহন থাবল্লে মাঙ্গোলদা ফম্লি, তাখিনি।

—তাগে তাজসনু। ঐসে শাউবিবনি খঙউ !

—অদুদি নথন্তা অদুম শাউজহৌবো ! ঐ অবোকহনদা হায়কবগে ? চৎলে।

পাম্ভোই মোমোন-মোমোন তৌনা মনীঙথোঙদগী অমুক থোক্লকই। অদুগা থাবল্লেদা ওনশিন্দুনা হায়বৈ,

—ঙাইহাক্তা ফম্বীবমখো অবোকহন, ঐখোয় অবোক থোক্লকনি। ঐ চা লোল্লক্কে।

মহাক অমুক হন্দুনা চঙখি। কোম্বীবৈ শাউবি-শাউবি মচীন্দা মুকম-মুকম শোন্দুনা মমাঙথোঙদগী থোক্লকই।

—মাগুম্বা অঙাংনসু ঐবু উশিত্তবা। মা ঙসি খঙনি!

অদুগা দাবী মপান্দা নোম্ভদুনা লৈবাক্তা মখুৎনা শোক্তুনা লাইবক অহুম্লক কংলম্লগা থাবল্লেদা ওনশিল্লকই।

—কম্মাম কুইবীবল্লে, ইচে ? লোকী মনিললা হকচাংসি ইনমদা-নমথদুনা লৈরবনি, ঙসি ঙরাংসি। ঙাইহাক্তা ফম্বীরমখো, ঐ মায় মীৎ অমুক্তা তাথোকচরকখিগে।

কোম্বীবৈনা মবী-মবী ঙাংথবকপনি। মহাক পহৃদনা মনীঙলোমদা চঙখি। থাবল্লৈ 'হোয়, হোয়' হায়দুনা ফমদুনা লৈর্হৌই। মীকুপ খবগী মতুংদা মহাক গমশা মচা অমনা মমায়-মমীৎ তৈথোক-তৈথোক্লা থোক্লক্লগা থাবল্লৈগা ফান্দা ফম্মীন্নবৈ।

—ইচে, কদাই কদাই য়ৌবীরম্বগে ?

—নহাক উনবা লাক্লিবনিনে। নঙবু ...!

—অবোকহন ববীদু ঙাইবিখো ! চা হান্না থকখিসি !

থাবল্লৈনা মখা তাবা হৌবকপদা পাহৈাইনা মখুৎতা ত্রে অমা পায়দুনা চা কপ অনীগা বিসক্যুৎ খবগা হাপ্তুনা চঙলক্লগা মরক থৎলকপনি। ত্রেদু মখোয় অনীগী মবক্তা থমদুনা মহাকসু ফান্দুদা কোম্বীবৈগা তপ পক্লনা ফমথবকই। থাবল্লৈনা হংই,

—ইবেম্মা নঙগী চাদি ?

—মখোয়গীদি চাকশঙদা, পুবিও-সবজিও ঙসাইনা লৈবন্নদৌপোৎনি। বিসক্যুৎকা চাবীপোৎ নত্তেদা !

*কোম্বীবৈনা খুন্নকপনি। পাহৈাইনা থুনা ওকই,*

—হনুবী নখোয়গা ঐখোয়গা মান্নবা মাত্রো ?

অদুগা কোম্বীবৈগী খুত্তগী গমশাদু লৌদুনা মাগী চুবাদা চোৎলিবদু তৈথোকপি। কোম্বীবৈ মোমোন তৌনা পাহৈাইনা তৌবদু তুমিন্না য়াদুনা লৈ। মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা থাবল্লৈনা হায়বকই,

—নখোয় নশূ-নবেনগী কুম্মৈসি উবদা ঐদি ওহৈাক্লা নুংঙাইজল্লে। অবা-অনাকা পুমকাউ হেক কাউগদবা মাল্লী।

—ইশূসিনা ঐগীদি ইমাসু, ইমান্নবীসু শক্লবনি। ওহৈাক্লা নুংশিব্রবা !

*কোম্বীবৈনা খুন্নকপনি। পাহৈাই 'হম হৈবীরেহে' হায়না মচীন পৈথোক্লুনা খুম্নন্নগা হৈগৎতুনা চৎখি। কোম্বীবৈ থাবল্লৈ চা থক্ল-থক্লা ববী শান্নহৌই।*

—নঙবু অশিফমদা কৈদৌঙৈ চৎলুসিগে হংবা লাক্লিবনিনে !

—এ ! কনা লৈত্রগেনে, ইচে ?

—নঙ তাদ্রিববনে ? নাওবেমগী ওঝা পুঙয়েবদু ঙবাং নুমিদাং লৈখিদ্রেনে !

—ওঝা গোপালবো ? ঐদি তাগ্রিনে ইচে !

—ওহ্মোক্লা পাম্মুগ্রে। অদুক হাক্লা অহল ওইবসু নত্ত্রি। মতম খবা লৈবা য়াবিবনি। অফবা মীসি লাইনসু হেক পাম্মী।

—হোইনে ইচে, চহীসু ইচেখোয়গী লেংগা ওইবমগনি। লৈবা য়াবিবনিনে।

—মশকনে, মতৌনে, পুঙলোম্লে, মন্দিব ময়ায়দা চঙখিবদা তোপ-তোপ্পা মগুণ অমা লৈজবা নুপানি। মানা মপাল ফবিগুঁদদি মাবু নম্বীনবা লৈতবনি।

—হোয় ইচে, পাম্মুই। অদুবু ঐখোয়না শীল্লুবা ভত্রদি নত্তেদো! ঈশ্বব মাগী লিল্লা ভাত্তনিদো। হোবেন নুমিদাংবাই লাইবিক লোইবকপগী মতম অদুবাইদা চৎলুবসিদো, ইচে ?

—ফবে, ফবে, অদুদি নঙনা ঐখোয়বোমদা হেক কৃমথবকও ! ঐ ভাইবল্লগে ?

—ফবে ইচে, হোবেন্দু ঐ লাকচবগে !

—অদুদি ঐসু চৎলগে ?

থাবল্লৈ চা থকপা লোইবগা তাঞ্জা চান্নবা কপতু থমদুনা হৌগৎলকই। কোম্বীবৈসু হৌগৎলি।

—ফবে ইচে !

থাবল্লৈ চৎখি। কোম্বীবৈ অমুক ফমথহৌই। মহাক খঙহৌদনা শ্বব শাংনা হোনখি। মায়খোংদু তপ্ল-তপ্লা মকশিল্লকই। চহী কয়াগী মমাঙদগী মাগী থম্মোয়গী কাচিন্দা অমুক হাংদোকপ্রবোই খন্না থুপ্তুনা থমগ্রবা নীঙমখিগ্রবা পুন্সিগী তাংকক অমগী বাবীদু তপ্ল-তপ্লা চিংথোক্লকই, মথং-মথং খাম্বা য়াদনা।

*

কোম্বীবৈনা অহানবা গোপালগা শকখঙনখিবদি ওঝা নিত্যাইখোয়গী মমাঙ শঙ্গোয়, জগোই বাস তম্ফমদনি। নুমীৎতু ওজা নিত্যাই জগোই তম্বীবা লেপ্তুনা অবাবা বাখলগা লোয়ননা মাগী পৃঙগী ছাত্র পাখংদুগা ফকতোপ অমদা ফম্মীন্নদুনা তুমিন্না বা খন্নদুনা লৈখি। মখোয় অনীনা খন্নবিবদু মমাঙদা ফন্নিবী জগোই তম্বীশিংদু অদে। অদুবু মখোয় খঙই, বাফমদু জগোই মকোক চিংবীগীনি। মবমদি জগোইদু মকোক চিংগদবা ওঝা নিত্যাইগী মশৃনুপী অহল কুঞ্জেশ্ববী নুমীৎ তবানি হেন্না অক্লবা ফাওবদা খুৎথেক-শাথেক মওং তাদবতা নত্তনা খোঙথাংদা তান পুবা শৃংঙম ভাখিদে। অমবোমদা জগোইদু ফোঙগাদবা নুমীৎ কুম্নি ফাদ্রবনি। মেবাগী পুর্নিমা বাযুংবা নুমীৎত শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী মন্দিবদা ফোঙগদবনি। অদুনা ওঝা নিত্যাইদা নত্তনা জগোই শাবী পুম্নমকসু বাবনা নিংদোল পোম্লববনি। ভাইহাক খন্নববা মতুংদা পাখংদুনা কোম্বীবৈদা খুদোম্বী খিন্দুনা কৌবকই,

—ইবেম্মা, নঙ অমুক্তা হৌগৎলু !

কোম্বীবে পাখংদুনা কৌবক্লিবদু মাবুনি খঙই। অদুবু খংহৌ হৌগৎপদি ঙমদে। অম-অমদা য়েংদুনা লৈ। ময়ামদুসু মখোয় মশেল অমগ-অমগা ইচিং-চিংননা য়েংনদুনা লৈনৈ। মমৈদা পাখংদুনা ময়েক শেংদোক্লকই,

—খবা বাংবী, কুচু ঙৌবী নঙবুনি। হৌগৎলু, নঙগী জগোই য়েংসি !

কোম্বীবেগী ঈ থাংনা ঙৌববা খজাই অনীদু অমুক্তা হেন্না ঙাঙশিল্লকখি। অদুবু মহাক হৌগত্তুনা পাখংদুগী পৃঙলোন তাম্বাগা চান্ননা নাইতোম জগোই শাখি। মাগী জগোইদু পুক্লীং চংনা ঙইহাক য়েংলবা মতুংদা ওঝা নিত্যাইনা মাযথোংদা হবাও-তযাম্বগী শক্তম অমগা লোয়ননা গোপী শাবী ময়ামদুসু কৌথোক্তুনা কোম্বীবৈগী মতুংদা পবেং লেপহন্দুনা জগোই শাহনখি। কোম্বীবে হবাওবগী ঙমখে লৈখিদে। অদুগা মদুগী তৌবীমলগী ইকাই খুম্নবা পুন্নমক পাখংদুদা পীখি। থৌদোক্তুনা শৈহৌ ওইদুনা লৈশা-পাখং অনীমক মীৎয়েং অমদি শাথেক্লা নুংশি পাউখোং চন্নবা হৌবকখি। ফোঙদোক্তবা নুংশিবনা মখোয় অনীমকপু মতম খবা ওমচাক্লনা খাঙহনখি।

কোম্বীবৈগা গোপালগা চপ-চানা মশক মমিং তাক্লদুনা থম্মোয়গী পাউখোং ফোঙনখিবদি জগোই বাসতু ফোঙগ্রবা মতুং মঙানি শুবদা জগোই শাবীশিংদুগা পুন্না ওঝা নিত্যাইগী যুমদা চাক চান্নবা নুমীৎতুদনি। থম্মোয় অনীগী অপাম্বা পোৎশক অদুনা অমত্তা ওইবন্নবদা মখোয় অনীগী থম্মোয়সু অমত্তা ওইখি। চেহ্মীন্নবকখি নুংশি ঈচেল মনীং-তম্না কাওশিঙ-কাওবাং কয়া তুংওইনবমদুনা। নোংমতং উনহৌদবদা তৃম্না-চাবা চঙনখিদে।

*

নোংমা ইথা-থাজদনা কোম্বীবৈগী মমানা কোম্বীবৈবু কৌশিন্দুনা হায়বকখি,

—ইবেম্মা, ইমা ঙসি নঙোন্দা বা হায়গে। নহাক মুন্না তাও ! মসিদা নঙনা ঐখোয়গী ইজ্জৎ, নশাগী তুংগী ওইবক্তদবা পুক্সি অমদি ওঝা গুরুগী মফমদা থমগদবা থৌগল্লোন ব্যবহাব পুন্নমক্তু কৃপ্না, মুন্না খল্লগা ফিবেপ লৌগদবনি। নহা ওইবা ইনখৎলকপগী তয়াং-তয়াংবা খাখলনা নশাবু লাঙ্গোই চলহল্লোইদবনি।

কোম্বীবৈনা মমাদা ঙক্লা য়েংদুনা হংলকখি,

—ঐবু কৈদৌবগে ?

মমানা মোংহাদনা খুম্নকখি

—নঙ কৈদৌই হায়বা নত্তে। ওঝা নিত্যাইনা নঙবু মচানুপা অহল

চন্দ্রসিংগী মমৌ ওইগে হায়বল্লি। মহৈদি এম.এ. নি। কলেজগী ওঝা ওইবেসু হায়। লমদমসিগী ওইনদি অতাঙবনি। নপাবুংগা ঐখোয় অনীগীদি অয়াবা পীথোকখ্রসি হায়দুনা বাবেপ্লববনি। অদুবু নঙোন্দা পাউসি হায়া খঙহনবনা চুমগনি খন্নদুনা হায়বল্লিবনি। নহাক ঐখোয়গী .. . .!

কোম্লীবৈ মমাগী বাহৈশিংদু লৌহ্নবা ফাওবা তাঙমখিদে ! থম্মোয়দগী হৌবকপা থিংঙমদ্রবা অশাউবগী মৈবিদুগী মৈশা খাঙবদা মহাক হকচাং নিকখি। অদুবু পুক্লীং ফাথদুনা মমাদা খুমখি,

—ঐহাক য়ুম পানবা ঙমখিবোহি। বাফমদু থুনা হায়দোকপিথো।

মাগী মতৌদু উবদা মমা মখা তাবা ঙমখিদ্রে। কোম্লীবৈ পল্লদনা গোপালগা উনদুনা মমাগী বাফমদু তম্লুই। খনখি, গোপালনা শোয়দনা মদুগী চপ-চাবা পাউখুম পীবক্কনি। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা বাফমদুনা গোপালগী থম্মোখবু খংশোন-শোল্লহনবগুম তৌখি। মহাক তপ্ন-তপ্না মঙোন্দগী লাপথোক্লবা হোৎনরকখি। কোম্লীবৈ নীংবা কায়বগী মথক্তা ককঙাওনবা অমসু য়াওবকখি। অমবোমদা মমানা মাগা চন্দ্রসিংগা লুহোংনবগী বাফমদু নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম তকশিনবা হেঞ্জিল্লকখি। মদুদা ওঝা নিত্যাই অমদি চন্দ্রসিং কন্না য়াওশিল্লকখি। বাফমদু অসুক্কী মতীক কনশিল্লকখি, মদুদি মহাক ময়ুমদা লৈবদা অকিবা ফাওবকখি।

কোম্লীবৈগী পুন্সিদা খ্বাইদগী থম্মোয় কায়খিবা নুমীৎতি মানা নুমিদাংবাই অমা মফি-মবোল খবা য়োমদুনা গোপালগী য়ুমদা চৎখিবা নুমীৎতুনি। নুমীৎতু লমদাগী পুর্ণিমা য়াওশং হৌবা নুমীৎনি। পুন্সিগী অবোইবা খোঙথাং ওইবগে খন্দুনা চৎখিবনি, ইকাই-অকি পুন্নমকপু থাজবনা খুদুম চন্দুনা।

*

—ইমা ঐবু কনবীয়ু ! ঐবু য়ুমসিগী মৌ ওইনা লৌশিনবীয়ু !

কোম্লীবৈনা তফিং-তফিং চঙলক্লুনা গোপালগী মমাগী মখোঙদা তুদুনা নুংহীক্লনা হায়খিবনি। মহাক ঙকচান্ননা চপ লেপ্পুনা কোম্লীবৈদা য়েংদুনা হংলকই,

—নত্তে ইবেম্মা, ঙাইখোনে ! নঙবু কনানোনে ?

—ইমা ঐগী ইমিং কোম্লীবৈ কৌই। ঐ ওঝা গোপালগা ... !

—কোম্লীবৈ, কবিনো নঙনা তৌবল্লিবসি . . . ?

গোপালনা চঙলক্লুনা ঙকচান্ননা কোম্লীবৈদা ফিংনা হায়বকপনি। অদুবু কোম্লীবৈদি মাগী পুন্সিগী ঙাক্লৌ ওইবগনি খল্লবিবা মহাক অদুনা মমাঙদা লেপ্লববদা

বাখলগী অকি-তুজুংবা পুম্নমক মাংখ্রে। ইচং থৌনা খুন্নকলে,

—ঐ যুম থাদোক্তুনা চেন্নরকবনি। ইমা-পাবুংনা ঐবু চন্দ্রসিংগা লুহোংনবা শেম-শাবা লোইহ্রে। ঐ যুমদা অমুক হল্লবোহি।

গোপাল হায়ফম তৌফম খণ্ডদনা চপ লেপ্তুনা লৈখি। মমানা কোম্বীবৈবু কোনশিনবীদুনা পিবাংনা চোংলবা মায়থোংদু তৈথোকপিদুনা নুংশিনা হায়বকই,

—কবিগী বাবিবনো ইমৌসিদি' ইমানা পুম্নমক ফনবা শীনগনি।

—অমুক্তা ঙাইবিথো, ইমা !

গোপালনা মশাগী পুক্লীং ফাজীঙ্গববগুম মমাবু থাল্লকপনি। কোম্বীবৈদা ওনশিন্দুনা মখা অমুক তাবকই,

—কোম্বীবৈ, ফিংখিনু ঙাইখো ! নহাক্লা তৌবক্লিবসি অচৌবা অবানবা অমনি।

—নখুৎ চানবা বাবকপিয়ু ! অদুগা ঐবু য়ুমসিদগীদদি ইহোকপিগনু !

—হৌজিক মদু য়াখিবোইনে কোম্বীবৈ। নহাক্লা খল্লিববু কবিনো ?

— ঙাইখোনে ইবুংঙো, নখোয় অনীনা বাসি লুতোন্দতা ঙাংনৈ। ইমাবু ভাব মেন অমত্তা তাদ্রেনে !

মমানা মবক থংতুনা গোপালদা হায়বকপনি। অদুবু গোপালনা শকফম হঙ্গীন্দুনা মখা তাবকই,

—কোম্বীবৈ, নুপা ওইবগী পুন্সিদা ইশাগী ওইবা শিনফম অমা য়াওদনা কবয়া হিংগনি ? ওঝা নিত্যাই ঐগী পুন্সিবু মশক তাকদৌবিবা শিনফমসিগী অহানবা গুরুনি। ঈশ্বরগা পাংখক্লি। নহাক মহাভাবতকী কনগী বাবী তাববা নত্ত্রা ? দান লক্ষা তৌদুনসু মাগী গুরুদা লঙজখিবগী পাপ অদুদি মপুন্সিদা কোকপা ঙমখিদে। অদুনা ওঝাগী মফমদা ঐ লঙজনীংদে। মদুনা ঐগী পুন্সিদা নত্তনা নঙগী পুন্সিবুসু লৈখা তাহনগনি। নুংশিবনা নুংশিবগী মৃত্তু ওইবক্কনি। ঐ মদু থোকহন্নীংদে। নহাক ওঝাগী অপাম্বদু থুংহল্লকউ। মহাকপু পঙ্গৌ শক্লা সেবা তৌবকউ। মদুনা নঙনা ঐবু নুংশিবগী খুদম ওইবগে ! অদুগা ঐনা ওঝাগী বব ফংদুনা মীয়ামগী মীকোক থোংলক্তুনা সমাজদা ইশাবু শক-তাকপা ঙমজবকপা অদুনা ঐনা নঙবু নুংশিবগী অশেংবা খুদম ওইরগে। নঙনা ঐবু থাজবা ঐ খঙই। ঐনসু নঙবু থাজে। নঙ ঐনা হায়বিবসি য়াগদবনি, কোম্বীরৈ' লাকও, থেঙঙ্খগা ফত্তে। চংসি ঐ থিনবীগে !

মীকুপ অমত্তং মকা লাল্লববা কোম্বীবৈগী মায়থোংদু খঙহৌদনা মকশিনগ্রে। মহাক গোপালগী মচীন্দগী অসিগুবা বাহৈশিং অসি তাবক্কনি হায়বা কৈদৌনুংদা খল্লুদে।

কোকথক্তা ব্রজ শীশীং তারকপগুমখি। অদুগা মদুগী মৈরিদুনা থম্মোয়বু তাঙোই অনা চাকথেকখি। অদুবু মহাক গোপালগী য়াথংবুদি হীজোকপা ওমখিদে। মহাকপু বাবৌবসু ওমখিদে। থবায় য়াওব্রবা হংলাইনা শাবা লাইহীগুম মমুমদা অমুক হল্লকপা তাখি।

*

কোম্বীবৈ কয়া কুইনা নীংশিংবগী ঈপাক্তা লুপলুববনো খণ্ডহৌদে। পাম্ভোইনা মনাক্তা চণ্ডশিল্লক্তুনা কৌবকপদুতদা ঈপাকুদগী লানথোক্লকই।

—অবোক কবি য়েনশাং থোংউগে ? করি চানীংই?

মহাক খুমদে। মমায় হায়ফেৎ থাংগৎতুনা ওকচাননা পাম্ভোইদা য়েংলকই। পাম্ভোইসু মবোক্কী মমায়দা মুন্না য়েংই, অদুগা ওক্লা হায়বকই,

—কল্লিরো অবোক ? কৈদৌবগে ?

কোম্বীবৈ মখুৎনা মীৎপান্দা তপ্লা মাবকই। মখুৎ চোৎলকপদুদা মহাক মতোমতা ওকচৈ, 'কবল্লা মতমদা মমীৎতগী মপি তাবকখিবনো ?' গমশা পাখৎতুনা মপিদু তৈথোক-তৈথোক্লা হায়বকই,

—ইবেম্মা, অবোক্কীদি চমফুৎলা কৈনো অমা তৌ ! অবোক ওসি ওা চাবোই।

—অদু কৈদৌবগে হায়বা ?

পাম্ভোইনা তকখৎলকপনি। কুম্বীবৈনা লুকথদুনা খুমই,

—অবোক হকচাংসি কয়া নুংঙাইতে!

পাম্ভোইনা কুম্বীবৈগী লাইবক্তা খুৎনম্মা শোকই। মখুত্তা অমুক পায়। হায়রকই,

—কৈসু তৌদেনা ! শেংনা হায়য়োবা, কবিগীনো !

—কবিগীনো নশূ-নবেন লাউনবিবদুনা ?

চন্দ্রসিংনা কোল্লমনি য়াওবা প্লাসতিক খাউ অমা পায়বগা চণ্ডলক্তুনা হায়বকপনি। মখা তাবকই,

—সে, ইবেম্মা, কোল্লমনিনি। য়াম্না তেক্লিবনি। কংঙৌ চাসি। ফত্রবা চীঙাক্লি। ওানা শোকপা নত্তে।

খাউদু পাম্ভোইদা পী। পাম্ভোই মদু লৌদুনা মচীন পৈথোক্তুনা চাকশণ্ডদা চণ্ডখি।

—তৌবক্লদৌনি, মখোয় অনীসিগী ! মান্নজন্নবা !

চন্দ্রসিং কোম্বীবৈদা মোমোন তৌনা য়েংলকই। কোম্বীবৈসু মভোন্দা য়েংখি। অদুবু খণ্ডদে, মাগী মহৌশাগা মান্নদবা শক্তমদু উবদা চন্দ্রসিংদা কবি ফাওরমগদবা !

○○○

# হল্লকপা

বুথীবাজনা ময়ূমদগী থোক্লকখিবগী মবমদি মানা টুয়েল্‌ভকী পবিক্কাদা অনীবক হন্না থাববা ফাওবদা পাস তৌবা ওল্লক্তবদগী মাগা লাইবিক তম্মিন্নবা মকাপ-মপাংশিংগী অমদি মাগী নুংশিজবী তাংখুল নীঙোল অঙন্নাগী মমাঙদা চাং তাম্মনখিবদগী ইকাইবনা লেপ্পা ওল্লক্তবদগীনি। অহানবদদি মহাক মপূক্লীংদা চেনগে খল্লবসু ইবায়-লাইনা ময়ূম থাদোকপা ওল্লমদে। মমা-মপাগী নুংশিবা মীৎয়েং অমদি ইমুং-মনুং, কৈবোয়-লৈকাইগা লৈনবিবা ফোঙদোকফম খঙদ্রবা লীপুন অদুনা পুন্দুনা লৈবকখি। মমৈদা মপা মুহিদ্রোগী মীচৈ অমদা মপূক্লীংদা ইকাই-নুংশি য়ান্নখিদুনা ময়ূম থাদোকপা ওন্নগী খুদোংচাবদু লৌবকখিবনি।

—মীপাঙদা, অপঙবা ! নশাগী লাইবক্তি-নশানা শেমজগদবনিনে। হৌজিক নপা ঐনা কল্লিঙে, ইচীঙ্গাক খবা চাবিঙেসিদা মী ওইনবা হোৎনহৌদ্রবদি নমান্নবগী মীনাই ওইদুনা তোক্লদৌবিবনিনে ! নথীবোং পাল্লু, নুপা থোকউনে ! খবা লৈবগদি নতূ থিগে হায়বক্লনি। অদুদগীদি নচা পোক্লকনি। নতূ-নচাশিংদু নঙনা কবি তৌবগা থাকদৌবি ? লাইবিক তন্নিবনি হায়দুনা অতোপ্পা থবক অমত্তসু হৈহৌদে। নঙনা হৌজিক লেপ্পা চাবিবা নমা-নপাগী হোত্তেলসিদা পূল্লিগী চাদুনা লৈবা য়াবোইনে !

মপাগী অহকপা ৱাহৈশিংসিগী অর্থ মহাক চপ-চানা খঙখিদে। খঙগে হায়নসু খনখিদে। মবমদি মহৌশানা মহাক মপাগী ৱা কয়া লৌবক্তে। ফনা চুপ্পা ৱা নক্তগা অক্কবা থবক ওইববসু মপানা হায়বকপবু ওইববদি লৈথোক্লদবগী, তৌবোইদবগীতা হোৎনবক্কই। মপানা খবা চৈ-থাংলুবদা শাউবিবনি হায়দুনা নোংম-নীনি য়ূমদা চাক চাদে। মমানা কেন-নৌনা থেল্লবা মতমদতা চায়। মসি মাগী অশোয়্নবনি। অদুনা মপাগী ৱাহৈশিংদুনা মাগী থম্মোয়গী লীপুন্দু ইবায় লাইনা তৎহনখিবনি। এয়াববেগ

অমদা সুপ্নগী ফুবীৎ-খোংগ্রাউ জুবা অমা, মানা মেট্রিক পাস তৌবা কুমদা অণ্ডন্নানা খুদোল তন্নকখিবা নাংকী শ্বাল অমা, মেট্রিক্কী মার্ক-সিৎ, সার্টিফিকেৎ হাপ্তুনা, অদুগা মপাগী উপু বান্নীদগী লুপা লীশীং মণ্ডা লোন্না লৌথোক্তুনা পুবগা য়ুমদগী থোক্লকখিবনি। হপ্তা অমবোমদি মহাক খুল লান্না চৎলমদে। অনকপা মকাপ-মপাং, খণ্ডন-চান্নবশিংগী য়ুমদা তাংদুনা লেল্লমই। মপানা শাউদ-শাউগ্রবসু মাবু নুংশিনা, লুনা তৌজবী, নোংমতং উহৌদবদা চবা ফাওবা হেঞ্জবিবী মমানা মাবু থিবকপগী পাউ তাননবা হোৎনবমই। অদুবু পাউদু তাবা ফংলক্রবদা থম্মোয়দা বাবৌবা অমদি অশীংনবা অমগা লোয়ননা মমা-মপাগী মবল.নদদি হিংব্রবোই, ওন্নগা মশানা তাঞ্জবগা হিংগনি, ওমদ্রগনা শিদোকখিগনি খন্দুনা গৌহাটি য়ৌবকখিবনি। বাবৌবনা হেনমনখিবনা খুদক্তুগী ওইনা থম্মোয়দা শিবগী বাফমদু থাঙ্গৎলুবগী বাতনি। তশেংবদি মহাক শিগে হাযনা খনখিদে। শিববু কি। মানা খনখিবদি গৌহাটিদা মহাক শোয়দনা হিংগনি, শেল থোকপা থবক তৌবা ফংগনি অসিনি। মবমদি মহাক্রা তাবি, 'গৌহাটিদা অবাং-নোংপোক ভাবতকী খ্বাইদগী চাউবা বেলরে-ষ্টেসন লৈ। থবক তৌফম শেল তানফম য়াম্না লৈ। হিংনবগীদমক্তি অরুবা নত্তে। গাড়ীমক্তা চৎপা য়াওববসু লায়না হিংই।' অদুগা চপ-চাবা কবি থবক তৌকগদগে হায়বদুদি গৌহাটি য়ৌবগা লেপ্পুবগে খনখি। চুম্নগী সাধাবনগী বাখল নত্তে, অয়ৌবীনি। মমাওদা লৈবম্না চীং-ফাওবা ফুরুগা লংথোকপা ওমগদৌবওম খল্লকখিবনি। অদুবু মহাক ওসি ফাওবা শেল থোকপা থবক অমত্তা তৌদ্রি। কবি তৌসিগে খনবা লোইদ্রি। শেংনা হায়কববদি লোইদবা নত্তে, খন্দবনি। মবমদি মহাক বাখল অমত্তা লুখনা খনবা হৈনদে। খন্নীংদে। পল্টন বজাবগী মচি অমদা ঈংনা অহোঙবা হোতেল অমদা কা মচা অমা লৌদুনা লৈবি। নোংমগী মনুংদা মানা তৌবিবা হায়ববু তুম্বা-চাবগী মথক্তা, নুমিদাং ওাইহাক বজাবদা নত্ত্রগা বেলবে ষ্টেসন্দা কোয়থোক্লবা অসিতনি। মবক-মবক্তা নুমিদাংগী অবোইবা ছোদা অনকপদা লৈবা সিনেমা হোলদা চণ্ডদুনা সিনেমা য়েংবসু য়াওই। তশেংনা হায়ববদা মহাক হৌজিক মশাগী অনীংবদা চৎচবিবা মনীংতম্না হিংলিবা মীশক অমা ওইবি। শৃপ্নতগী মাগী বাখলদা অপনবা ওইবিবা হায়ববু মহাক অয়ুক নুংথিলদা মপান থোকপা ওমদবা, মবমদম মরৈকাইগী মাবু খঙবা মী থেংনগদ্রা বাজবা অসিতনি। অদুবু মহাকী মায়থোংদা নুংওাইবগী মমিদি তাদে।

থা লোইরকপগী হোতেলগী শেল শিংদোক্লবদা লৈবগা চাবগগি পুম্না লুপা লীশীং অহুম তাবমই। লাকপগী ভাবানে, অতৈ-অতৈ চৎখিবনে, হৌজিক মাগী খুৎতা

শৃগ্নগী লুপা চাম্মা চৎপী মভাগা, মভা চৎপী, তরা চৎপীগী অচোংবা অহম-মবিগতা ভায়হৌবে। মহাক শাই লাউই। ফুবীংখাউদা লুপা লীশীং মবি-মভা য়াওবম্বুদা মহাক লোইনাইদবা কুবেবগী লনগৈগুম খল্লম্বনি। অসুম্না ময়েং খংতা-তাবক্কনি হায়বা থাজবমদে। হৌজিক্তি মখুৎতা লেমহৌবিবা শেলদুনা নুমীৎ নীনি-হুমনিদগী হেন্না চৎনববোই। মদু লোইখিবদা হোতেন্নদুদা লৈবা য়াববোই। খল্লুবদা মহাক হুমাং অনগী কাংলকই। মাগী কাদা চঙলক্তুনা ফম্মুং ময়ায়দা ফম্লগা উংদুনা লৈবে।

'হৌজিক কদাইদা লৈগনি, কবি চাদুনা হিংগনি ? কদাইদগী কবম্না শেল তানগনি ? দুকান অমদা পোৎ য়োনবা য়াওবদি কমদোই ? লোন-লিসু ফজনা খণ্ডদবা, শক-চু তোঙাল্লবা ঐনা কবম্না হায়কব্বগা কবম্না মহাজোন্না য়াবীবক্কনি ? মদুতসু নত্তনা অয়ুক অঙনবদগী নুমিদাংগী তৃম্নমদাই ফাওবা দুকান্দা ফাজীন-পুনশিন্দুনা লৈবা তাবনি, মহাজোনগী মীনাই ওইনা ! মদুনা হেন্না অমুক ৱাবোইদ্রা ?'

লোইশিনফম খণ্ডদে, মথং অমা অমুক হোংদুনা খল্লী,

'বেলগাড়ীগী কুল্লী . ?, হুম, হুম, মদু ফাওবদি খন্দবনা ফৈ। অদুক তোম্বা পাবী-পুবীগী ইজ্জৎ লৈখা তাগদবা থবক্তুদি খল্লুবতদা নবকপু তাগদবা মাল্লি।'

ৱাফমদু খুদক্তা লাক্তুনা লংখোকখি, লাপ্পা। গাড়ী চৎপা য়াওবগী ৱাফমদুদি অমুক হন্না পুখৎখিদ্রে। মবমদি মহাক গৌহাটিগীদমক লোন্না মাল পুবা ত্রক অমদা নুমিদাংৱাই অমদা ইম্ফাল থাদোক্লকখি। মদুদা গাড়ীদুগী ড্রাইভর-হেন্দিমেন্দুনা অহীংদা মী তাদ্রবা লম্বীদা তৃম্ফম চাফম খণ্ডদনা তুমীৎ-কাণ্ড মবক্তা ৱানা লেনখিবা, মদুতসু নত্তনা অদুকসু ৱাববা মতমদুদা ড্রাইভরনা হেন্দিমেন্দুদা থাখিবা মপুঙ্গিদা অমুক্তা তাখিদ্রিবা খোন্দু তাকবদা মহাক পুংখা-খাখি। পুঙ্গিদা তৌহেবা থবক নত্তে খনখি।

—হে গধা ! কবি য়েংদুনা লৈবিনোনে ? জগসি থাংগৎলোনে ! পবপ-পবপ তৌনে ! তাঞ্জাসিদা মমীৎসু উইবিমান্নিনে ! নখীবোং থল্লোইকো নঙ !

অদুনা ৱাফমদু গৌহাটি য়ৌবকপা গুমখিদ্রে।

মহাক খল্ল-খল্লগা ফল তবকপগী মহুত্তা হেন্ন-হেন্না অসুম লুশিল্লকপগুম তৌবকই। অদুবু খনবদি লেপ্তে। মতম্না অসুম হৌবিদুনা নুমীৎ তাখি। অহীং ওইবক্লে, নোং অমুক ভাল্লক্লে। মহাক তৃম্বা চাবা কাউবে। নোংমা হৌজিনম্রে খল্লুবদা অমুক্তা হেন্না বীভুলা চুশিন্নক্লে। নুংশা থীবা অমসু য়াওশিল্লক্লে। শ্বব মপী হোন্দুনা মকোক পায়দুনা খাঙলে।

ভাইহাক লৈবগা পঙথব্বদগী হৌগংলকপগুম খংখন খল্লকই,

'হৌজিকপু য়ূমদা অমুক হনবা তাবব্রা ?'

ময়ূমগী বাকম পুখংলকপদা বুধীরাজ মশাদু ইতুক-তুকথরকই,
মানা মমূম থাদোক্লমদাইদা লৌখিবা ফিরেপতু নীংশিংলকই।
'...... . মদুগী শরূক শিখিবনা হেন্না ফৈ।'

অদুবু মাগী পুন্সিদা বারবা লানফম অমা মায়োক্লবক্লবগুম হৌখীবা পুন্সিগী চেনা ফাকতুনা হূক্ষংনা অমুক য়েংলকই। থিবকই, কবম্না খোঙফমদা কদাইদা শোয়খিদুনা ঙসি অসুক য়াম্না লৈখা তাবন্নিবনো ? নীঙমদবতনা মীংলুদা পিবাং ইহৌবকই। অদুবু থিফম খঙদে, হৌখিফম খঙহৌদে। অমুকসু খল্লকই,

'হৌজিকপু য়ুমদা অমুক হল্লদুনা কবিবু কান্নখিনি ? ইমা-বাবাগী মফমদা লানখিবা কয়াবুদি মচা কৌবনিনা শোয়দনা ঙাকপিবকনি। অদুবু মদুনা পুন্সিসিবুদি অমুক চিংখংপা ঙম্রবোই। অদুদি ঐবু হৌজিক অমুক য়ুমদা হল্লবগী কান্নবা লৈব্রা ?'

ঙাইহাক খল্লবা মতুংদা খঙহৌদনা বুধীবাজ খোঞ্জেল থোক্লা অবোইবা ফিবেপ লৌবকই,

–ঐ য়ুমদা হল্লবোই ? ঐ শিগনি, শোয়দনা শিগনি। ঙসি অহীংসিমক অচেনবা বেলগাড়ীগী মমাঙদা চোংশিন্দুনা শিগনি। ঐগী বাবীসি ইমা-ইপা, ইচীল-ইনাও, শাগে-নাতৈ, মরূপ-মপাং অমত্তনা খঙদনবা ঐগী মীৎ-মায়, হকচাং, বেল গাড়ীনা মতৎ-মতৎ তংনা তকখায়হন্দুনা ঐগী অশিবা হকচাংদু কনামত্তদা মশক খঙহনগ্রবোই। মদুনা খাইদগী অচুম্বা লম্বী ওইগনি।

অহীংগী পুং বাবো তারকপদা বুধীবাজ শেংনা ইকজথোক্লে। ফুবীৎ-খোংগ্রাউ অহনবা হোংলে। চৎকদৌবিবসি পুন্সিগী অবোইবা খোঙচৎনি। মহাক পুক্নীং বাখল য়াম্না ঈংথৈ, তহা-তহাদে। মানা শেৎলম-চাবম্না ফি-বোল অমন-অকায়শিংদু ইয়ারবেগতুদা লোইনা হাপচিল্লে। অদুগা মদু পায়দুনা হোতেলদগী থোক্লক্লে। খোঙথাং তম্বী, চীং-লেমই। মমীৎ নাক-য়েৎ ওন্দে। মমাঙদা চুমথ্রিং য়েংই। চবী থাদুনা চৎপা অশাবা মুর্তিগা পাংখকনি। মানা তন্নকলিবসি বেলবে ষ্টেসন্নী।

অথেঙবা অহীংদু লম্বী শোরোক্তু মী কয়া কুঙদ্রে। মবক খন্ন-খন্না গাড়ীদি অদুম চৎলি। বুধীবাজনা শোরোক ময়ায় য়ৌবকপদা পুলিসকী জীপসি অমনা নক্লা মখোঙ ময়াদা 'ব্রিৎ' হায়দুনা হৌনা খংখোং খোংলকই। জীপসিদুগী লাইটনা সাইন তৌবদা খঙমন্দ্রদুনা পীবকপা হোবন্নী। মহাক ইখং-খংনা শোবোক্তু খংলান লানথোকই। শুকখবপ তৌনা হন্দুনা য়েংলুবদা পুলিস অমনা লীচৈ থাংগতুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংসমই। মহাক কিবগুম-হৈনদবগুম মমায় খংলৈ লৈথোকই।

বুধীবাজ বেলবে-ষ্টেসনগী প্লেসফোর্ম চঙফম থোঙদু য়ৌবক্লে। ষ্টেসন্দু মৈ ঙাম্না থাল্লি। প্লেৎফোর্মদুসু মীনা পীক থন্না লৈরি। অহীং নুংখিল অনীগী খেন্নবা লৈতবগুম তোঁই। মহাক লেপকক তৌদুনা খল্লী।

'প্লেৎফোর্মদগী চোংশিনবদা কনবীনবা মী থোক্লকপা য়াই। মদুনা ঐগী লম্বীদা অপনবা ওইগনি। অমবোমদা চোংশিল্লবগা ময়ায় য়ৌবা ঙমহৌদদুনা শিদি-শিহৌদনা খোঙলা-খুৎলা অমা বেলগাড়ীনা ককম্রো, শোয়নাইবা মী অমা ওইনা হিংবা তাবনি। মদুনা হেন্না হিংবদা বাগনি। মীঙোন্দসু অয়েৎপা ওইগনি।'

মহাক এয়াববেগতু লেংজুমদা য়ানখৎতুনা ষ্টেসনগী মথক্তা থুংনা থাবিবা ওভবব্রিদ্জ অদুদা তপ্না বাখল তৌদুনা অমুক কাখৎলকই। 'ব্রিদ্জ মথক্তগী বেল গাডী লাকপগী তাঞ্জা লৌদুনা মমাঙমক্তদা চোংথববদি হিংবগী আশা শৃংলৈ লৈববোঁই। কনামত্তনা কলহৌবসু নংলবোঁই। অদুগা শিবদসু অবাবা খঙহৌবোই।' বাখলদু তবং অমদা লুপখিদুনা মহাক চৎলিবা মীশিংদুগা লেংথৈনবা, ঙাথু-থেংথুনবা, শোক্র-শম্নবদু কবিমত্তা ফাওদবগুর্মই। নাকল য়েৎ-ওয়দা মখোঙ কোনশিন-কোনশিন্দুনা হিপ্লিবা মীশিং অদুসু উদবগুর্মই। অসুম লাকপনা মহাক ব্রিদ্জগী ময়ায় য়ৌবক্লে । অদুদগী মমায় নোংচুপ ওন্না নাকলগী বেল্লিংগা তপ পক্লনা লেপ্লুনা মখাদা বেলগাড়ী লাকপা ঙাইদুনা লৈগ্রে, মমায়-মমীৎ ইমক-মকশিন্না।

থংনবা মীকুপ্তা খঙহৌদনা বেলগাড়ী হোবনগী অহৌবা মখোল অমা তাবকই। বুধীবাজ খৎপ্রেক খংই। মমীৎ-মনা তথক-তথকই। মিহুলগী খোঙজেল য়াঙখৎলকই। 'ঐগী অবোইবা পুংফম য়ৌবক্লবোইবে।'

অদুবু ষ্টেসন্দা থাবম্না বেলগাডী অমনা 'জগক-জগক' তৌদুনা তপ্না থৌদোকখিবদু উবদা শ্বব অমুক হোন্দোকই। খল্লকই,

'কবিগীনো ঐনা ইপা পাখৎপগুম তৌকবিবা ? ঐ পাখৎফম থোক্তেনা !'

বাখল ফাখদুনা অমুক হান্নগুম লেপ্লুনা লৈ।

ঙাইহাক ঙাইববা ফাওবদা বেলগাড়ী অয়াঙবা অমত্তা লাক্লে। অদুবু বুধীবাজ বাখলদা লাঙতক্লবা ফাওদে। ঙাইবগী অবাবসু লৈতে। তরং অমদা তাউদুনা লৈবি। মান্না নীংশিংলিবসি অঙল্লাগী নুংশিববা মায়থোংদুনি।

'অঙল্লা, নঙদি ঐগী অবাবসি খঙলিবোইকো ! ঐনা নঙবুদি থম্মোয় শেংনা নুংশিখিবনি। নহাক পুন্সিদা য়াইফবা ওইবকউকো ! মতম পুম্নমক্তা ঐবু

নীংশিংদবা ওইয়ুকো ! ঐনা নত্তবু অয়োইবা বীদাই শীববনি।'

মহাক মমীংতগী মপি তাখিবা শত্তহৌদে। অদুবু শত্তহৌদনা অমুক মশানা মশাবু ব্যবকচবকই।

'কবিগীনো, হৌজিক্তা ঐনা অত্তন্নাবু নীংশিংলুবিবা ? ঐ নীংশিংফম থোক্কেনা ! ঐ মাবু নীংশিংলবোই !'

মাগী থম্মোয়গী অবায়-অখুমদু লাপতক্লা তাবকপা বেলগাড়ী হোবনগী মখোলদুনা তেনশিলহনখি। হাইফেৎ লুকথকবদা নোংচুপলোমদগী মপামক্তদা মণ্ডাল অমা শাংনা ফাওবক্লিবদু উবকই। বুধীরাজনা খল্লী, 'হন্দকমুক্তি শোয়দ্রে।'

মহাক মমায় মমীৎ ফোং-ফোং শ্যাগৎলকই। মশাদা ফাথবা ওমদনা তুজুংবা লাংতক্লবা ফাওবকই। মখাগী বেল তালিদু উনীংলক্তে। কপ্পিংবা অমসু ফাওবকই। অদুবু মহাক বাখলদি হোংদে। মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা অবোইবা ওইনা থম্মোয়দা মমা-মপাবু খুরুম্লকই, মীৎলু ঈবা চেন্দুনা !

—ইমা-বাবা, নচাবু বাবৌনুকো ! পাওদ্রবা নচানা ইমা-বাবাগী সেবা মতোল লোন্নমদ্রে। নচাবু ভাকপিয়ু! নচা চৎলগে ! নখোয়দা অমুক হন্না য়েংলবোই।

বুধীবাজ অশি-অচওগী লংদাইদা চপ-চানা লেপখ্রে। পাক্লবা ষ্টেসন্দু বৈতবনীগী তুবেল ওইনা উখ্রে। তুবেলদুগী তোর্ব্বানমক্তদনি মানা লেপ্লিবসি। তাঞ্জাদুদা কুলি অমনা বেলগাডী নংহৌবোই মতাগুম তফিং-তফিং চেল্লকপদা মাগী মকোক্তা পুবিবা পোৎয়োমদুনা বুধীবাজগী লুতুংদা দং থেংলকই। মহাক খোঙফম খংনান-নানখোক্তুনা নাকলগী য়োৎকী বেল্লিংদু লাহোক্তুনা পাইখোক্লকই। জ্ঞান-মেন অমত্তা তাহৌদে, থংনবা মীকুপ্তা ব্রিদ্জদুগী নাকলদা হেন্দোক্তুনা তিংলিবা ইঞ্চি অনীবোম চাওবা য়োৎকী বাবদুদা মখুৎনা য়ান্দুনা লৈবমই। মাগী বেগতুদি লেংজুমদা য়াল্লমদ্রে। য়েংথকবদা মখাদা বেলগাড়ী তালি য়ৌরম্রে। প্লেৎফোমগী মীয়ামদুনা মাবু য়েংদুনা লাউনবকই। মখাদা য়াওনা চেল্লক্লিবা বেলগাড়ীদুগী খোঞ্জেলদুসু নকশিল্লকই। মীয়ামগী লাউনবগী খোঞ্জেলসু কনখৎলকই। মহাক মবোলশিংদু অমত্তা লৌফম খত্তদে। অদুবু খত্তই, মখোয়না হায়বিবদু বেলগাড়ী লাক্লে, তাদনবা চেৎনা পায়যু হায়বিবনি। খুদক্তদা বেলগাড়ীদু মপাদু য়ৌশিল্লকই। মহাক খাওফম খত্তদে, মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লী। মখুৎনা বাবদু অমুক্কা হেন্না চেৎনা পায়শিল্লী। উচিন-নাচিন্না বেলগাড়ীদু হেন্দোকখি, য়াওনা লাউ-খোংদুনা। মানা মমীৎ পাওথোক্লকপদা মাগী বেগতু মকুপ তানা নুংশিৎতা বেলগাড়ীদুগী মনীংদা ইন্নদুনা লৈহৌবদু উই। মহাক হকচাং শীনবা

থুংনা 'জিং' লাওখি। বারদা পায়রিবা মখুৎতু কোমথোক্লকই। তাঞ্জাসিদা খঙহৌদনা কনানো অমনা মাগী মখোঙদু পায়দুনা খংচিং চিংথবকই। মহাক কাউথোক্লুনা মখুৎতু খংথা-থাদোক্লুনা পাখৎনা লাওখি,

—হায় .... !

বুধীবাজনা মমায় লুকথদুনা য়েংলকপদা মফি-মবোল ইশে-শেগায়ববা, মখোঙ অনীমক খুউ মখা য়াওদ্রবা চহী তবাহুমদোই/তবামবিবোমগী নুপামচা অমনা মঙোন্দা কিনা য়েংখৎতুনা মখুৎ লোন্নবকই। মাগী মনাক্তা খোঙউপ কাপ, ব্রসনচিংবা য়াওবা উগী বোঙ্গ মচা অমসু লৈবি। নুপামচাদুনা উপুদগী ব্রসতু পায়খৎতুনা মখুৎনা খোঙউপ কাপ থাবগী সাইন তৌবকই। বাদি ঙাংদে। বুধীবাজ মাগী সাইন্দুদা পুক্লীং চঙদে। খোঙগ্রাওগী ফুবীৎখাউদগী চান্দিগী লুপা অনী চৎপী অমা লৌথোক্লগা মাগী মখুৎতা পায়হল্লী। অদুগা খোঙথাং অমা অনী থাংদোক্লুনা লেপ্পী। অদুবু নুপামচাদুনা ফমশিৎ-শিৎতুনা লাক্লগা মাগী মখুৎতু লামদুনা লুপা অনী চৎপীদু অমুক হাপচিল্লকই। বুধীবাজ নুপামচাদুদা ঙকতক্লা য়েংই। মাগী পুক্লীংগী পবিংদু খজিক্তং নাথৈখিবগুম তৌই। মঙক ইন্দুনা হংই,

—কয়া, কৈনো ?

নুপামচাদুনা চীন্নাল কাঙখত্তুনা 'আ, আ ..' হায়দুনা মখুৎ নাম্মনা ব্রস, মখুৎ নাম্মনা কাপ পায়দুনা মানা তোংলিবা খোঙউপতুদা তক-তক থাবকই। অদুগা অমুক খুৎ-শা মঙা থাঙ্গৎলকই। বুধীবাজ মাগী মতৌদু মুন্না য়েংই, ঙক্লা !

'মখোঙ অনীমক তৎপতা নঙনা মবোলসু থোক্লবা ! অদুগা ফিভম অসিদা অসুক চাওথোকপা নাপল, ৰাংলবা ফিবেপ ! কবি আশাদনো মানা হিংলিবা ?'

খঙহৌদনা মাগী পুক্লীংদা খংয়াং য়াংথোকপা অমা ফাওখি। মমীৎ খংলাও-লাওথোক্লকই। মাগী মীৎয়েংদুদা নুপামচাদু কিদুনা চৎখিগে তৌই। অদুবু বুধীবাজনা মাবু খার্মই। তপ্না ফমথদুনা মানা তোংলিবা খোঙউপ মবীগী কিশিদু লৌথোকই। মদুতদা নুপামচাদুনা হবাওনা বুধীবাজদগী খোঙউপতু লৌদুনা নানবা তকপা হৌখি। বুধীবাজদি মাগী মতৌদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। মখাদা বেলগাড়ীনা য়াঙনা চেনখি, লাউ-খোংদুনা মাগী লম্বীদা। অদুবু মহাক মখোলদু তাদবগুম তৌই। মীৎফম হোংদে। অমম্বা বাখলগী কুয়োম্নুংদা থাজদনা ফাওবক্লিবা মঙালগী মায়গৈদু তম্না পুক্লীং-বাখল অনীমক অমত্তা ওইনা তান্নদুনা চৎখিবগুম তৌব্রা?

নুপামচাদুনা কাপ থাবা লোইরদুনা বুধীরাজগী মখোঙদা খোঙউপতু উপশিনবীবকই। অদুগা মোৎপনা খবেক থাংলবা মখুৎতু ভিংথোক্লুনা মঙোন্দা য়েংখৎলকই। বুধীবাজ খোঙউপ মবীদু কিশিন্দুনা নুপামচাদুগী খুবাক্লুদা লুপা মঙা থাদবকই। অদুগা মাগী খুঙদা মখুৎনা হাইফেৎ পায়বোই-নানবোই তৌবল্লগা হৌগৎতুনা মমায়-লৈদুনা ষ্টেসন্দূদগী থোক্লক্লে।



# ইম্ফাল ওনবা

উইনা থোক্লকপা নিংথম অয়ুক্কী ৱাওবি-ৱাওবিবা নুংশাদু য়াইদুনা তোমাল মাঙ্গোল দাবি মপান্দা লাইবিক পাদুনা ফম্নি। লক্ষ্মী থোক্লত্তুনা মমাঙদা লেপলে। মহাক তূমিন্না অদুম্মক লেপ্তুনা লৈ। তোমাল খঙই, লক্ষ্মীনা মঙোন্দা কবিগুম্বা খবা হায়নীংই। অদুবু মহাক য়েংখত্তে। লাইবিক্তুগী তাংকক অমা লোইবা ঙাইদুনা লৈ। লক্ষ্মী ঙাইহাক লেপ্লবা মতুংদা কান্নববোহি খল্লক্লমাল্লি, তপ্না হায়বকই,

—মোইবা, ৱা অমত্তা তান্নদবা য়াদ্রে !

—কবি ৱানো ? শনৈবীবা, খোকলা, উতংলা ?

তোমান্না মঙক হাইফেৎ চেপখৎতুনা লক্ষ্মীদা মীৎচিনা নোকফেৎ য়েংদুনা হায়বকপনি। লক্ষ্মী শাউবংননা খুন্নকই,

—ফাগি নত্তে ! থাংমৈবন্দগী ইচে সোবোদু ঙবাং লাক্লমই। মখোয়গী য়ুমগী অৱাং থংবা শোবোক্তা তাইনবা লমদু য়োনগনি হায়বমই।

—য়োনসনু কৈদৌগে ? মদুদা নঙ-ঐগী ইথৌবু কবিনো ?

কবিমত্তা নাচুংদনা খুন্নকপা তোমালগী পাউখুম্নী। অদুগা অমুক লুকথদুনা লাইবিত্তা ওনশিল্লকই। লক্ষ্মী নাতোন নাকচি হাইফেৎ কাওই। মপুবোইবদা মুন্না য়েংদুনা খুন্নকই,

—ইথৌগী ৱা নত্তে। মফমদু য়াম্না ফৈ। লৌহৌনবা তৌসি হায়বগী ৱানি।

—কোন্না ঙাংনসিদা মদুগী ৱাদু !

—'সুম কোম্ন-কোম্না হায়দুনতা লৈ। হন্দক্কিসিদি কোনবা য়াবোই। লমদু মীনা য়াম্না পাম্নবা মফমনি। ইচেনা মখোয়গা য়ুমলোন্নবা নুংঙাইগদবা মী য়েংদুনা ঐখোয়দা হায়বকপগী ৱানি। লৈনীংবা মী য়াম্না লুমদুনা লৈবিবনি। ঐনা মোইবাগা অমুত্তং তান্নবকখিগে, নোং-নীনিদং ঙাইবীখো হায়খিবনি।

—কবিগী তহ্য-তহ্য কনশিল্লুবিবনো ? লৌনীঙবা মবাহ্নবক থোকউবা অমনা মবাহ্না লৌজখিনি কৈনো !

তোমালনা লক্ষ্মীদা অমুক য়েংখৎলক্তুনা কন্তক খুন্নকপনি। লক্ষ্মীসু হন্দে, খুন্নকই,

—ইচাশিংগীসু খবা খনবীয়ু কৈদৌগে ! নঙ-ঐগীদি অবায়বনি। হয়েং মখোয়না মহে-মশিং তন্না লোইহ্নবক্লগা আ· খুঙ্গংদুদা লৈয়ু য়াখিদ্রো ? 'সুম ভাবাদা থা থাগী লুপা লীশীং অমা / অনী থীদুনা পুল্লিচুম্লা লৈবা য়াবগদ্রা ?

—অতে শায়বি, নঙগী থৌবাংদুম লোইশিল্লু ! খবা ঙন্না চৎখিসি ! বাজিগী মতৌদু নঙনা হেন্না খঙলিদুনি। হায়খিবা মতম খজিক্তং শোয়বদা অনাবা খংহেন হেজিনখিদৌরিনি !

তোমালনা থৈদোক্তুনা ইয়াং-য়াংনা হায়খিবনি। লক্ষ্মী মচীন পৈথোক্তুনা খুন্নকই,

—ঐ চৎলোই, নথম্না চৎলু !

মহাক মমায় লৈথোক্তুনা ইমুংদা তফিং-তফিং চঙখি। মতৌদু তোমাল নোকফেং য়েংলল্লগা লাইহ্নবিক্তা অমুক লুকথে। অদুবু মাগী পূক্নীংদি লাইহ্নবিক্তুদা লুপশিনবা ঙমদে। ময়েকশিংদু ইচাই-চাই। হান্না পারম্বা তাংকক্তু থিবদা মতম ঙাইহ্নক চঙই।

লক্ষ্মীনা তোমালদা ইম্ফালদা য়ুম শানবা হায়রক্লিবসি ঙসিনা অহানবা নত্তে। মমাঙদা কয়াবক হায়ত্রবনি। মাদসু নক্তি, মাগা ওফিসতা থবক তৌমিন্নবা মথক্কী, মখাগী ত্রাফ পুন্নমক্লসু তত্তনা হায়বিবনি। কবি অমুক হায়গনি, হন্দক্তা নৌনা এল.দি.সি. ওইনা চঙলকপা চহী কুম্নাথোই/কুন্নীথোইগী লৈশাবী মশা তনাম্নী নতাশা ফাওবনা 'সার, ইম্ফালদা য়ুম্ফম অমা লৈবো, 'সিদা লৈমিন্নরসি' হায়বিবনি। অদুবু পুন্নমক্তুনা ঙসি ফাওবা তোমালগী থম্মোয়বু খুদুম চনবা ঙমদ্রি। হায়বকপা, ঙাংলকপা পুন্নমক্তু খবা তা, খবা তাদা, ফাগি খবা তাথোক, তৌদুনা লাক্লি। মবমদি, মহাক মাগী খুঙ্গংদুবু য়াম্না নুংশিজে। মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদগী হৌনা মানা সরকারগী কর্ম্মচারি ওইরকপা ফাওবা লৈকাইগী থবক-থৌরম, সোসিয়েল সর্ভিস, চাওখৎ-থৌরাঙ কয়াদা কন্না শরুক য়াবা হৌবকখি। সংস্থান কয়াগী লুচিংবা ওইবকখি। অহল-লমন, ওঝা-গুরু কয়ানা মাবু মশক খঙনা নুংশিনা লোয়নবীরকখি। মণিপুর পব্লিক সর্ভিস কম্মিসন্না লৌবা কম্বাইন সেক্রেটরিয়েৎ সর্ভিসকী পারিক্ষা

পাস তৌদুনা সেক্রেটবিয়েৎতা ওফিসাব ওইনা থবক তৌদুনা ইম্ফালদা লৈবক্কবা মতুং ফনা কুইবা ফাওবা ছুটি খুদীং, নোংমাইজীং খুদীং খুঙ্গংদা চৎতুনা মৰূপ-মপাং ময়ামগা তোৎন-তিন্নবা, খন্ন-নৈনবা য়াওবমই। হৌজিক হৌজিক্তি তোমাল থবক প্রোমোসন ফংদুনা দিপুটি সেক্রেটবীগী থাক য়ৌবে। ওফিসকী থৌদাং য়াম্না হেনগৎলে। অদুগীসু মথক্তা মচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী মতম ফগৎলকপা ওইবগা অহল-লমনগী অনা-অয়েক, ইমুং-মনুংগী থৌদোক-ৱাথোক, দেব-কর্ম্ম থোকপদা খুঙ্গংদা চৎলুবা নত্তনা মৰূপ-মপাং তিন্নকবা, মশা য়াওনা মবৈকাইগী সেবা তৌকবা ঙমদ্রে। অদুবু খুঙ্গংগী ছাত্র-নহাবোল, অহল-লমন অমদি সংস্থান কয়াগী মীহুৎশিংনা ইম্ফালদা লাক্লুনা মিনিষ্টর, ওফিসাব উন্নবা, কবিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা দিমান্দ অমা তৌববদদি তত্তনা শক্তক য়াবি। অমবোমদা লৈবাক অমা চাওখৎহনবা হায়বসি সহৱখক্তং শেমগৎপনা ওইবোই, লৱায়-থৱায়, খুঙ্গং, লোইহ্জি-লোইয়া পুম্না চাওখৎমীন্নবতনা ওইগনি হায়বসি মানা চেৎনা থাজে। খুঙ্গংদা লাইবিক-লাইশু হৈবগী মীশিং য়াম্না লৈববা, লৈবাক্কী ৱায়েন-চূক্লি পায়বদা য়াওবা ঙম্বা অফবা ফম্লাইবা, ওফিসাব মতিক-চানা লৈববতদা খুঙ্গং চাওখৎপা ঙমগনি। খুঙ্গংগী লাইবিক হৈবা, ফম্লাইবা ওফিসাবশিংনা সহবদা হোংগৎতুনা লৈবগী হৈনবীসি থাদোক্কদবনি হায়বসি মাগী ৱাখল্লোম্নী। মসিগী মায়োক্তা লৈবা মীশিংবু মহাক্লা মমা-মপা মশক খঙদবা মীনি হায়না লৌই। অদুনা হৌজিক-হৌজিক থবক্লা য়াদদুনা তঙাইফদনা ইম্ফালদা ভাবা লৌদুনা লৈববসু থবক বিত্যাব হেক তৌবগা খুঙ্গংদা অমুক হন্দুনা লৈকগনি হায়না মহাক চেৎনা লেপ্লি। মঙোন্দা ইম্ফালদা য়ূম্ফম লৈবা, য়ুম শাবগী ৱাখল অমত্তা লৈত্রি।

খঙহৌদনা লৈচিন থাবকই। ৱাওবি-ৱাওবি থোক্লম্বা নুংশাদু মাঙখি। তোমাল খুৎ ওয়গী খুদোম্বীনা লাইবিক্কু চেনা খন্না পায়বগা ইমুংদা চঙলকই। লক্ষ্মী মাগী ফম্মুং মথক্তা ফিজাও অমা ইন্দুনা চিন্তা তৌদুনা ফম্নমই। মতৌদু উবদা তোমাল নোকফেৎ তৌই। লংনগে খন্দুনা মনাক্তা নকশিল্লকপগা ফম্লাং ঘড়ীদা 'গোং-গোং' য়ৈবকই। মহাক খংয়েং য়েংখৎলি। অদুগা ফিংলপ হায়বকই,

—এ ! পুং নীপান তাবেনা ! হৌগৎলো, লোইশিল্লো ! চৎনবা তৌসি।

লক্ষ্মী ফিভম হোংদে। তুমিন্না অদুম লৈ। য়াববোই খঙলদুনা তোমালনা মখা তাবকই,

—হোয়, নঙনা হায়বিবদুসু চুমই। অদুবু ঐনা খল্লিবসিনা অমনি।

—খন্দুনা অদুম লৈয়ু। হয়েং নচা নমৌ থিবকপা ফাওবা অদুম খল্লু। মমৈদা লোংনা তাজনবা।

লক্ষ্মীনা শাউবংননা খুম্নকপনি। তোমালনা মখা তাই,

—নঙবু ঐনা হয়েং থবক বিত্যাব তৌববা মতুংদা কোষ্লোং লান্না চংথোকফম খঙদনা হূইনাউ তুবোনবী অমা কোয়চিং-চিংদুনা লৈবদু পামব্রো ?

লক্ষ্মী তোমালদা ঙক্লা মমীৎ ওনখত্নুনা য়েংলক্কই। তোয়াল মাগী মীৎয়েংগী বাহংদু খঙলবগুম মখা তাবক্কই,

—অচৌ-অচৌবা ওফিসাব কয়ানা থবক বিত্যাব হেক তৌবগা থুন-থুনা অহল ওইহিন্নবিবা, বৃন্দবন প্রাপ্তি ওইনবীবসি কবিগীনো খঙব্রা ? থবক তৌবিঙৈদা মশাগী কান্নবা থিবা মীয়ান্না 'সাহেব, সাহেব' হায়দুনা মনাক্তা কোয়নোম-নোন্নবদুদা পঙচাউদা চাউখিদুনা মূক্নুনা লৈহৌবা, লৈকাই শঙ্গ তৌহৌদবা। অদুনা থবক বিত্যাব তৌবকান্দনা মাগী দবকাব লৈতদুনা কনামত্তনা মাবু হন্না য়েংবীদবা, অদুদগী বাখলদু খংহন হনথখিবা, অদুননি। মদু নঙ পামব্রো ?

—নঙবু কনানা মীবক তিনগনু, মূকখায়দুনা লৈয়ু হায়গে ? মদুগা মূমগা কবি মবী লৈনবগে ?

—সঙ্গ তৌবা, মীবক-তিনবা হায়বসিবু তৌনীংই হায়দুনা হেক্তা তৌবা য়াব্রনে ? অয়ুক পূং মাপল মখায়দগী নুমীৎ তাবা ফাওবা ওফিসতা লৈবে। হয়েং চহী হুম্ফু শুবকান্দা কদাইদগী শঙ্গ লাক্কনি ? আদদি অঙাং ওইবিঙৈদগী তিন্নবকপা, ইমান্নবা, মকাপ-মপাং ময়াম লৈবি। হয়েং বিত্যাব তৌববা মতুংদা মথোয়গা লোয়ননা সোসিয়েল বার্ক তৌবা য়াই। মদুনা লৈবাক্কীসু কান্ননি, পুন্সিসু শাংদোকহনগনি। মথং চহীদদি ঐগী য়ুম্ফম শকত্নুদা য়ুম পীক্তকপা অমবু শাবা হৌসিবা খল্লি।

লক্ষ্মী মমীৎ লাওথোক্নুনা মখা তাবক্কই,

—নঙগীসিদি নশাগীদা সুম খনবা, নচাশিংগীনা কবিমত্তা খন্দবগী বানিনে ? শঙ্গবু তৌগে হায়ববদি ঐথোয়'সিদসু য়ান্না য়াইনা ! কলচবেল ফোবম য়াওবা য়াই, বাইটস ফোবমগী, সাহিত্য পবিষদকী মেম্বব ওইবা য়াই, লৈকাই ক্লব য়াওবা য়াই। বুধি লৌশিংসু মদুনা হেন্না থোক্কনি।

—হেবা নঙসু ! ইম্ফালদা লৈবা ঙাক্তনা মচাগী খনবসি 'ঙায়। লাইহিকপু হৈগে হায়ববদি লবায় ইম্ফালগী বা লৈতেনা ! অচৌবা ওফিসাবশিংসি ইম্ফালদগী ঙাক্তনি খল্লিব্রো ? লবায়দগীসু য়ান্না য়াওবিপোৎনিনে। অদুগা নথোয় শ্মাইগী

মূকখায়নবী, কলেজা তান্নবী, যূমলোন্নবা মশক খঙনদবীসি ঐ হৈনদে হায়বা। আদদি ঐখোয় লোইনা ইচম-চম্রে, ইফাও-ফাওনৈ।

তোমালনা শাউবংননা খুমখিবনি। লক্ষ্মীসু কোংলকই,

–তানীংদ্রে তোকও ! ঙাইহাক লৈব ঐখোয় লমগী, ঙাইহাক লৈব ঐখোয় শাগৈগী, অদুনীগা অদানীগা ! মখুনসি ওহ্নোক্লা নুংশিপ্লবোই। ভোংপু লেপকে হায়বিব্রা খঙদে !

–খংনবা যাম পাম্বৈ ৰাবো ! চংনীংদ্রগা তোকউ কৈনো !

তোমালনা মমায় মকশিল্লপ তৌনা খোঞ্জেল খংৰাং ৰাংখংলকপনি। লক্ষ্মী হোংলক্লিবা মপুবোইবগী শক্তমদু উবদা ঙাংবা চপ লেপখি। মহাক কুইথদ্রে, শাউবি-শাউবি হৌগৎতুনা উপু হাংদোক্তুনা মফি-মবোল চিংথোকখ্রে। তোমালসু লাইবিক্তু থমদুনা ফি শেংপা হোঁই।

*

তোমাল লক্ষ্মী অনীনা ময়ূম যৌবকপদা মপাবুংগী অনাবদু খবা হন্দোক্লম্রে। মখোয় অনীনা মাবু ইম্ফালদা পুদুনা অফবা ডাক্তব অমদা কূপ্না য়েংহল্লুসি হায়বদা যাদ্রে। অদুমকপু তোমালনা কোয়চেং-চেন্দুনা মরমগী ডাক্তব অফবা অমা কৌদুনা য়েংহল্লগা হীদাক-লাংথাক মতীকচানা লৈশিন্দুনা থল্লম্রে। অদুগা চাক-ঈশিং চাবা থকপা লোইববা মতুংদা মখোয় অনী অমুক ইম্ফালদা হল্লনবা ময়ূমদগী থোক্লক্লে। লম্বীদা লক্ষ্মীনা কৈথেলদগী য়েনশাং-নাপী অতেক-অনৌ খবা য়েংখিসি হায়দুনা কৈথেল্লোমদা লাকমিন্নৈ। নুপী কৈথেল মনাক্কী 'হোতেল ইন্দু' মমাঙদা তোমালগা হান্না দিভেলপমেন্ট কম্মিটি য়াওমিন্নবম্না মুনাল লেপ্তুনা লৈবমই। মহাক লাকপা উবদা মুনালনা হান্না কৌবকই,

–এ ! তামো। কৈদৌঙে লাকপীগে ?

তোমালনা মখুৎ তিংথোক্তুনা মখোয় অনী খুৎ শোকনৈ।

–ঙসাই অমুক লাকপনি। কমদৌবি ?

–নুংঙাইজবি তামো !

মুনাল লক্ষ্মীদা অমুক ওনশিল্লকই।

–ইতৈমসু য়াওবীবক্লি ?

–হোয় ইবুংঙো, য়াওবকই। নঙদি কদাইদা চংলুবিবা ?

লক্ষ্মীনা খুমদুনা মখা তাবকপনি। মুনালনা খুমগে তৌবকপগা তোমালনা ওক্লকই,

—ইনাও মুনালখোয়দি য়ুমদক্তা লৈবা শংবা মী নত্তেদা। সমাজ সেবক অকনবা ওইদুনা কোয়চেন-চেন্দুনা লৈববনি।

—কদাইদেনোদা ইতৈমা ! তামোনা নুংশিবীদুনা পঙথা থাগৎপিবগী বানি। ঐখোয়দি তামোখোয়গী মতুং ইন্নথৌবতনি। চা থক্লুখিসি ইতৈমা ?

—এ ভাইখোনে ! ঐখোয়গী দিষ্ট্রিক ইনফোর্মেসন সেন্টর হাংবগীদু ভবাং কেবিনেংনা অয়াবা পীখ্রবনি।

তোমালনা খংহায় হায়বকপনি। মুনালসু মমীৎ খংলাও লাওথোক্লুনা হবাওনা খুন্নকই,

—বা ! য়ায়া নুংঙাইজবে, তামো ! ঐদি মদু ওইথোক্কনিবু থাজকদ্রবনি।

—নখোয়সু লাক্কে। মীভোন্দা পাউ চেনফমসু খঙদে। মদুগী হোৎনবদা ঐদি ওফিসতা ভাইহাক্তা ফম্বা ভমখিদ্রবনি।

—তামো, ঐখোয় হন্দক মবকসি লৈবাক্কী চাওখৎ-থৌবাগুদা কোক থাদবা ইঙম ভমদ্রে। সিজ ফায়াবগীও, আর্ম ফোর্সেস স্পিসিয়েল পরাব এক্তকীও, ইবোল-ইয়েক্কীও, অসান মেন তাদে, ইচেন্দা চেন্নদুনা লৈবে। তামো লৈবমদ্রবদি থবক্তু পুবা শোয়বন্নগদবনি।

—নঙনদা পংথা থাগৎলী। ঐখোয়গী মীশিংনদি খঙবীবিসু খঙদে, খঙবীদেসু খঙদে।

—এ ! তামো, লোইনা খঙবনি। ওঝা তোম্বীনৌ, ওঝা নিমাই, লোইনা খঙবনি। ঐনসু তামোগী পাউ ফজনা তমজবনি।

—হেবা, ঐনা 'সুম ফাগি তৌবনিদা। খঙবা খঙদবা থোইদোক্তেদা। থবক ওইবগা লোইবে।

—ইবুংঙো মুনাল, নচীল-ননাওগী বাবীদু লোইবা-নাইদৌ মান্দে। ঐ কৈথেল পোৎলক্তা চঙলুখিগে। য়েনশাং-নাপী, অতেক-অনৌ খিত্তা য়েংলুখিগে !

লক্ষ্মীনা মবক থৎলকপনি। তোমালনা ওক্লকই,

—অদুনা ফবে, নঙ চংউবো ! খবা থুবকউ ! ঐ মুনালগা চা থকমীন্নকখিগে?

—অদুদি ইবুংঙো, ইতৈমা চঙলুখিগে, নঙ তামোগা বাবী তৌহৌখো !

লক্ষ্মীনা মুনালদা ওনশিন্দুনা হায়বকপনি। মুনালনা নোকফেৎ তৌনা ওকই,

—ফনি ইতৈমা !

লক্ষ্মী কৈথেল পোৎলক্তা চঙখি। তোমাল মুনালগা হোতেলদা চঙলকই।

—নুংশিত্রবা হোতেলনি, 'হোতেল ইন্দু।' অয়ুক্কী-নুমিদাংগী ঐখোয় ময়ামগী পুনফম ওইবকপনি।

—হৌজিকসুনি তামো, নহা-অহল বাস্তে। ময়ামগী কোক লৈখায়ফম ওইবি।

হোতেলগী মনুংথংবা বেঞ্চতা ফমদুনা ওঝা তোম্বীনৌ চা থক্লমই। মহাক লমদমসিগী মচীন-চংপা, ময়াম্না ব্যাবহার তৌনবা য়ুনিভবসিতিগী বিট্যাব প্রোফেসারনি অদুগা লদমসিগী নহারোল সংস্থান অয়াম্বগী এদভাইজরসুনি। মহাকপু উবদা তোমাল বাবী লেপ্তুনা মখুৎ লোন্নে।

—ওঝাবু চা থকপিবন্নি ?

—এ ! ইবুংঙো কৈদৌঙে লেঙঙকই ?

ওঝা তোম্বীনৌনা হংলকপনি। তোমালনা খুমই,

—ওঝাবু, ঙসি অয়ুক লাকচবনি। বাজি হকচাং ঙমদে তাদুনা চেঞ্জবকপনি।

—হৌজিকপু বাজিবু কমদৌববগে ? খবা ফবব্রা ?

—হৌজিক্কিবুদি ফহৌবে হায়জবতাবে। অদুবু ওঝা, বাজিগী অনাবসি এজমানি। সিজন চেঞ্জ তৌবা খুদীংগী 'সুম তৌদুনা লৈববা। পুক্কিগী লোয়নবগদবা অনাবনি।

—ইবুংঙোখোয়, খবা তোয়না লাকউ। নখোয় উবগা অহলশিংসি য়াম্না নুংঙাইজবনি।

—লাকচনীংবনি ওঝা ! অদুবু ওফিসকী থবক চিনবগা, বন্দ, স্ত্রাইক্লগা কুণ্ডবগা তোয়না লাকপা ঙমদ্রে। য়াবিমখেদি তোয়না লাক্লবা হোৎনজবনি।

ওঝা তোম্বীনৌ মুনালদা অমুক ওনশিনখি।

—ইবুংঙো মুনাল, ঐখোয়গী হায়াব সেকেন্দরি, কলেজগী ওঝাশিংসি পূন্না মীতিং অমা কৌনে। ওহ্লোক্রা মোবেল য়াওদ্রেনে। ক্লাসতি নীংথিনা অমত্তা তৌদ্রে। অদুগা য়ুগী ভেন্দব মশীং থীদুনা লৈবে। মখোয়গী মতৌসিননিনে অফবা ছাত্র-ছাত্রি অমত্তা ঐখোয়সিদা তমদ্রিবসি। ইম্ফালদা নত্তগা মণিপুরগী মপান্দা লোইনা চংনব্রিবসে।

—চুমই ওঝা, ঐসু মদু কন্না ফাওববনি। ঐখোয় খুঙংসিগী অমত্তা ঙায়ববা কলেজসি পুবা য়াদ্রবনি। ছাত্রগী মশীংদগী ওঝাগী মশীংনা হেল্লবনি। অদুমক্তন্দসু পরিক্ষাদা পুল্লপ-পুল্লপ ফেল ওইবে। শিনবা হৈবা খবদনি পাস তৌবিবা। ওঝানা তাকপীবিবদুমক হয়েং ঐখোয়গী মীতিংদা পুখোকচগে, ওঝা।

—হোয়নে, খবা তৌনে। ঐখোয় শ্বাইগী ইদুকেসনসি ফাগি তাবেনে !

তাঞ্জা য়েংদুনা তোমালনা পাংশিল্লুই,

–হোয়নে ওঝা, পবিক্কাদা শিনবা নুংঙাইনবা, প্রাকতিকেলদা মার্ক য়াম্লা ফংনবা পরিক্কা ময়াদা ছাত্রনা ওঝা চাক কৌনবী অমসু চৎনবমাগ্লেনে !

–হোয় ইবুংঙো, তৌনবিবসি অঙকপা হায়বদু ওইববনি। নখোয়দি ইম্ফাল ওনগ্রবনিনা খঙলবোহি। ইবুংঙো সেক্রেটরী মুনালখোয় লৈবমগ্রবদি লমদমসি নহালদনা লৈখা তাবল্লগদবনি। ইনফোর্মেসন সেন্টরগীবু ওইবো, আর্ম ফোর্সেসকিবু ওইবো, ঈথেখোংগীবু ওইবো, অমগীসু অমগীসু কোয়চেন চেনবদা ময়মদা মীকুপ অমত্তা লৈবা ফংজদ্রবনি।

ওঝা তোম্বীনৌনা ফল্লম্লদগী হৌগৎতুনা হায়রকপনি। তোমাল য়ং লাউখি। ব্রাহৈশিংসি ওঝা তোম্বীনৌনদি ইচম-চম্লা হায়খিবম্লা ওইবম্লা য়াই। অদুবু মদুনা তোমলগী থম্মোয়দদি অকনবা তাশোন ওইগ্রে। মবমদম মবৈকাইগীদমক অদুক কন্না লেপচবিবা মাবু ব্রাহৈশিংসিনা মবমদমসিদা মীতোপ তাহনগ্রে। মহাক ওঝা তোম্বীনৌগা ব্রাফংনবসিবা খল্লুই। অদুবু খুদক্তা ফাওবকপা ব্রাখল অমনা মশাবু ফাথজগ্রে। তুনিন্না মমায় মমীৎ ইমক মকশিন্না লুকথদুনা লৈবে। অদুবু ওঝা তোম্বীনৌদি কবিমত্তা নাচুংদনা কাউন্টরদা চঙশিনখি। মুনাল তোমালদা নোকফেৎ তৌনা হাইফেৎ য়েংলল্লগা কাউন্টরদা ওনশিন্দুনা হায়খি,

–য়ানি ওঝা, চাগী শেলদু ঐ তৌজহৌবগে ! মহাজোন, ওঝাদগী পৈশা লৌকনু ! ঐনা পুন্না তৌবনি।

ওঝা তোম্বীনৌ 'অদুদি ফবে, ফবে' হায়বল্লগা হন্না য়েংলমদনা হোতেলদগী থোকখি। তাঞ্জাদুদা হোতেলগী অঙাংদুনা চা গিলাস অনী পুথোক্লক্লুনা মখোয় অনীগী মমাঙদা থমলে। অদুবু তোমাল চাদু তংখায় য়ৌনা থক্লমদ্রে। লক্মীনা থোক্লকপগী তাঞ্জা লৌদুনা মুনালগা খুৎ শোক্লবল্লগা থুনা হৌগৎলক্রে।

*

তোমাল লক্মীনা ইম্ফাল য়ৌবকপদা নুমীৎ তাগ্রে। ইমুংদা চঙবগা তোমাল সোফাদা ঙাদুনা ফমথখি, অব্রাবা শকফমগা লোয়ননা। ঙক নোংখৎতুনা মমীৎনা য়ুমগী শিলীংদা য়েংই। খল্লী, 'ইম্ফাল ওনগ্রবা ! ব্রাহৈসি ওঝা তোম্বীনৌমক্লা ঐঙোন্দা শিজিন্নববা ! মুনালনা লৌবিবা শক্রোন্না কবি ? নুংদা করম্বা ইচেল চেল্লীবা ? হৌজিকপু খুঙ্গংদুদা ঐগী ইফমু লৈবিব্রা ? ওঝা য়ুগেম্বখোয়, হেমন্তখোয়না ইম্ফালদা য়ুম হোংনব্রিবদু মখোয়দসু অসিগুম্বা চৈনাসি ফংখিব্রা ?

লক্ষ্মীনা ইলেক্ট্রিকী সুইটচ নমদুনা মৈ থানগৎলকই। মপুবোইবগী কিভমদু উবদা হায়বকই,

—কৈদৌবগে মোইবা ? হকচাং ওমদ্রব্রা ? ওসাই লক্ষ্মীদগীনি নওনা-ইহন-হহ্নুা উবক্লিবসি।

—কৈসু তৌদে। চুম্না হকচাংসি খবা চোকথদুনা তৌবনিদা !

তোমালনা তন্দে-মান্দে খুম্নকপনি। লক্ষ্মীনা মখা তাবকই,

—অদুদি ঐসুনি। ওসিসি য়াম্না য়াশ্রে। ওাইহাক্তা পোৎথাবমখো ! ঐ চা লোম্লক্কে, হকচাং খবা তেখৎনবা। লাই হান্না অমুক্তা খুকল্লকখিগে !

—ওাইখো, রা অমত্তা হংখিগে ?

লক্ষ্মীনা মখোও থাংবা হৌবকপগা তোমালনা খামদুনা হায়খিবনি। লক্ষ্মী লেপ্পুনা ওনশিল্লকই।

—কবি ওইববনো !

তোমালনা খ্বব অশাংবা অমা হোন্দোক্তুনা শোষ্থাংননা হায়বকই,

—নওনা ওসাই অয়ুক হৌদোক্লম্বা যুম্ফমগী য়াফমদুবু নওবু কদাই য়ৌনা ওাংনক্ববগে ? মমলবু কয়া হায়বিগে ?

লক্ষ্মী মায়থোং খংওান-ওানথোক্লকই। হায়বকই,

—ওাইহাক্তা ওাইবমখো, মোইবা ! ঈংনা ওাংনসি, ঐ চা পুবকখিগে !

মহাক মোমোন তৌদুনা চাকশওলোমদা পবপ-পবপ চংখি। তোমাল মমাওগী তেবল মথক্তা লৈবিবা টেলেগ্রাফ খববদু তপ্পা পায়খত্তুনা য়েংহৌই।



# মাঙসু লাং, তুংসু তেন-২

বমানন্দ একজেক্যুটিভ ইঞ্জিন্যাব কাবে। য়াম্না কুইববগী তুংদা বিত্যাব তৌগদবা চহী মঙাদা ঙায়ববা মতমদা কাবনি। মাগা থবক চঙমিন্নবা ইঞ্জিন্যাব অয়াম্বদি নাহলদনা সুপরিনটেন্দিং ইঞ্জিন্যাব, এদিস্নেল চীফ ইঞ্জিন্যাব য়ৌনম্রবনি। অদুসু মাগী হৌজিক্কী মতমদা অপঙ তাববা চুমচৎতুগী খুদুং ইন্দুনা লৈবন্নবদি কাবম্বগী বা লৈতে। মাগী নুপী প্রভাহিনি য়াওনা লৈজবা মৰূপ-মপাং, শেলথুম পুথোক্তুনা কনমন্না হোৎনবদগী কাবা ঙমখিবনি। অদুনা হৌজিক্তি বমানন্দ ওফিস কাবা কৃম্বদা ওফিসকী গাড়ীনা লৌবা থিনবা তৌরে। প্রভাহিনিসু মেমসাহেব মিংথোল ফংজবে। য়ুমলোন কৈবোম্নবা মশুং-মমাম্নবশিংগী মমাঙদা মাযথোং লোংনা কলেজা লৈনা চৎচবা ফংলে। কবি কবিগুম্বা মতমদদি প্রভাহিনি বমানন্দগী ওফিস গাড়ীদা কৈথেল কাবা, দেব-কর্ম্ম চৎপা ফাওবা য়াওরবনি। অদুনা প্রোমোসনগী বানোম্বদা বাখিবা, চঙখিবা শেল-থুম পুম্নমক ফংলক্লিবা অনৌবা পুন্সিগী মহাও অমদি ইথক অসিদা ইয়াযগী কোঙ্গোল ওইখি। অদুবু একজেক্যুটিভ ইঞ্জিন্যাব ওইবদগী হেনগৎলকপা তলবকা বাংখৎলক্লিবা ইমুংগী অমদি মশাগী থবচকা য়েংনকববদি ইকান কান্নবা নত্তে, তেবি-মেবিনি। অদুম ওইনমক মসিনা বমানন্দ প্রভাহিনিগী য়ুম্বাল মবীদা অনৌবা লৈচন অমদি ওইহল্লে। লৈচনসিদনি মখোয়না পেঙ্গরিবা।

ঙসিদি স্রোইং-কমগী ফক্লাং ঘড়ীদা নুমিদাংবাইগী পুং মঙামথায় য়েম্রবা ফাওবা রমানন্দ ওফিস কুন্নক্ত্রি। প্রভাহিনি পুক্লীং তম্মাং-তশোইবকই। লৈতানা লৈবা ঙম্নক্তে। মাঙ্গোলদা ফৈনা য়ুংনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপা হৌবকই। অমুক্সু চপ লেপ্তুনা কোম্থোংলোমদা মঙক লৈথোক্তুনা য়েংই। অমবোমদনা মচানুপা অতোনবা রবীনা মমাদা পৈশা পীয়ু ঙংলি।

—ইমা, লূপা চনীদা পীয়ু।

প্রভাহিনি যৌওইনা তাদে। তরংদা খুমই,

—ইবুংঙোমচা, নখোয় বাবাদুবু হৌজিক ফাওবা হল্লক্নিনে !

—অস, হৌবক্লদৌনি মাগী; মবাইনা লাকচনি। সে থেঙগ্রে, শেলদুম পীবো ! মী ঙাইবন্ননি।

—অদুবু নুমীৎতি তাশিল্লকদৌবে, হৌজিক ফাওববু ! নঙবু বাবাগী ওফিসতা তেলিফোন তৌদুনা হংগেবো ?

—অদু যৌশিল্লক্নদি তানীংদ্রে, তোকও ! বাবাদু অঙাংমচা নত্তে। অতৈগী ওইবন্নেই, মখোয়গী ওফিসকী বাব মমাঙগী জীপতো, হেলিকোপ্তব মখোলমুক হৌবদো, মদুনা শোয়দনা ওইবমগনি। লাকনি পাখৎলুনু ! কদাই ঐগী লূপা চনীদুদুম হান্না পীবো !

ববীনা ঙাংন-ঙাংনা মাঙ্গোলদগী হিবো হোন্দা করিজমাদু শুমাঙদা ইছে। প্রভাহিনিনা শাউবংননা খুন্নকই,

—ইবুংঙোমচা নঙ অমা, মীনা হায়বা ঙাংবা অমত্তা তাদে। ঙাইহাক্তা ঙাইখো হায়বনিনে নঙবো !

তাঙ্গাসিদা গাড়ীগী অহৌবা মখোল অমা তাবকই। রবীনা মাগী গাড়ীদু তৈথোক-তৈথোক্না নোকফেৎ তৌনা হায়রকই,

—ঐনা বারুনু হায়দ্রা, মখোলসে তাবেদনা ? য়াবে হৌজিক্তি কদাই ঐগী শেল পীবো !

প্রভাহিনি ইমুংদা পরপ-পবপ চঙখিদুনা লূপা চনী পুথোক্লকুনা রবীদা পীরে।

—ঙাইহাক লৈব শেল, ঙাইহাক লৈর শেল ! নপানা মরোল অমা ঐঙোন্দা চৈবিবা। গাড়ী কন্না যৌগনুকো ! নখোয়শুম্বসিনি, সিফাইনা য়াম্না ফূনীংলিবসি । থেঙলকনু, থুনা হঙ্গিল্লকউ।

—হোয়, নমৌ নুপীনা ঙাইবন্ননি, ঐ চৎলে।

রবীনা শেলদু লৌদুনা মমাদা লঙনরন্নগা নুংঙাইবা অবাবা অমদা গাড়ী যৌখি। প্রভাহিনি ‘মসিগী অঙাংসিদি’ হায়দুনা নোকফেৎ তৌনা লৈহোই।

মহৌশাশুম জীপতু শুমাঙ য়ৌনা থৌজিল্লকই। প্রভাহিনি চঙশিন্দুনা বমানন্দদগী ব্রীফকেস মচাদু ওকই। নোকফেৎ তৌনা হায়,

—ওসিদি থেণ্ডকই্না ?

—চেক পবার লাকপগী বীল খরা শূবা হৌরম্বনি, অদুননি। অদুগীসু মথক্তা বজারসু চঙ্গলক্রবা ! ওা অনী লৈবকপনি। খবা হম্বদুনা কুল্লদা পীগ্রো !

বমানন্দনা গাড়ীদগী কুমথ-কুমথনা খুল্লকপনি। ড্রাইভবদা অমুক ওনশিনখি।

—কুল্লা, পোৎ-চৈশিংদু পুশিল্লকউ। অদুগা খবা হম্বা ওাদুনা নও লৌবো!

—ঐগীদি য়াবেদা, সাহেব।

কুল্লনা খুল্লকপনি। প্রভাহিনিনা অমুক মখা তাশিল্লী,

—এ ! ইন্নুংঙো, পুখো, ঐখোয়দা চাবা য়াব্রা ! খব-খবা চামীন্নগদবনি।

কুল্লনা গাড়ী মনীংদা য়াওবিবা পোৎ-চৈশিংদু লৌথদুনা মাঙ্গোলদা থম্মই। মদু লোইহবগা হায়বকই,

—সার, হয়েংদি পূং কয়াদা ?

—হয়েংদি বার্ক সাইট চৎকদবা লৈবনিনে ! পূং মাপলদা য়ৌবকউ।

রমানন্দনা খুল্লকপনি। কুল্লা 'ফনি, সাব' হায়না খুল্লন্নগা গাড়ী কাখৎতুনা ষ্ট্যাবিং পায়খি। প্রভাহিনিনা মাগী মনাক্তা তপ্পি-তপ্পি চঙশিন্দুনা মখা তাকই,

—কুল্লা, বা অমত্তা হংগেনে ?

—হায়বীয়ু মেমসাহেব !

—নখোয়গী ওফিসকী গাড়ীসিবু অসিগুম্বা জীপ ওাক্তবা ? হৌজিক্কানগী মখোয়গী জীপসিকা হায়বদু অমত্তা লৈত্রবনে ?

—লৈ মেমসাহেব, ঐখোয়গী ওফিসকী হন্দক জীপসি মবি লৈবনি। অদুবু মন্ত্রিনা অমা, কম্মিস্নাবনা অমা লৌগ্রে। অদুগা লেমহৌবিবা অনীদুনা, অমনা এস.ঈ না অমা, সেনিয়াব ঈ.ঈ. নি হায়দুনা বাজেন সাহেবনা অমা তোংগ্রে। ঈ.ঈ. বাজেন্না হান্না তোংলম্বা জীপুনি ঐখোয় সাবদা থওথবক্লিবসি।

পাউখুমদু কুল্লনা য়াবক্তা ওংদুনা লোইহিশিল্লন্নগা জীপতু স্টার্ট তৌবি। প্রভাহিনি মখা তাকম খওহৌদে। মায়থোং মকশিল্লপ লেপ্পুনা লৈহৌই।

রমানন্দনা নুমিদাংগী চাক-চাননবা চাকলুক মমাওদা ফমথবকপগা প্রভাহিনিনা ওাইওমদবগুম হৌদোক্লকই,

—বাবাগী ওফিসকী গাড়ীসিবু জীপসি অমা ওন্নবা তৌবনা ফবোইদ্রা ?

বমানন্দ প্রভাহিনিদা ওক্তক য়েংখৎলকই। অদুবু হান্না পাউ ফাওনরম্নবগুম রবীনা অমুক শমথরকই,

—মদুগী বাব মমাগী জীপতু ঐদি ফনবু নুংঙাইহবি। হোবন য়াওবগী দবকাবসু লৈতে। মগ্গাম্না লোইনা খঙনে। কাঙ তান্নবগীদি ফনা কান্ননি।

—অদুবুদি ইমা তৌগে য়েংঙউ। নপাগী বা অমত্তা তাখিগে হায়দুনা ঙাইহবগী বানি। হয়েংমক মন্ত্রিগীদা চংলুগে।

প্রভাহিনিনা ইচঙ থৌনা ওক্লকপনি। বমানন্দনা চৈহংলি,

—কবিনো নখোয়না ঙাংলিদো, অওং-অপা শাবদুনা ? ওফিসকী থবকপু ফাগিবো ? চংলুনুকো !

ববী মমাদা নোকফেং তৌনা য়েংলগ্লগা লুকথদুনা চাক চাবা হৌখি। বমানন্দসু মখুং হামদুনা চাক হুকপা হৌই। অদুবু প্রভাহিনিদি পেলহৌদবগুম বমানন্দদা মুন্না য়েংদুনা লৈবি।

'ক্রিং, ক্রিং, ক্রিং, ক্রিং'

তৌলফোন লাকপগী মখোন্নী। বমানন্দ চাক চাবা লেপ্পুনা প্রভাহিনিদা য়েংখৎলকই। প্রভাহিনি শাউবংননা 'কনাগী ফোন্নো, ওহোক্লা নুংঙাইখিদ্রে!' হায়না শোল্লগ্লগা চাকশঙদগী থোকখি।

''হল্লো .. লৈতে। ইবুংঙোবু কনানো ? ....... পুংমুক চঙলকপা য়াই, চপ চাবদি হায়বা ঙমদে। হয়েং ওফিসতা ... .। হোয় .... ইমাদা হায়বা য়াদব্রা ? ..। অদুদি ঐদি খঙদেনে। হয়েং অয়ুক পুং তবেংতা .. , হোয় ইবুংঙো !''

শেংফাত্তনা তাবা প্রভাহিনিনা তেলিফোন্দা বাবী শান্নখিবগী খোঞ্জেলনি। বমানন্দ চখোম লেপ্পী। মমায় ঙাংশিল্লী। প্রভাহিনিনা চাকশঙদা চঙলকপদা বমানন্দনা মমায়দা মুন্না য়েংই। মদু উবদু প্রভাহিনিনা কংনোক নোক্তুনা হায়বকই,

—কৈদৌবগে বাবা ? চাকতুদুম চাশিনবীয়ু।

অদুবু পুক্লীংগী মমি মায়থোংদা তাই। হোংলক্লিবা প্রভাহিনিগী শক্তমদুদি বমানন্দগী মফমদা লোৎপা ঙমদ্রে। মদু উবদা বমানন্দ ঙাইঙমলক্ত্রে। হংলকই,

—কনাগী ফোন্নো ?

প্রভাহিনি খুমদে। বমানন্দগা মায়োক্লবা ঙমদবগুম লৈথোক্তুনা ববীদা য়েংলকই। ববীসু মমাগী মীৎয়েংদুদা চিংনবা অমা য়াওবক্তুনা চাক পবপ-পবপ চাশিল্লগা চাকশঙদগী থোকখ্রে। বমানন্দ প্রভাহিনিদা অমুকসু নমহং হংজিল্লকই,

—কৈদৌবগে নঙবো ? কনাগী ফোন্নো হায়বনি ?

—বাবাবু ঙসি বার্ক ওর্দব থবা সহি তৌখিব্রা ?

প্রভাহিনিনা তপ্না হায়বকপনি। বমানন্দ ঙকচান্নে। অদুবু খুন্নকই,

– পীখিদে। ঙবাংবুদি ঠিকাদাব চাওবগী মিংদা বার্ক ওর্দর অনী পীখি। কবিগীনো ?

– লানঙস্বা হায়বিসিবু বাবা খঙবীব্রা ?

প্রভাহিনিনা মখা তাবকপনি। রমানন্দ তপ্না খঙ্দুনা খুন্নকই,

– কনাগী লানঙস্বনো ? ঐ নীংশিংবা থোক্লে!

– থবক্তু মখোয়গী প্রোজেক্তনি। চীফ ইঞ্জিন্যাবদা হান্না হায়খ্রবনি। মখোয়দা পীদবা য়াবোই, অসিনি।

– কবিনো হায়বিদুবু। পীথোকখ্রবা বার্ক ওর্দবদুবু কবয়া মখোয়দা অমুক পীগদৌরিবনো ? অদুগা চীফ ইঞ্জিন্যাবনা ঐঙোন্দা হায়বকখিবসু লৈতেনা !

– খঙদে, হয়েং অয়ুক পুং তবেৎতা তেলিফোন তৌবকনি লৈহন্নমঊ হায়বকই। ফজনা শেংদোক্লৌ!

খনফম খঙদে বমানন্দ। থস্মোয়দা থুক লাওবা অমা ফাওরকই। লানঙস্বনা খৌবিদা চুন্দোই পায়দুনা ঙাকখ্রবগুম চাক য়োংথবা য়াদ্রে। তোকলে। মহাক অহীংসু তৃস্বা য়াদ্রে। মফম খঙদবা বাখল অমনা থস্মোয়দা উংদুনা লৈবে।

মথং নুমীৎকী অয়ুক পুং তরাক মিনিট নীফুমঙাদা লানঙস্বনা তেলিফোন তৌবক্লে। রমানন্দনা হায়বা য়াবা হায়বে, শেংদোকপা য়াবা শেংদোক্লে। অদুবু লানঙস্বনা য়াবা কৌবা লৈত্রে। নুমীৎ মঙানিগী মনুংদা বার্ক ওর্দরশিংদু মখোয়গী খুত্তা শিন্নখ্রবদি মখোয়না পীবকপা চৈরাক মশানা য়ানা লৌজবা তাবনি হায়দুনা শিখাঙ খাঙখ্রে। কবি তৌগনি ? বমানন্দ মমায় মমীৎ ইমক মকশিল্লী। বুখি লৌশিং পুন্নমক মাঙখি। মথস্তা খনফম খঙদদুনা বাফমদু বার্ক ওর্দর কবিনো হায়বা ফাওবা মুন্না খঙজদবী প্রভাহিনিদা ওনশিন্দুনা খন্নে। চীফ ইঞ্জিন্যাবদা থবক্তুগা চাউবা মান্নবা থবক অমা অথুবা মতমদা লানঙস্বদা শিনবীনবা হায়জবা নত্তুগা ঠিকাদার চাওবদা থবক অমা লানঙস্বদা খাইদোক্লবা হায়নবা হায়না মখোয় অনীনা বারেপ লৌবে।

বমানন্দ মথংগী নুমীৎতা ঠিকাদাব চাওবা উনবে। অদুবু হায়নবদা কান্নদ্রে। মাসু থবক্তু মাগী নত্তে, মন্ত্রিগী মনাওনুপাগীনি, চুম্না মাগী মমিং বায়খিবগী বাদনি হায়বক্লে চীফ ইঞ্জিন্যাব অমুক উনরে। অদুবু মদুসু কান্নদ্রে। থবক লৈতে জ্ঞ-জ্ঞবা ঙাংনৌ হায়দুনা ইহৌক্লক্লে। উপাই লৈত্রে বমানন্দ। অমবোমদা বাফমদু মীঙোন্দা য়া-য়া তৌবা য়াবসু নত্তে। অদুনা উচিদা অমুক হঞ্জিন্নু হায়বগুম ওনশিন্দুনা প্রভাহিনিদা অমুক অন্নবা নত্তনা উপাই লৈত্রে। মপুবোইবগীদমক্তা বাজববী প্রভাহিনিনা মুন্না খল্লগা হায়জরকই,

—ঐখোয় কুমাবগা তিন্নবা মাইবা হায়বদু মী য়াম্না শঙ্গ তৌই হায়বগুম তৌই। মাগা অমুক্তং হায়নদুনা য়েংসিবা ?

—মাইবা হায়বদি ইপু, ইপু হায়নবদুবা ?

বমানন্দনা গুক্না হংলকপনি। প্রভাহিনিনা খুমই,

—হোয়নে, ইপুসু হায়নবগুম তৌই। কুমাববু কৌহল্লুসিবা ?

বমানন্দনা য়াদুনা কুমাবনা মাইববু কৌহল্লুবে। বাবীদু তাবদা মাইবনা ইয়াং য়াংনা হায়বকই,

—তামো, কবিমত্তা বাবীকনু। ইতৈমসু নুংঙাইনা লৈখোকপিয়ু। য়ানি, ননাও, লৈজবি। ননাওনা য়াননবা শীঞ্জবক্কে। মখোয়সু মবম চাদবা থবক পংতৌ তৌবা য়াপোৎ নত্তেদা ! হান্না হায়নবসু নত্তনা। মবক্তা লাই শাবা খবা য়াওদুনা তৌবা ওইবিনি। মদু ফজনা শেংদোক্লবগী মথৌদি তাই। নোং-নীনিসিদি তেলিফোন পায়বীকখিনু !

মাইবগী ইচঙ-থৌবা মতৌ অমদি বাঙাংদুদা প্রভাহিনি, বমানন্দ বাখল খবদি য়াংথোকপগুম তৌজে। বমানন্দনা হায়বকই,

—খঙদে ইনাওবুংঙো, অসিগুম্না অসিদদি নয়াম্বদি উদগী তাবমুক পঙবনি। শঙ্গসু লৈতে। ইনাওনা শীনবদুদা ঐদি অদুম য়াজবে।

—ইনাও লৈরি হায়দুনা নৈ-তামো ঐখোয় 'নীনা চাউখোকচবিবনি।

প্রভাহিনিনা অমুক পাংশিল্লকপনি। মাগী বেগতগী লুপা চাম্মঙা চংপী অমা পুথোক্লুনা মাইবদা পীদুনা মখা তাবকই,

—ইনাওগী গাবী থাউ হান্নবা, সে !

মাইবা শেলদু লৌদে। হায়বকই,

—কবিগী শেলনো, ইতৈমা ? ঐবু কবিগী মীতোপ ওইনা লৌবীবিবনো ? কুমাব ঐখোয় 'নী অমত্তনি খনবীয়ু। মদু তৌবীবক্কনু। হয়েং থবক মঙ্গোল ওইবগা চাক চবা অমা চামীন্নবগা লোইবে।

শেলদু প্রভাহিনিগী বেগতা অমুক হাপচীলহনখি।

ঙাইহাক চা গিলাস অমমম থকমীন্নববা মতুংদা মাইবা চংখি। অদুবু রমানন্দগী বাখলগী চিংনবদি পূমকোক কোকপা গুমদ্রি। তেলিফোন লাকপা খুদীং মিহুল চাওখৎলি। অদুবু মাইবগী পাউতাক মতুংইন্না পায়দ্রে। মদুতা নত্তনা ওফিস কাবা কৃপ্না নক্তুগা অকবা থবক নক্তুবদি বমানন্দ য়ুমদগী পঙনা চংথোক্লে।

লানওম্বনা মতম থাবকখিবা মঙানি শুবা নুমীৎ য়ৌবকপদা রমানন্দ প্রভাহিনি অমুক্কা হেন্না রাখল অম্মাং-তশোইবকই। পুক্লীং লৈতানা লৈবা ওন্নক্তে। খল্লী, ‘কবি খোক্লগবা ওসিসিবু ? মাইবনা মীশিংদুবু শেংনা উনববজাংলা ? য়ান্নত্রা ?’ অদুবু রান-রানা নুমীৎতু হৌগ্রে। লানওম্বগী পাউ অমত্তা লাক্রে। মখোয় অনীমক অহীংদু শান্তি লৈনা তুমজবে।

মথং নুমীৎকী অয়ুক নোংঙানবগা মাইবা হাথু-হাথু লাক্লনা হায়বৈ,

—তামো, পাউ য়ৌগ্রবনি। ঙবাং মখোয় লাক্লন্নবোই খল্লী। লাক্কদবসু মাদ্রে।

—লাক্রে ! য়াম্না নুংঙাইজবে। ইনাওনা ঐখোয়বু কনবীববনি।

বমানন্দনা হবাওনা খুন্নকপনি। মাইবনা মখৌ পোংতক মখা তাবকই,

—তামো, মতুংদি খবা চেকশিনবীয়ু ! তামোগী ওফিসতা তামোবু য়েংশিনবা মী খবা লৈবে। অদুগা তামোখোয়সু অচৌবা হায়বদু ওইববনিনা মনুংদা মী খবদি থন্বা ফৈ। নত্তবদি থবক তৌবা রাগনি। ঐনা হায়জবিবসি হৌজীক্কী মতমদা অচৌবা ওফিসাবতা নত্তনা এম এল এ , মন্ত্রি ফাওবনা তৌনবা থবকনি।

বমানন্দ খুমদে, লুকথদুনা খল্লী। মাইবনা অমুক মখা তাবকই,

—ফবে তামো, ননাও য়ৌজগ্রগে ! নুংঙাইনা লৈথোকপিয়ু ! ননাও লৈবিঙৈদা তামোগী তুবুম নাম্মা শোকপা য়াবা নত্তেদা !

—অদুগীবুদি ইনাও লৈবি হায়দুনা ঐখোয়না চাউথোকচবিবনি। চা গিলাস অমমমতদি থকমীন্নখিসি ?

বমানন্দনা থুনা হায়বকপনি। মাইবনা খুন্নকই,

— য়াজবে অমো, ঐ থবক অথুবা অমা লৈহৌবি। কোন্না থকমীন্নবসি। ঐ চৎলে।

মহাক হাথু-হাথু চৎখি। বমানন্দনা মাবু শুমাঙ মতোন ফাওবা থিন্দোকলুই।

হৌজিক্তি বমানন্দ, প্রভাহিনিগী চিংনবা পুম্নমক কোক্রে। থম্মোয়দা মাইববু থাগৎলি। ‘কয়াদা পুকচেল চাওত্রবা অঙাংনো ? কবিনা মাগী লমন শিংগনি ? অমবোমদা মানা হায়বম্নগুম, মতমসিদদি ঐখোয়গী ওইবা মী খবদি থমদবা য়াদে। মহাকপু ঐখোয়দগী লাপথোকহনবা য়াদ্রে।’

হপ্তা অমগী মতুংনি। বমানন্দনা অয়ুক্কী রাকিং হঞ্জিন্নকপদা মখোয়গী য়ুমদা চহী কুন/কুনমঙাবোমগী লেংগা ওইগদবা নহা অনী ফমদুনা লৈরমই। প্রভাহিনিসু তুমিন্না লুকথদুনা ফম্নমই। মখোয়বু উবদা বমানন্দ লেপকক তৌই। মানা থোঙজীন কানশিন্নকপগা মখোয় অনীগী মনুংদগী খবা অহল ওইবা মানবদুনা হায়বকই,

—ঐখোয় লানগুম্বগী কাংবুনি। পাবুংবু ঙাইজরগ্নিবনি।

বমানন্দ মমীং-মনা ইথক থক্কলি। শুফম খণ্ডে। নুপাদুনা মখা অমুক অয়রকই,

—ঐখোয় বার্ক ওর্দর লৌবা লাকচরিবনি। পুখোকপিরক্লো, ঐখোয় কুইনা ফম্বা য়াবোই।

বমানন্দা খ্বাই লাউই। মশাদু অফা-অপুন্নবগুম তৌরকই। খুমগে তৌবকপদা যৌনাউদা পনখি। অদুবু পুক্নীং ফাথদুনা তপ্না হায়রকই,

—ইবুংঙোখোয় ঈংনা ঙান তানা অমুক্তা ঙাংনখিসি !

—মদুগী মতম লৈতে পাবুং। বার্ক ওর্দরদু পুখোকপীবকউ। মখা তাবা বাবীদি ঐখোয়গী অহলগা শান্নবীয়ু।

অনীশুবা নহাদুনা খঙশম শমজীন্নকপনি। মখা তাবকই,

—তেলিফোন তৌবসু পায়দে। ঐখোয়বু য়াম্না উশিংত্তবগী বাবা ?

—তেলিফোন য়াদবা কুইববনি অদুননি। অদুবু ঐগী বাসি অমুক্তা তাখো। সুম তৌবনি, ঠিকাদাব চাওবদা ঐনা হায়জবা ....'

বমানন্দনা খোঞ্জেল নীকতক খুন্নকপনি। অদুবু মানা ঙাংবা লোইখ্রিডেদো নহাদুনা য়েংথখি।

—বাকোই শুবীরক্নু। ঐখোয়না পান্নিবসে নওগী বাকোইদু নত্তে। কন্দাই বার্ক ওর্দবদু, ঐখোয় থুবে, চৎগ্রগে !

—ইবুংঙোখোয় অমুক্তা ফিংগৎখিনু। নখোয় পাবুংদি ঈ ঈ কাবসু কুইগ্রিবনি। মাদি পাউদু হান্না খঙদবা অশেংবনি। মখোয়গী চীফনসু হায়বক্তে হায়। বার্ক ওর্দবদু লৌখিবা ঠিকাদাবদুসু মন্ত্রিগী মী ওইরমান্নে।

খবা ফগদ্রা খন্দুনা প্রভাহিনিনা খুন্নুবনি। অদুবু মদুনা হেন্না নহা অনীদুগী শাউগৎনবগী মচাক ওইগ্রে। খোন বাউবকই,

—ইমাগী নথৌ লৈতে। বাফমসি পাবুংগী ওফিসকিনি। ইমুং-মনুংগী বরি নত্তে।

মাগী পুকচেল্লা য়েন্নিবা নোংমৈ মচাদু ফুবিৎ খজিক্তং হাইগৎতুনা পায়বগা মখা তাবকই,

—ঐখোয়বু খেন্নগা থাদোকপা য়াগনি খনব্রা ? ঐনা পায়রিবসিবু শান্নগোৎ ওইনা উব্রা ?

নোংমৈদু উবদা প্রভাহিনি খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। মশা পুম্বা চেঙ খৈবগুম নীকপ্রে। বমানন্দনা পাখৎলপ তৌনা খংখুম খুমই,

—ঐ ঠিকাদার চাওবদা হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়জরবনি। অদুবু অমুক্তংদা উননবা তাঞ্জা পীবিখো।

—ফবে, বা য়াম্লা ভাংনগুমসি। ঐখোয় হয়েং লাকনি। বার্ক ওর্দব থল্লমউ। মসিনা অবোইবনি। ভমদ্রগনা . . !

নহাদুনা নোংমৈদু শংতোক্লুনা মতোম্লা বমানন্দদা হাইফেং ওনশিল্লল্লগা থুনা অমুক য়েপশিন্দুনা মখোয় অনীমক থোকখি। রমানন্দ মখা তাবা ভমহৌদে। অশাবা মুর্তিগুম তূমিন্না লেপ্লুনা লৈর্হৌই। প্রভাহিনিদি নোংমৈদুনা কাপ্তা কাপ্পদৌগুম খন্দুনা মমীৎ উং শিন্দুনা বাঙখি।

বমানন্দ উপাই লৈতদুনা মাইবা অমুক কৌদুনা খল্লবে। বাথোকসি লোইদ্রিবা ফাওবদি বমানন্দগী ইমুং শো লোনবদা তাবে। মতৈ-মনাও মীনা খঙদবা কুম্যাব, মাইবতনা খঙবা মফম অমদা লৈবা তাবে। মচানুপা ববীনা প্রভাহিনিগী মবুংগী ময়ূমদা লৈহনখ্রে।

পুবা থা অনীনি, বমাননন্দনা ইমুং থোঙ লোনবা, ওফিস কাদবা। মমৈদা বার্ক ওর্দবগী তেন্দব এমাউন্টকী চাদা মভা বমানন্দনা লানভন্নদা পীদুনা বাথোক্ত লোইশিনবা নত্তনা অতৈ লম্নী উদ্রে। বাফমসি বমানন্দদদি শিবগা পাংখকনি। মবমদি শেল লৈতবগী মথক্তা মাগী বাখলদি 'কবিগীদমক লানভন্নদা শেল পীগদৌবিবনো, পৈশা পীফম থোক্কে' অসিনি। অদুবু প্রভাহিনি, কুমাব অমসুং মাইবনা কন্না থেল্লে।

—লানভন্নদা অচুম অবানগী বা লৈতে। মাগীদি শেল ফংলগা লোইবে। অমবোমদা শেলদি তাল্লগা ফংই। অসুক বানা পুন্সিগী মহাও অমত্তা ম্লাওদনা তুমফম-চাফম খঙদনা হিংগদৌ শকক শেনফমদু পীথোকখ্রগা নুংঙাইনা লৈবনা ফৈ।

বমানন্দ য়ানীংদ-য়ানীংদনা বাফমদু য়াবদা তাবে। পুবা য়াবা পূদুনা, থিবা য়াবা থিদুনা মাইবগী খুখাঙদা শেনফমদু লানভন্নদা য়ৌহনখ্রে। মদুগী মতুংদগী প্রভাহিনি বাখল য়াম্লা হচ্ছখ্রে। অবং-অবাক, অকে-অমৌ লোইনা থাদোকখ্রে। বমানন্দসু মদু মভায়, ওফিস কাবা কুন্না নত্তুগা থবক য়েংবা চৎপা নত্তনা মপান কম্যা থোকখিদ্রে। অমবোমদা লানভন্নদা পীনবা মানা মীভোন্দগী পূক্বা শেনফমদু মচীৎ-মচীৎ শিংবদা চহী অনী পুবা চঙখি।

নোংমা নুমিদাংবাই অমা বমানন্দনা ওফিসতগী হল্লকপদা মখোয়গী য়ুমদা নহা অনী প্রভাহিনিগা ফম্মিল্লদুনা চ থক্লমই। রমানন্দ চঙলকপা উবদা 'সাব' হায়দুনা মখোয় অনীমক হৌগৎতুনা ব্যবহাব তৌববই। বমানন্দ নহা অনীদুগী মনুংদা অমদি মশক খঙই। জোন

কৌহ্‌। মাগী মখাদা অতোপ্পা ঠিকাদাবগী মিংদা ঠিক্ক তৌবনি। অদুনা মহাক মখোয় অনীবু কবিমত্তা চিংনদে। মখোয়গী মবক্ত চঙশিন্দুনা অহাঙবা সোফা অমদা ফমথৈ।

—ইবুংঙো জোন, কবি থবক্কীনো ? নখোয়গী থবক্তুদি লোইহবব্রা ?

—হোয় সাব। মদুগী বিলদু . ।

—মদুগীদি ওফিসতা সুম উনবগা য়াবদুবু, য়ুমদা অমুক ব্রানা লাক্কবসু।

—বীলদুগী মতাংদা সাবগা ব্রাবী অমত্তা কুপ্পা শান্নজদবা য়াদদুনা লাকচবনি। ওফিসতদি অম-অমা, মবাঙ-মবাঙ তৌবদুদা কয়া নুংঙাইজদ্রবা।

—এস ও., এ.ঈ গা য়ান্নবগা থাগৎলকউ। ঐগী তেবলদা য়ৌহল্লকউ। অবাপ্পা মফমসু নত্তে। তেষ্ট-চেক ঙাইহ্যাক চৎলুবগা হেক্তা থাদোক্কে। মিনিৎ ফানা চঙলোইদা !

—থবক্কীবুদি সাবনা য়েংবীবসু কাযদে, পুবা ফিৎনি। বিপ্যাবিং ব্রার্কনি হায়জবগী ব্রাতনি, ন্যু ব্রার্ক্কা চপ মান্ননা শূজববনি। এস.ও , এ ঈ গসু য়ান্নজববনি। অদুদা এ ঈ না সাবগী অয়াবা য়াওদ্রবদি নুংঙাইবোই হায়বদগী লাকচবনি।

—কবিনোনে মখোয়না ঐঙোন্দা অমুক ইনশিল্লিদুবো ! ঐগীদি য়াদবা লৈতে। থবকপু ফজবন্নবদি বিল পল্লোই।

—ব্রাসি হেক্তা হায়জবগে, সাব ! ঐখোয়গী থবক্তুগী লৈবিবা সেক্কসন্দু লুপা লাক্ষ তবক্কনি। অদুবু এস ও না বিল খোৎপদা লুপা লাক্ষ অনীমখাযদা তাবে। অদুনা লাক্ষ অহুম্মখায় অবেন্নদা লৈহৌদৌবে। শেনফমদু ওফিসনসু লৌহৌবা য়াবোইদবা গবর্নমেন্টতা হনখিগদবা শেনফমনিনা য়াববদি সেভিং থম্বীবনু, লোইনবা শাজিনবিবো হায়জগে লাকচবনি।

জোন্না চিং-চিংদুনা হায়বকপনি। বমানন্দনা খংখুম খুমই,

—এ, অদুদি য়াবোইদা ! নখোয়না শূবিবা থবক্তুদা খবা য়েংথোক-য়েংশিন তৌবগা শাবীয়ু হায়বনা ব্রাফম অমনি। অদুগা অদুক য়াম্না অহেনবদুদি য়াবোই।

—তৌবীনু সাব, লুপা লাক্ষ অহুম্মখায়দু অবেন্নদা মাঙগদৌ শক্তক খব-খবা কান্নমিন্নসি। ঐখোয়সু কান্নগে, সাবখোয়সু কান্নবীয়ু!

জোন্না খুন্নকপনি। ফুবিৎখাউদগী লুপা চাম্মঙা চৎপীগী পিন শৎত্রিবা মপুল অমা পুথোক্তুনা তেবলদা থমদুনা মখা তাবকই,

—মসি থমজবমগে ? সাবনবু য়াবীববদি অদুম লোইবে। ঐখোয় অমুক য়ৌজবগে, সাব !

জোন হৌগৎলি। বমানন্দনা শাউনা খামই।

—ওইখো জোন, শেলসি, পুখো! ঐনা অমুকসু হায়বিবসিনি, নখোয়না শূজবদুগী খবা য়েংলগা পীগে। অদুগা য়ারোইদবা বাদুদি হায়গনু! ঐখোয়গীসু খবা য়েংউ!

—সারগী য়েংদুননি লাকচবিবনি। সাব করিসু শোকহল্লোই। এস.ঈ. গীবু ওইবো, চীফকীবু ওইবো নত্ত্রগা মন্ত্রিগীবু ওইরো, ঐনা লোইনা দাই পুজগে! দরকার লৈরগনা মন্ত্রিনা তেলিফোন তৌহল্লবক্কে।

জোন্না ইচঙ-থৌনা খুন্নকপনি। রমানন্দ শাউবা হেনগৎলকই।

—য়ারোইনে জোন; মন্ত্রিনা টেক্রিকেল খঙবা নত্তেনে। নুংঙাইতে শেলসি লৌশিল্লু। অদুগা মসিমসু খঙজিল্লু, ঐখোয়সে নখোয়না লৈবা য়াবা মী নত্তেনে!

প্রভাহিনি অহানবদদি ইচম-চম্না খল্লম্বনি। অদুবু হোৎনবক্লিবা শক্তমশিংদুদা মহাক তৌফম খঙদনা মমীৎ-মনা চপ য়ুংদুনা তুমিন্না লৈগ্রে। নহা অমদুনা অমুক য়াম্না মোং-হাদনা মঙক পৈথরপ তৌনা শমথবকই,

—ঐখোয়বুসু য়াম্না হন্দনা খনবীনু, সাব! হায়ফম থোকই হায়বগী হায়জববগী বানি। তৌবু তৌগে হায়ববদি অহীংদা আ· অবাপ্পা চীংনুংদা কৌবগা ইবায়-লায়না চেক ইহনবা ওন্নজাৎনি।

খোংগ্রাউ ফুবিৎখাওদগী নোংমৈ মক্ক অমা লৌথোক্নুনা তেবল মথক্তা শেলদুগী নাকন্দা থমদুনা মখা তাবকই।

—সাবগী অপাম্বনি। শেল ওইনা লৌবীগে হায়ব্রা নত্ত্রগা মক্সি ওইনা লৌবীগে হায়ব্রা ? হয়েং ওফিসতা উনবসি।

মখোয় অনীমক মমায় লৈথোক্নুনা নীঙাইদনা পবপ-পবপ থোকখি।

শেল পামদবা মী সংসাবদা লৈতে। অদুবু মতাং-মফম চান্দ্রবদি শেল উবদা ইপাই হৌই। বমানন্দ শেলদু পাম্বদি লায়বদুনা মশক-ফাওবা উনীংলক্কে। অদুবু মহাক তৌফম খঙদে। মাঙসু লাং, তুংসু তেন! তুমিন্না লায়বক্তা মখুৎ শৌদুনা উংদুনা লৈখি। মপুবোইবগী মতৌদু মুন্না য়েংদুনা প্রভাহিনি হীক-হীক কপ্লকই।

OOO

# মৌলুবী সমসির আলি

আল্লা-হু আকবর,     আল্লা-হু আকবর,
অসহাদু অন-লা,     ইল্লাহ, ইন-লল্লা '

নোংমদা মঙাবক লেপ্তুনা নামাজ তৌজবিবা মৌলুবী সমসিব আলিনি। ধর্ম্মদা থবায় লূপ্পী। লৌথুপ-লৌকাই, ওইজনাম পুজনাম হৈজদে। মসজীংকী থবক থৌরম, লাইশোন-তীনশোন্দা চীংথদে, মাও থাই। অমবোমদা মৌলুবী উপাধী ফংদুনা জাতিগী অৱাংবা থাক্তা লৈজববসু মহাক লায়ববনা পং তৎলি। অহোইনদুম মদুনা মাগীদি লাইব তাননবগী মবম ওইবকখি। মতম অমদা ধর্ম্মদা থবায় লূপচবা মহাক্কী মপা বসীদ আলিনা মানা ঙন্নমদ্রবসু মচানুপা সমসিববু মসজীংকী ইমাম অমুক্তং ওইহনগে খনখি। অদুনা মতীক-মপা চাবা চাদবা থিদনা তবক-তবক লৈজবক্পা লৌবাক অমদু য়োহ্লোক্তুনা মাবু মিকৎতা থাদুনা মৌলুবী তমহনখি। অদুবু মদুদা পুথখিবদগী ঙসি মানা মচা তকক শুরবা, মীয়ায় চন্নক্রবা মতম ফাওবদা ফুগৎপা ঙমদনা লৈবে। মানসু শেল থোক্লবা থবক কন্না তৌখিদ্রে। মৌলুবী ওইবকপগী নাপল কাবিঙে, কুবানগী স্লোগতা ঙাওবিঙে, ইমুংগী লৈত-লাইব চঙখিদ্রে। অতোপ্পা মবম অমনা সমসিব মশক ফজে, মশা নাপ্পী। ঙাংথোক শক্তোক্লকপদা ইপকতা পকচে। লূচিংবা অমগী গুণ য়াওই। মানা মৌলুবী লোইদুনা থোক্লকপদা মহাকপু লৈকাইনা, খুন্না ইজ্জৎ সম্মান য়াম্না তৌনবমই। মদুদা নত্তনা নহা, পাখং-লৈশাবী ময়াম্না মঙোন্দা কুবান পাবা, ধর্ম্মগী লাইশোন-তীনশোন্নচিংবা তম্নরমই। মদুদগী পৈশাসু খবা-খবা ফংজবমই। মদুদা মহাক নাপন কাখি। মপানা নীংজবন্না ফিদমদু ফংবা ঙন্নগনি হায়বদা থাজবা থমদুনা মদুগী লম্বীদুতং উখি। অতোপ্পা শেল্লোক লম্বী অমত্তা য়েংখিদে। অদুবু মাগী নুপী বহেনাদি মাগী শাজৎতুদা

য়ানীংখিদে। তুংগী খল্লগা ইংখোল মচেং অমা য়োহোক্লুনা পি. দবল্যূ. দিদবা, সেক্রেটরীয়েংতবা পিওনতা ওইববসু তৌহৌনবা তৌসি হায়দুনা হন্ন-হন্না হায়জখি। অদুবু সমসিবনা য়াখিদে। থোইদোক্লা শেলবু পান্নুদবগী ৱাফমদি নত্তে। হন্নবা পুন্সিগী থাক-অদুদা লৈরুববদি মানা লাইনীং ওইবিবা ফিদমদু ফংনবগী লম্বীদা অকায়বা ওইবক্কনি হায়বগীদমক্তনি। হৌজিক্তি সমসিবগী ইমুংগী শেছোক হায়ববু মখোয়গী য়ুমগী অকোয়বদা লৈবিবা ইংখোলদুদা পানবা মতম-মতমগী য়েনশাং-নাপী, উহৈ-ৱাহৈশিংদু মাগী নুপী বহেনানা মৈতৈ খুল্লক কোয়দুনা য়োল্লুবদগী ফংলকপা খবা অদুতা মশায়বে। মতম অমদা ওঝা-ওঝা হায়দুনা মতুং কোয়ইন-ইন্নবম্বা ছাত্রশিংদুসু অমত্তা লাকখিদ্রে। খবদা ওইববসু মতেং ওইনবন্দু তোকখ্রে। শেলতনা মবোইববা দুনিয়াসিদা মী পূম্নমক শেলগী লম্বীতা য়েংনখ্রবা ? কুবান পাবা, মৌলুবী ওইবনা পূক থন্দে, তলব ফংদে হায়দুনা যৌশানবীদ্রবা ? মতম অমগী সমসিব মৌলুবীগী ঈজ্জৎ-সম্মান্দু ভসিদি কাংখথাং তাবে। মচাশিংবু লাইবিক তমহনবা ভন্বদি লায়বদুনা নোংমগী চবা ফাওবা অনীশুনা চানবা হোৎনবদা অৱাবা ওইবে।

শেছোক ৱাৎলবা ইমুংদা য়ুম্বাল মখোল থোকপা হৌনশানি। বহেনা মৌলুবীগী ঈজ্জৎ ভাক্লুনা ঈংনা লৈবা ভম্লক্লে। অহোইনদুম মদুনা মবম ওইদুনা মপুবোইবগা ওনশিন-ওনশিন খৎনবা হৌবক্লে। অমবোমদা ফিবান মমায়না চুম্লক্লবদা সঙ্গ লৈতে সংসাবদা। মসজীৎকী ইমামগী খন্নবদা সমসিবগী মমিং য়াওবক্লে। সেবা মৌলুবীগী ওইনা থাঙ্গৎখ্রে। মপা হাক্তক্তগী নীংজবকপা আশাদু পূমকায় কাযখ্রে। মানা হোৎনজবকপা পূম্নমক লৌশিংতা থাজনা থীবা তাখ্রে। হৌজিক্তদা সমসিব খঙলক্লে, ইজ্জৎনা পৈশাগী মকম থুপ্পী। হৌজিক মানা দবকাব ওইবিবসি শেলনি। শেল লৈতনা ইজ্জৎ ফংলোই। অদুননি মানা মতম অমদা নাপল কাজবম্বা ইজ্জৎনা ভসি লৈখা তাবক্লিবসি। মসজীৎকী থবক্তা ফনা থৱায় য়াওজববসু ইমাম খনবদা মাগী মমিং পুখৎলক্লিবসি। খল্লুবদা সমসিব মপান থোক্লুনা মীবক তিনবা ফাওবা ইকাইবক্লে। খল্লকই, বহেনানা হায়বা চুমই, সবকাবগী পিওনতা ওইবল্লবসু নাহলতনা পৈশা পায়বন্ননি। ভবাংতা পি দবল্যূ. দি. দা ড্রাইভব ওইনা থবক চঙখিবা নহা তোম্বা ফাওবা কাইনেটিক হোন্দাগী মপু ওইখ্রে। ৱা চাউন-চাউনা ভাংখ্রে। হৌজিক্তি থবক তৌবা য়াবগী চহীদি আ. তুংদা লৈহৌবে। কয়াদা পঙলমখ্রবনো, ঐসে ?' খল্লুবদা সমসিব নীঙমদবগী নীঙমদবা ভাক্তনি। অদুবু উপাই লৈতে, হৌজিক শেল থোক্লবা থবক থিবা তাবি।

নুমিদাং অমা সমসিব বহেনাগা ঈংনা খন্নবকই,
–কবি তৌবগা শেল তানসিগে ?
–ইনাক খুনবা ইচৌ য়াইমগী চেককোন্দা চেক হোনবা য়াওসিবা ?
–ঐখোয়গী মবক্তা ? মৌলূবীগী ইজ্জৎ লৈখা তাবা ওইনা থোক্লোইদ্রা ?
–য়ীকশো খৌবদি ?
–চহী মতাংসিদা ঙম্নু-ঙমখিদ্রা ? অমুক্তা তৌবকপসু নত্তনা !

মপান থোক্তুনা থবক অমুক্তা তৌবক্তবগী হৌনশা হায়কবা খুদীংদা কিথি-কিকম তৌবগুম, ইকাইবগুম সমসিবগী থম্মোয়দা নীংহন্নবা ৰাখলগী মমি হেক-হেক তাবকই। মসিনি মাগী অৰাবা। অদুবু তৌদবদি য়াদবনিনা মতৈ-মনাও খন্নবা লেপ্পে। মমৈদা মাগী লৈকাইগী মশেল থোকপা মাগা কয়া কোইনদবা অহম্মদ আলিগী মতুং ইন্দুনা হয়েংদগী হৌনা খ্বাই শমু মখোঙদা অয়ূক ঙন্না থোকপা হায়না লেপ্লবে। মবমদি মদুদি অখঙবা মী খবনা খঙলবসু পাক শন্নদি খঙহন্দবা য়াগনি। তোঙান-তোঙানবা মফমদা অমা-অনী, অমা-অনী চৎনখিগদবনি। খবা ফবা, খুৎ-নানবা থবক ফংবসু য়াই। তান চাক্লবদি উৎসব-মেলা, চাকচা-হৈজান্নবগী কোল্লীক-কোঞ্জান্নদা তাকদুনা নোংমগী খুৎশূমনগী মথক্তা ৰাহে মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা য়েনশাং মথেল লুকোয় চাবা ফংবসু য়াই। নুমিদাংদুদা তন্না চৎতুনা অহম্মদ আলিদা মহাকসু হয়েং মাগী মতুং ইন্দুনা খ্বাই-শামু মখোঙদা থোকপা য়াওগে হায়কবে। অহম্মদ অহানবদদি মৰাই মৌলূবীবু খান্নমই। থোইদোক্লা মাগা থবক চৎমীন্ননীংদবগী ৰা নত্তে। থবক হৈবোই হায়বগীসু নত্তে। শূপ্নগী মানা ৰাংনা থাঙ্গৎচবিবা মৌলূবীগী ইজ্জৎ লৈখা তাহন্নীংদবতগীনি। অদুবু মমৈদদি সমসিবনা মাগী ইমুংগী লৈত-লায়বগী ৰাবীঃ পূম্নমক থম্মোয় শেংনা তন্নবা মতুংদা অহম্মদ য়াবে। হয়েং অয়ূক ঙন্না হৌগৎতুনা মখোয় অনী খ্বাই শামু মখোঙদা থোকমীন্নবা হায়না লেপ্লবে।

মথং নুমীৎনি। মপুঙ ফানা ঙানথোক্লিবা অঙনবা অয়ুক্তি। হায়নখিবা মতুংইন্না অহম্মদ আলি লাক্তুনা সমসিবগী য়ুমগী শুমাঙদা লেপ্তুনা কৌবে। সমসিব নামাজ তৌবা পরপ-পবপ লোইশিল্লি। য়াম্নমক ফবা নত্রবসু চন্নবা য়াবা পাইজমা-কুর্ত্তা শেৎ, মকোক্তা কেপ অঙৌবা অমা উপ, খুদৈ অমা পায়দুনা থোক্লকই। মাবু উবদা অহম্মদনা নোক্লকই।

–ইবাই, কদাইদা লেঙগদৌবিবনো ?

—করিনো অহম্মদ, নঙনা অমুক ঙাওবক্লিবসিনা ? ঙরাং নুমিদাংতা অদুক ফজনা হায়নম্রগা ?

—ঙাওবিসিবু ইবাইরা, ঐরা ?

—তু কৈদৌরগেমী ?

—কেপও কবিও, থবক থিবা চংপদবু যৌ থিবগী ফিজেৎ শেৎলবদি কদাইদগী থবক ফংগনি ?

—তুদি চুমইনে অহম্মদ ! 'সুম হৈনখিদুনা তৌবনি ! থল্লখিগে !

সমসিব মকোক্তগী কেপতু লৌথোক্লগা মখুৎনা পায়রগা ইমুংদা চঙখি। অহম্মদনা অমুকসু হায়খৈ,

—কেপতা নত্তে ইবাই, পাইজমা-কুর্তাদুসু হোংদোক্লমউ। ইবাইনা ইংখোল লৈপল নাবদা শেৎনবা মতোল লৈখোম চুবদু ওইনা শেৎলকউ।

—অহম্মদ নঙসু তুদি থবা হায়মনম্রে। চংকদৌবিবসি অসিবাইদা নত্তে, আ খাইরম্বন কৈথেল ময়ায়মক্তদনি।

কেপতু থল্লল্লগা সমসিব থুনা থোক্লকই। পাইজমা কুর্তাদুদি মানা ঙমদুনা হোংদোক্লমম্রে। মখোয় অনী থোংখোঙ জীপ পার্কিং তম্না খোকখীল্লবক্লে।

জীপতু কাঙজেবুঙ মনীঙদা থাবে। সমসিব, অহম্মদ কৃমথদুনা শামু মখোঙ তম্না মখোঙনা লাক্লে। সমসির লাগুক্লা শমু মখোঙগী মীয়ামদু উই। মুসলিম্না অয়াম্বনি। মখোয় লোইনা চমোৎ-চনাইনে। অক-অপান য়াওদে। মহাক ঙক্লা অহম্মদতা হংই,

—মী য়ামম্রেদা ! নুমীৎ খুদীংগী অসুম্না তৌব্রা ?

—ইবাই, 'সিদি য়াম্বু য়ামদ্রি, ঙল্লি। হৌরেল ঙাইহাক লৈবগা য়েংউ, য়ামম্রবা মীয়াম্না। নুমীৎ খুদীংগী থোক্লিবনি।

সমসিব মখা তাবকখিদ্রে। মবুক্তদি খল্লী, 'ঐখোয়গী মুসলিম নুপাশিংসি ময়ুম-ময়ুমদা অমত্তা লৈনদ্রবোইবে। লমদমসিগী লায়রবসি ঐখোয়না খিঙি মহেনবোইবে। অদুগা খাই-কৈথেল ময়ায় ওইববসু মফমসিদা ফিজেৎ-লৈতেং, অক-অপানগী মফম লৈতে।' শামু মখোঙ যৌরকপগা অহম্মদতি হান্নগী হান্না হামু-হামু ময়াম মবক্তুদা চঙশিনম্রে। সমসিবদি ফিজেৎনগা থরা তোঙানবগা ইকাইবগুম তৌদুনা মতাই ওইবপ্না লেপ্তুনা লৈহৌরে। ময়ামদুগী মরক্তা মাবু খঙবা গী অমা-অনী য়াওবমই। লৈথোক্তুনা হংলকই,

—ওক্মা মৌলুবী, অসিদা কৈদৌবগ্নিবনো ?

—চুম্না থবক অমগী লাক্লব্বনি। মী অমত্তা ঙাইখিগে !

সমসিব মমায় ঙাঙলপ তৌই, শাংনা খুমদে। মমীৎতু তথক-তথক, হৎ-হৎ লৈদুনা খাঙই। থবাক্কী মিহুলদু খজিক্তং চাউখৎপগুম তৌই। অদুবু ময়ামদুসু খোইদোক্লা শাংথবমদে। থৌজীল্লক্লিবা জীপ, কাবশিংদুগী মনাক্তা কৃক-কৃক ইন্নেনা হোৎচিন্নদুনা কাখৎপা হানবা তান্নখি। চুম্না কৈথেন্দা য়েনশাং-নাপী লৈবা লাকপদা মী চীন্দুনা জীপ-কাবনা খোঙজেল খবা তপথবকপা ফাওবা মনাক্তা পুল্লপ-পুল্লপ চেনশিন্নে। গাডীশিংদু তুমিন্না অদুম থৌখিবসু য়্যাওই। চৈশিল্লব্সু য়্যাওই। অদুবু কনামত্তদা ইকাইবগী মমি তাদে। সমসিবদি ময়ামদুনা তৌনবগুম পাঙ্গল থোকপা ঙমদে। দন্দিগুম শোল্লি-শোল্লি, তপ্লপ-তপ্লপ মতুং ইল্লুবতনি। অদুবু কান্নদে, গাডী কাখৎপা ঙমহৌবগী ব্রা লৈতে।

অয়ুক্কী পূং মাপল হেল্লক্লে। শামু মখোঙগী মীশিংদু পঙয়াম য়াল্লক্লে। তংখায় হেন্না চৎনব্রে। জীপতা, কাবদা, অনী-অহুম, অনী-অহুম। কনাসু কদাইদনো, কবি থবক্লো অমত্তা হংনদে। সমসিব নুংশা থীবকই, 'শেল্লেপ মাঙদুনা যূমদা অমুক হল্লিনবা তাগদৌবিব্রা ?' ঙসাইমখৈ কাউকব্বগুম মঙক থাঙ্গৎতুনা অহম্মদপু খিবকই। কোয়লৈ-লৈদুনা যেংই। উদে। থম্মোয়দা ব্রাবৌগে তৌবকই, 'ঙবাংতা অদুক চেকশিন্না হায়নখ্রগা ! মানা খবা লমজিংবীগদ্রা হায়বগা ঐবু হুন্দোক্তুনা চৎখ্রমান্নি। থম্মোয পীকপা মশাগীতা খনবসি ঐখোয় মুসলিমনা খবদি মহেনবোইবে।'

—ইবাই মৌলুবী, কবিগীনো মতাইদা অদুম লেপ্তুনা লৈবিদুবো ?

অহম্মদনা তুংদগী হায়বকপনি। সমসিব মমায় খংলৈ লৈথোক্লকই। অহম্মদনা মখা তাবকই,

—ইবাই উদবদুদা থবক চৎখ্রমান্নি হায়দুনা ঐদি হবাওকব্ববনি। কান্নবোই ইবাই, চঙশিল্লকউ। অদুদা থবক লাক্লোই।

—ঙাইখো, নঙবু কদাইদা চৎলুবিবনো ? ঐবু হুন্দোক্লল্লগা থবক চৎখ্রমান্নি হায়দুনা ঐদি নঙবু শাউবা হৌবল্লবনি।

—কবমনোদা ইবাই, ঐনা ইবাইবু কবিগী হুন্দোক্কনি ! কৈথেল মনুংদা মীগা শেলগী অকবা ব্রাবী অমা শান্নব্বনি। কান্নদে ইবাই, মতম আ' য়ৌব্রে, থবক লাক্লবোই। অবাকপা গাড়ী অমদা হেক্তা চোংখৎকদবনি। নত্তবদি ভাবা মাঙদুনা যূমদা হনবা তাগনি।

সমসিব অহম্মদতা মীকুপ অমত্তং ঙক্লো য়েংলুই। অদুবু খংহন-হৃদুনা হায়বকই,

–'তুনা ফরদ্রা ?

–তৌদবা য়াদ্রবনি!

কুইদে, নোংপোকলোমদগী জীপ অমা লাকই। মখোয় অনীমক মঙক থাজত্তুনা য়েংই। ময়ামদুসু য়েংই। জীপতু অসুম অসুম তপথবকই। দ্রাইভবগী মীৎয়েংদুনা মখোয়বোমদা তন্নকই। অহম্মদ ঙ্গান তাই। হায়বকই,

–ইবাই, জীপসি য়েংউ !

–ঐসু য়েংলম্লিবনি।

–ইবাই, মসি নাহোক্হনবা য়াদ্রে। লাকউ, ঐগী তুং ইল্লকউ!

–কদাইদনো হংদনা হেক্তা চংলগদ্রা ?

–ইবাই, হৌজিক মদুগী মতম লৈতে। লাকত-লাকউ। ফংহৌবতা খল্লু !

হায়নবিঙৈদা জীপ্তু মফমদু য়ৌবকই। লেপকক তৌদুনা মমাঙগী দ্রাইভবগী নাকন্দা ফন্থা নুপাদুনা লাউবকই,

–মী অহুম, মী অহুম !

ময়ামদু য়ৌ য়োমশিনখি। জীপকী মনীঙদুদা কৃক কৃক ইন্নলা কাখৎপা হানবা তান্নখি। অহম্মদ 'ইবাই' হায়না লাউবল্লগা ময়ামদু নমখায়দুনা জীপ মনীঙদা ফন চোংখৎখি। সমসিবসু অহম্মদকী মতুংদা জীপতুদা চোংখৎনবা হোৎনৈ। ঙমদে। মখুৎনা মনীঙদা য়ান্দুনা অমগা অমগা ইন্নদুনা লৈবে। খঙহৌদনা জীপ মনুংদা মী মবি শুখি। দ্রাইভবদুনা তুং ওন্দুনা হাইফৎ য়েংলম্লগা জীপতু খংযৌ থৌখি। মনীঙদা য়াল্লম্না ময়ামদু মখুৎ খংনান নানথোক্তুনা লৈহৌই। সমসিবদি মাঙদা উপথুননা তুগেবু তৌই। খোঙথাং অহুম-মবি চেনথাং-থাংদুনা খাঙই। উপাই লৈতে সমসিব, জীপতুনা চংখিবা মায়গৈদা তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈহৌবা নত্তনা।

নুমীৎনা কোকতোন তম্লকপগা লোয়ননা কৈথেলগী মী চিনবা হেনগৎলকই। শামু মখোঙগী থবক থিবা মীদি অয়াম্বনা চংনদ্রে। মঙা/তকক্তগী হেন্না লৈহৌদ্রে। সমসিব ফিভমদুদা থম্মোয়দা লাংতক্লবা ফাওবকই, 'হল্লসিবা, লৈথখিসিবা ?'

–নহা'পা, নঙনা মৌলুবীনি হায়দুনা কুবাত্তনি কোল্লিবা ! ইমামদি সেবা মৌলুবীনা ঙমদ্রে। খঙদে, ইমাম খনবসু কবপসন তৌনবত্রা ! করিদবু য়েংদুনা খল্লিবনো ! হৌজিকপু নহা তককসি কনানা থাকপিগদৌরিবনো ? কদাইদগী শেলনা লাইবিক তমহনগদৌবিবনো ?

—অদু, ঐহাকপু কবি তৌ হায়বিবনো ?

—নঙনদি নঙবু মীনা ইজ্জৎ তৌবি খন্দুনা নাপল তৌবিবা, নঙগী মবমদা মীনা ঙাংনবিসিদি নঙদি তাদে ?

—মীনা কবি ঙাংনবিবা ?

—নঙমুক পঙবা নুপা ঐখোয়গী খুলসিদা য়াওদে হায়নবিসিবু তাদবা ? অদুতা নত্তে, মাগী সমসিব মৌলুবীনা তৌবিবসি পূম্মাঙ মাঙলবনি। থবক শূনীংদদুনা মৌলুবী ওইবিবনি। মতন তনগ্রবা নুপানি হায়নবিবনিনে !

—ঐ তন্দে ! আল্লাই কসম, ঐ তনবা নত্তে ! য়াদদুনা তৌবিনি।

—য়াদ্রগা কবিগী ঐবু নহা তকক্লী মযা ওইহনবীবিবনো ? মখোয়বু কনানা থাক্কদৌবিবনো ? লম্বী-শোবোক্তা ঙানু-য়েন থাবগুম মখোয় অমা-অনী থাদোক্লুনা আল্লাদা কুর্ব্বান তৌগ্রসিবা ? নত্ত্রগা ঐহাকপু অতোপ্পা কনাগা কবি ঙাংনক হাযবিব্রা ?

সমসিব খ্বাই লাউই। থৌনা লাকই, 'ইকাইবা কান্নদে, ইকাইবনা পূক থল্লোই, হন্দক্তি গাডী অমা হেক লাকপদা চোংখৎহৌবগে ?' লম্বীগী ময়ায় ওইবপ্পা লেপ্তুনা মমীৎ লাওথোক্লুনা কোয়য়েং য়েংদুনা লৈ।

—'ত্রিং, ত্রিং !'

তুংদগী খোঙলকপা গাড়ীগী হোবন মখোন্নী। সমসিব লাঙতক্লবা অমগা লোয়ননা লৈথোক্লুনা য়েংলকই। জীপসি অঙৌবা অমনা তুংদগী বাইগে তৌবমই। মহাক হন্ন-তুনা য়েংদে, ফিংতক্লা ড্রাইভবগী নাকন্দা চঙশিন্দুনা হায়কই,

—কদাইদনো য়াইয়ে ! মী কয়ানো ?

—নমীৎতু উদ্রা, হন্দোকউনে ! লীচৈসিনা কনথৎলকউবো ?

জীপসি মনীঙদগী তাখৎনা লাউবকপা নুপাগী খোঞ্জেলনি। সমসিব মমায় লৈশিন্দুনা য়েংলুই। জীপসি মনুংদা খাকি শেৎপা পুলিস মবি/মঙা তোংলমই। লাউবক্লিবদু মনীঙ ইথং-থংনা তোংবা লেংজুমদা নোংমৈ অশাংবা য়ানবা, মখুৎতা লীচৈ পায়বা লমহূই মীংতা তাবা পুলিসতুননি। সমসিব কিথি-কিকম তৌনা খংহন্ন-হন্দোকই। জীপসিদু থৌখি। মনীঙদা তোংবা পুলিসশিংদুনা মঙোন্দা য়েংদুনা নোকশিল্লমই। মহাক মমায় ইচপমুক ঙাওনা উংদুনা লেপহৌই।

—চাচা, 'সি অমুক্তা পায়বমখো ! ঐ মনুং চৎলুখিগে ! খাঙবা য়াদ্রে !

পাখংমচা অমনা মানা থৌবকপা সাইকলদুদগী চোংথদুনা হাথু-হাথু হায়বকপনি। সাইকলদু সমসিবগী মমাঙমক্তদা থন্নমদুনা মহাক মসজীৎ বোৎলোমদা

চেনশিনখি। সমসিব জ্ঞান-মেন অমত্তা তাহৌদে, মঙোন্দা ঙামথবক্লিবা সাইকলগী হেন্দলদুদা তাপ পায়।

—হায়, নহা, কবিনো, ঙাইখোনে !

অদুবু পাখংমচাদু তাখিদ্রে ! চেনখিবনা হানগ্রে।

থংনবা মীকুপ্তা পুলিস গাড়ী অমা থুনা থৌজীল্লকুনা মাগী মমাঙমক্তদা খংখাম খামলে। মনুংদগী পুলিস অহুম/মরি ফন-ফন চোংথবকই। ফিজম শেংপা নুপা অমসু য়াওবকই। নুপাদুনা মানা পায়রিবা সাইকলগী সাবলদুদা তাপ পায়রকই। খণ্ডহৌদে, মনাক্তা লেপ্লগ্না পুলিস অমনা মাগী-নাহ্মদা খুবাক্লা 'শেং, শেং' ওন-ওন্দুনা থাবকই। সমসিব তবং চৎলি। মমীংতা নোংথাং উবকই। মকোক পায়দুনা ফমথগে তৌই। পুলিস অমনা অমুক মফৈগন্দা কাওশিল্লকই। 'পোপ-পাক, পোপ-পাক, সেৎ, সেৎ'। মখোয় অনীগী কুংফু-কবাতে তমফমসি মঙাই। সেকেন্দ তবা ফাদে, সমসিব শল্লগা তাই। 'এ ! এ !' দগী হেন্না খোঙ্গেল থোকপা ঙমদে।

—য়াবে, য়াবে, গাবীদা হাপকৎলু !

লেংজুমদা স্তাব অনী নপ্পা পুলিস এস আই. দুনা হায়বকপনি। পছদে, পুলিস অনীনা মাগী শগল লাক্তুনা চিংখৎলী। সমসিব জ্ঞান মতেক মতেক তাই, মতেক মতেক মাঙই। চোকথববা মমীং অনীদু রানা পাঙথোক্লকই। অকোয়বদগী মঙোন্দা য়েংলক্লিবা মীয়ামদু মশেন-মবাং ওইনা উই। মহাক য়েংনীংদে। মমীং উইশিন্দুনা খাঙই। পুলিসনা পায়বিবা খুত্তু নাহোক্তুনা কুনগে তৌই। অদুবু কন্না ফাদুনা পুলিসতুনা খোঙ্গেল লূম্না ঙংদুনা হায়বকই,

—মবৌসু তৌবিনেসে ! অহৃলসু ফনা ওইবে। হৌজিক ফাওবা সাইকল লাক্তুনা নত্তু মচা থাক্কে খল্লিবা, ইকাইগেদি হায়দ্রদুনা !

সমসিব পুলিসতুদা খুম্লীংই, সাইকলদু মানা লাকউবা নত্তে, নহা অমনা থল্লবনি, মানা হায়বিবদু অবানবনি। অদুবু খুম্না ঙমদ্রে। থুনমক পুলিস অনীদুনা মাবু গাড়ী মনুংদা লংখল্লে, অলু বোবা লংখৎপগুম। মহাক লোংনা পদ্রাক তাখি। লেঙবা ওৎপা ঙমখিদে। পুলিসশিংদুসু থৌবা ইশা শাদনা গাড়ী মনুংদা ফন-ফন চোংখৎখি।

—হে, সাইকল হূবানবা, হৌগৎলুনহে !

পুলিসকী লীচে মতোম্না মশাদা কক-কক খিল্লকপদুদা সমসির জ্ঞান লাকই। মমীং পাঙথোক্লকই। গাড়ী থাল্লিবদু পুলিস ষ্টেসন্নী হায়বা খঙলকই। পুলিসতুনা হায়বগী মতুংইন্না মহাক গাড়ীদগী কুমথৈ। অদুবু চুম্না লেম্না ঙমদে। মশাদু হাইবং-

তুবংনৈ। পুলিসতুনা মাবু মখুৎ পায়দুনা থাংবোহি-চিংবোহি তৌদুনা পুলিস ষ্টেসনগী থোঙজাওদু তম্লা তপ্লা পুশিল্লকই। সমসিব খঙই, মাবু চিংশিল্লিবদু মাগী নহা তককী মমা বহেনাগী মনাক্তা নত্তে, মসজীৎকী হোজঙলোমদসু নত্তে। য়োৎনা কুংনা খাবিবা লোকপকী থোঙজাউ তম্লনি। খঙহৌদনা থোঙদু 'গে' লাউনা হাংদোকপগী মখোল তারকই। সমসিব কনাবুসু উনীংলক্তে। মমীৎ উইশিল্লী। থম্মোয়দা আল্লাবু চেৎনা খুকমজবকই,

'য়হ আল্লাহ ! ঐনা তাবিবা দশাসিবু কবিগীনো, কনাগীদমক্তনো ? ননাইনা ইবুংঙোবু মতম শাংনা অহীং-নুংথিল খাক্তনা নীংজখিবদুগী মহয়বা ? মসিবু নহাকী অচুম্বা বীচাববা ? ননাইবু লৌশিনবীবোগবা ! য়াহ, আল্লাহ !'



# নীওমখিদ্রবা থব্রায়

চহী অহুম-মবিবোম শুবক্লে বোবমনিনা মপাঙ্গন খংশোন শোহুবক্লিবা। লৈবাক শঙ্গ তৌবক্ত্রিবা। মশাগী চহীগীদি হুম্ফুমঙা লোইবগা হুম্ফুতবক্ক চঙলকপদা ঙায়বি। য়াম্না কনবা য়াবি। শিখি নাখিবনা অমা ওইপ্রবসু লৈহৌবিবা মবোল-মপা, মরূপ-মপাং অয়াম্বদি মশা কন্নবি। পোৎপু লাঙ্গোল-পায়বা, হাবেং-হামৎ, লৌখাউ-লৌয়ে চৎপা ঙম্নবি। চৎনবি। নুমিদাংবাই ফি-বোল নান্না শেং-চাদুনা কৈথেল মচিদা নক্তগা হোতেলদা পুল্লপ-পুল্লপ ফমদুনা বাচোই ঙাংবা, পুন্সিবোল শান্নবা লোইনা তৌনবি। বোবমনিনা স্বাইদগী হৈনজবপ্সু মদুনি। অয়ুক নুংথিল লৌবুক্তা থবক বানা শূরুববসু নোংমতা কৈথেল থোকপা লেপ্লক্তে। চা থক্লবসু থক্তবসু জল-পান হোতেলদা ফম্বা, অনৌবা ফিলম অমা হেক হোংলকপদা হোলদা চঙদুনা সিনেমা য়েংবা মাগী শোয়ফদ্রবা থবক্লি। ওছোক্লা মশা খিঙলমপ্রবা, চোকথবা মশক খঙলক্তবা, মীনা লাকচবা য়াবক্তবা নুপানি। লাইবিক হৈহৌদ্রবসু লৈকাইগী খৎন-চৈনবা, বাথোক-লানথোক, লৌবী-য়ুম্ফমগী নীঙাই শংদান্নবকপদা, অচৌ অশাং এস দি সি., এস দি ও., থনাগী ও সি নচিংবগা বাবী শান্নবা, সনতাই তৌনবা হৈবদা মাগুম্বা মী লৈকাইদা লৈবক্তে। ময়াম্না মাবু কিনা লুনা ব্যবহাব তৌনা লোয়নবকই। অদুবু পুম্নমক্ত হৌজিক্তি পুমহোং হোংপ্রে। থাজদনা হকচাংগী পাঙ্গল খংহন হন্থ্রে। চহী মতাংসিদা মানা অসুম্না ওইবক্কনি হায়বসি মাবু খঙবা মী অমত্তনা থাজনদে। মশানা মশাবুসু থাজজদে। তৌবগীদি মচানুপা অতোনবা তোম্বগী গ্রেজুয়েৎ ওবাগী বানোম্বদা লৌ পবী অমা লৈজবম্বদুদগী লৌবাক অমা শেৎতুনা য়োল্লগা পীখিবা লুপা লাক্ক অমা-মবায়দু মাঙখিবদগী বাখল নুংঙাইমনখিদুনা হকচাং খবা হেন্না শোহুখিত্রা ? অদুবু

বোবমনি বাখলদি হন্দ্রি। খল্লী, মহাক অসুম্না কুইনা লৈবা য়াবা মী নত্তে। শোয়দনা মহৌশাগুম কল্লকখিগনি।

অশোনবা হকচাংদুবু শীংনদুনা লবুক্তা হেক চৎলুই, মচিং ফত্তবদুনা চিংদুনা। অকনবা থবক শুক্সবগী বাদি নত্তে। লুথুম-লাংথাক তৌরুবা, ঈশিং-মায়শিং খবা য়েংশিল্লুবগী বাতনি। অদুবু হল্লকপদা 'হে, হে' হেক্তা নাহেবে। শদৌ থোংই, শ্বব ফুল্লী, থবাক লূমই হায়দুনা শাউবে। হায়নবা নংদে, অনকপদা লৈবা ডাক্তব অমদা হেক্তা চৎখি। ডাক্তবনা ইবকপা হীদাক্কু লৈদুনা চায়। নোংম-নীনিদি খবা ফৈ। অদুদগীদি হীদাক্কু চাবা হেক্তা লেপথোকই। হগ্গা লান্দে অমুক 'হে, হে' তৌবকই। অদুদগীদি ডাক্তবদুবু মমগু থীবা মখে চৈবা হৌবকই। অতোপ্পা ডাক্তব অমদা অমুক চৎলী। নুপীগী, অঙাংগী, শবাগী, সর্জবিগী, মেদিসিনগী ডাক্তব জ্ঞান-মেন অমত্তা তাদে। হায়নবা-তারুবসু য়াদে। চৈবা লাউবনা হাল্লী। অদুগা অনৌবা ডাক্তবনা ইবকপা হীদাক্কু অমুক লৈদুনা চাবা হৌই। অসুম্না ডাক্তব অমত্তগী হীদাক মতম শুনা অমুক্তা চাদে। অদুনা তুং-কোইনা ফগদবা, কান্নফম খঙবা হীদাক অমত্তা মতোন্দা লৈতবগুম তৌই। অসিগুম্না মাগী হৈনবীসি মাবু লায়েংবা ডাক্তব খুদীংমক্কা খঙই। মহাক লাকপদা খুৎলাই থাবা থাদবা মাগী মান্নথোংদা হাইফেৎ য়েংলগা চাবা থকপা, তৃম্না নুংঙাইগদবা হীদাক অমা অনী ইবগা হেক্তা থাদোক্লবা হোৎনবকই। অদুবু মদুসু য়াবা মী নত্তে বোবমনি। ওনশিন্দুনা মবে হেক্তা য়েৎনৈ। নমদুনা হকচাং পায়হল্লী, খুৎলাই থাদুনা মিহুল য়েংহল্লী। থোইদোক্লা মিহুল কাঙলোনগী মবোল খঙনীংলুবগী বা ঙাক নত্তে। মানা ঙমই হায়বদু থোক্লবনি। মদুতদা মানা পেঙ্গে। অমবোমদা মহাক লৈকাইগী অশি-অনা, দেব-কন্মদি অমত্তা চৎত্রে। পল্লুবতন্দা পূক য়েকই, কোক ঙাওই হায়দুনা য়েন অনাবগুম হেক্তা তেথবকই। অদুনা মঙ্গিমমা থাবিক্লা ওইনা লোইনা চৎলে।

হৌজিক বোবমনিগী নোংমগী শোয়ফদবা মথৌদি অযুক থেঙতক হৌগৎপা, চীন-য়া, মায়-মীৎ শেংদোকপা লোইবগা চা গিলাস অমা থকপা, বিসক্যুৎলা, দবলকতিবা শোয়ফদবা অচাপোৎ অমগা। অদুদগী মমাঙ লৈরক, মনীং লৈবক্তা ঙাহৌ-ঙাহৌ ঙাইহাক চৎলুবা, হঞ্জিল্লরুগা মাঙ্গোল ফম্মেন ফক্তা ফন্নগা মচা-মমৌশিংনা শুবি-নোমলিবশিংদুদা অশোয়বা য়েংদুনা মনীং-মমাঙ থৎ-থৎতুনা ঙাংবা, চৈবা অসিনি। মীচে খুদীং, বাঙাং খুদীং মমাংঙে মানা হকচাং ফবিঙে, কল্লিঙেদা তৌখিবা থবক শৈথাদনা, চাংদম্নদনা খক তোক্তে।

বোবমনি চাবা থকপা, তূম্বা মতম কায়দে। চাকসু চাকলুক অমমমদি কায়দনা চায়। অয়ুক্কী চাকচা মতুংদা ঙাইহাক পোথাবগা পুং অমা/অনী তুমই। মতমদুদনি মাগী মতীক-মঙাল খাইদগী কল্লিবা। অতূম্বা নোংশাগী মমাঙদা অতোপ্পা শানা চঙবা ঙমদবগুম মখোয়গী শুমাঙ ফাওনা কনামত্তনা ফৈনা চৎপা ঙমদে। মীনা বা ঙাংবা নত্তগা খবা কন্না থাংবা খোঙথাংগী মখোল তাবদা ফম্মুংদগী ফুক হৌগৎলগা শাউবংননা মচীন্দা মুকম-মুকম শোন্দুনা মাঙ্গোলদা মখোঙ চাউকান-চাউকান কান্দুনা ফৈন-মুংনা অনী-অহুম্রক চৎলন্নগা ফম্মুংদা অমুক কাখৎখি। নুমীত্তুমদি মহাক বা ঙাংনবা য়াদ্রে। মশোং ফনগত্তুনা ‘মসিননি ঐনা শ্বব হোনবা নুংঙাইত্রিবা, থবাক লূপ্লিবসি। য়ূমসি তীল্লম ওইববনি। লাইবমদি ফৈ, থৈদোকপা য়াই, তীল্লমনি লুবিবসি। ইমুংসি চাওখৎলোই’ হায়দুনা ঙাংবগা চৈবগদা মীকুপ অমত্তা পোথাবা ঙমজদে। অদুনা ইমুংগী থৌদোক-বাথোক থোক্লকপদা লৈকাইদা মখোয়গী মী লৈতে, মীনা চঙনীংদে। মদুদসু ‘থোবাইমচাশিংসে, ওহোক্রা ফৎখিদ্রে। মশা মশাগীতা হেক খন্নে। লৈকাই পাল্লি হায়বগী কবিবু কান্নবিবনো ?’ হাযদুনা মথন্তা মখোয়দৌ থীৎনা শাউই। মশাগী অশোয়বা, অবানবদুদি মীকুপ অমত্তা খঙ্কদে।

বোবমনিগী অঙকপা বাখল অমনা, মহাক য়ুমলোন-কৈবোন্নবগী ইমুংদা লাঙবা-নীনবা, নোকপা-খেবগী খোঞ্জেল তাবা য়াদে। মাগী মবমদা ঙাংনবিবনি, মাবু নোক্রবিবনি, উশিৎত্রিবনি, গপ-সব তৌবিবনি হায়দুনা হেক্তা শাউই। মদুনা লাইমন ওইদুনা শ্বব ফুনগৎলী। অহীং তূম্বা য়াদে। নোংয়ায় মতুং লাহুখিবা, মযাম্না মতম ফনা তুম্নবকপা মতমদগী নোংঙানবা ফাওবা ফৈজুপ মনুংদগী ঙাংবগা চৈবগা, কনাদনো, কবিনো মশা ফাওবা স্তান তাজদে। মমৈ-মকোক শম্নদে। ময়াংলেন্দা লীচৈনা কনথৎখিবদগী চৎপা ঙমদ্রবা খাবৌনা মকোক থাঙ্গৎতুনা ‘খু, খু’ কান্বসি মঙায়। অদুগা অমা অমগীবু ওইবো, মানা ঙাংলিভৈদা ইমুংগী মী অমত্তগী নাখোকপগী মখোল তাবসু য়াদে। কনানো, কদোমগীনো থিদে, দশা পূম্নমক থাবিক্তা হৈথে। অদুনা থাবিক মপুবোইবনা ঙাংবা হৌবক্লদি ফনা তূম্লিংলবসু তূমদনা খাঙই। মানা ঙাংলিবদু য়ানীংলবসু, য়ানীংদ্রবসু ‘অং, অং, হোয়, হোয়’ হায়দুনা তাঞ্জা য়েং-য়েংদুনা খুমই। শম্না হায়ববদা থাবিক্রা মাবু শেন্নবসি পুবা থবক অমা ওই। চহী অমা-অনীগী নীঙাই চাউবা অঙাং শেন্নবদগী খবা হেন্না শাথী। কবিগুম্না তাঞ্জা চাদনা খুন্নু-ঙাংলুববদি মনম নাবা ফাওবা য়াওবিবনি। মাগী মতৌসিদা মচা-মমৌশিংদি শাউনীংবনা খম থেংই, মাগী সেবা তৌনীংদে। মানা মাঙ্গোল ফম্মেন ফক্তা ফমথ্রবদি মমাঙদা মশক উৎতুনা

ফৈনা চৎনীংদে। মচানুপা অতোম্বা তোম্বদি মচিংনগা খবা ফত্তবগা মাগা হেক-হেক চীন্দা পাউদান্নদুনা খৎনৈ। অদুবু থাবিক্তি মপুবোইববু মশক খঙই। মানা ফনা শাউববসু, ফনা চৈবকসু মহাক শাউদে। মাগী য়াকা য়েংদুনা ঙাংই, চৎলী। হন্দক মরক্তি বোবমনিগী খিভম খবা হেন্না শোকচীনবগুম তৌই। ফমেন ফত্তগী ইহেন-হেন্দোক্তে। তোয়ন-তোয়না খৌদেম্মী। অদুম ওইনমক মাগী মীগী অশোয়বা য়েং-য়েংদুনা ঙাংবা চৈবগী হৈনবীদি থাদোকপা ঙমদে।

বাকচীংগী অয়ুক্রী। বোবমনি মাঙ্গোল ফত্তা ফমদুনা ফিজাউ অমা ইন্নগা মৈফু তিকলি। থাবিকসু নীংগাঙননা মাগা মায়োক্লনা ফমদুনা মখুৎ মৈ য়াইদুনা ফন্নি। তোম্বা থক থক নীক্লা 'সি, সি' তৌদুনা মখুৎ ওয়না অচোৎপা খুদৈ অমা, য়েৎনা ঈশিং বালতিন অথনবা অমা পায়দুনা ঈকজবা কাবকই। বালত্তিন্দু য়ুমগী ইচুম তাফমদা থন্নলগা শুমাঙ মতোনগী পোলাংখোক্তা খুদৈদু য়ালশিল্লন্নগা ইমুংদা পবপ-পবপ চণ্ডখি। মাগী মতৌদু মুন্না য়েংলম্বদগী বোবমনি থাবিক্তা ওনশিন্দুনা ঙাংবা হৌবকই,

—কবম্বা মীনোনে, খুদৈ অচোৎপা অসিবু তাশিন্দুনা য়াল্লম্লিবসিবো ?

—হো, পবিক্ষা অমা চৎকনি হায়বনি। থেঙব্রে হায়দুনা হোবে-হোবে তৌবদা কাউবি ওইবিনি।

থাবিক্লা খুন্নকপনি। বোবমনি মখা তাবকই,

—কদাইদা, কবিগী পবিক্ষা ?

—খঙদে, সেন্ট্রেলগীনি হায়। ইচাসে থবক ফংনীংবনা খ্রো খ্রো খোৎলবনি। পবিক্ষা য়াওজবিসু ফনা য়ান্নবনি। মবায়বক্লা য়াদ্রিসু অমত্তা পাস তৌদে। বানোম্মুবে শেল মাঙদুনা তোকই।

—কদাইদগী পাস তৌনি হায়গে, মাগী জ্ঞান মতাসিদা ? কান্নবোই চৎলুনু হায়মু ?

—হৌবক্লদৌনি মাগী ! অদুম হায়না খিত্তা হায়বীবনু কৈদৌগে ?

—নঙনদি খঙদ্রিবা, নচাসে থবক তৌবদা চবীক হোই, মচু তাদেনে। ঐখোয়না থাইনা তৌরকপগা খেন্নৈনে। উরেদনা নঙসু, খুদৈ অচোৎপা অসিফাওবা শন্দোক্লগা ফৌনি খঙদ্রিসে !

—তুমিন্না খিৎ লৈবিবোদা ? তাবগা অমুক শাউবক্লনি, থবক চৎলমদাইসিদা !

—কবিগী শাউবা ? 'সিবু মাগী ফত্তনবা হায়ব্রো ? মতাং চাদনা নচা কনখৎলক্কনু ! অদুনা নত্তো মানা মী ওইদ্রিসে ?

বোবমনিনা খোন খংকন কনখংলকপনি। থাবিকসু কনতক খুল্লকই,

—হৌবক্রদৌনি মাগী, ঐঙোন্দা অমুক তাইনবা ! অমনা শোয়রে ঐঙোন্দা, অমনা ফত্রে ঐঙোন্দা, ঐবু ইচা ফহন্নীংদব্রো ? হোৎনবিদনা ঐসু । ইনাদা সনা মচেৎ অমত্তং তবং-তবং য়াজবন্দু ফাওবা কায়ত্রিবদো ইচাগীদমক্তা নত্তুনে ?

—অদুগী ব্রা নত্তেদা ! মাগী মীবোল তাদবসিগী বানীদা ! খুদৈ অসিমত্তং শন্দোক্লম্বদা মিনিৎ ফানা চঙগদ্রো ?

—কবিসু লৈতবা বাসিদা, তোকপিবোসে ! ঐ শন্দোকচব্বগে !

থাবিক হৌগৎতুনা খুদৈদু শন্দোকলুই। অদুবু বোবমনিদি মখা তাহৌবি,

—ফিদুগী বাদি অবায়বনিনে। কবিসু লৈতবা থবক অসিদা ফাওবা বাখল খনবা ঙমদ্রবদি কবম্না মমান্নবা থেংনবা ঙমগদৌবিবনো হায়বনিনে ! মীগী মথুন চূপ্পুনা তোক্রোইদ্রো ?

—কবিনো বাজিনা হায়বিবিবসিবো ? খবা থেঙত্রে, হায়দুনা অঙাংশিংনা তৌহৌবসু য়াই খন্দুনা তৌবগী বানি। 'সিদবু পঙইগা, জ্ঞান য়াওদেগো, মীথীনিগা, মীবেম্নীগা ! থবক চৎলমদাই 'সিদা খোয়দৌকা পৃক পৃক শাউগৎলকইকো, ঙসি !

তোম্বনা ইমুংদগী ফুবীৎ কুদাম পান্ন-পান্না থোক্লতুনা শাউনা ওক্লকপনি। অদুবু বোবমনি খুমই,

—নঙবু শিংই হায়গে হায়বিব্রো ? 'সিদবু নুপী-অঙাংগী মখুৎ ঙাইগদ্রা ? নমান-নমান্নবনা অচৌ-অশাং, ডাক্তব-ইঞ্জিন্যাব ওইনদুনা শেল কোকথোং-কোকথোং পায়নত্রবা, ময়ূম-মকৈ দুইমোলা হৌনত্রবা মতমসিদা নঙনা পবিক্ষা চৎলি-চৎলি হায়দুনা তৌবিবসিবু শিংইব্রো ? হা, 'সিবু শিংই হায়গেবা ?

থাবিক নুংশা থীবা অমগা লোয়ননা চঙলক্লগা মখোয় অনীগী মবক্তা লেপলৈ। মানা কবিগুম্বা খবা হায়গে তৌবকপগা তোম্বনা থৎতুনা খংহায় হায়খি,

—অদু ঐবু কৈদৌ হায়গে ? ঐনা হেন্না চাকইনি খঙব্রো ? ঐনা হেন্না থবক তৌনিংলিবনে, তোলোপ চানীংলিবনে ! নখোয়না মতীক চাবা মমা-মপা ওইদবদগী নচা শেম্বা হৈতদুনা ঐনা অপঙবা তাদুনা লৈবিবা নত্তো ?

—অচ্চ-চা, করি হায়বা ? লমচৎ-ব্যবাহাব, মশক খঙদবা ! নঙনা নপাঙ পাঙজদ্রগা নপা ঐঙোন্দা .... ! ফংলোই নঙ নপুন্সিগী থবক !

—কবিনো মোইবাজি, নচাদবু ........ ?

থাবিক্রা ওক্লকপনি। মখা তাবকই,

—ভসাইনা ঐদি মসি থোক্লনি হায়বসি খঙলবনি। মপাসু মচাসু খিত্তা তোকপিবোসে ! ইবোতোম্বা নঙগী চংফম থোকপদু চংখ্রো চংলু !

অদুবু তোম্বা অশাউবা ফাথবা ঙমদে। মখা তাবকই,

—বাজি, অপঙবা পাঙদবা ঐসে নচানে ! বাজিবু লাইহিক কয়াম হৈবীবক্নে ? কবিগী তোলোপ চাবীরমগ্রিবনো ? কৈদৌবগী য়ুম দুইমোলা শাবমগ্রিবনো ? নোংঙানবদগী নুমীৎ তাবা ফাওবা মাঙ্গোলদা মীগী চকৌ য়েংদুনা ফোৎচিন-হঞ্জিন ঙাংদুনা লৈবসিবু অশিংবগী থবক্নো ?

—ইবোতোম্বা ! কবিনো নঙনা ঙাংলিবদো ? নখোয়বু চাউনবা, মী ওইনবা হোৎনবকপদা নপানা কয়াম হাখি ! তুম্বা-চাবা চঙদনা থবায় খুবাক্তা হাপ্পুনা হোৎনবকখিবা কবিগী খঙদে ? হন্দকমুক্তি হায়গ্রে, মতুং অমুক হায়বক্লবদি খঙগদবনি। নঙ ঐবু ফত্তে হায়জনু !

থাবিক্লা তোম্বদা ওনশিন্দুনা চৈবকপনি। বোবমনিদি মমায় লুকথদুনা তুমিন্না লৈগ্রে। তোম্বা শাউবংননা ঙাং-ঙাংদুনা ইমুংদা চংখি।

—পবিক্ষাকা অমত্তা চংলোইদা, ওসি ! 'সিদবু পবিক্ষা য়াওবদুনা কৈদৌকনি !

—ইবোতোম্বা, মদু য়াদে, মদু য়াদেকো ! নপুক্লীং ফাথৌ। ঈংনা লাইনিংথৌ খুকল্লগা চংলুকো !

থাবিক্লা থবায় বানা হায়হৌবনি। ইমুংদা ওনশিন্দুনা মখা অমুক তাখি,

—হায়, ইবেম্মা লক্ষ্মী ! ইবোতোম্বদু নীংথিনা থেল্লগা চংহনখো ! খঙদে ইবেম্মা, ইমাদি মখোয় অনীসি কবম্মা শেন্নগদবনো ! হুইগা-হৌদোংগা ওনশিন্নবসি হেক মঙাই !

তাঞ্জাসিদা মঙ্গি কোম্বোংলোমদগী চঙলকই। মাঙ্গোল কাখৎপগা হায়বকই,

—ঐনা লাকপা খুদীংগী নোংমত্ত ঈংনা লৈবস্না থেংনদে। কবি-অমুক ত্রৈনববগে ?

—কবিবু ওইনি ইবুংঙো ! ইবোতোম্বগা নপাগবু লৈমীন্নববদি অসি ঙাক্তনি। সে, মুডাসিদা ফমউ।

থাবিক্লা মুড়া অমা মৈনাক্তা চিংশিন্দুনা খুন্নকপনি। মঙ্গি মুড়াদুদা ফমথদুনা মখা তাবকই,

—হৌজিক্তি তোম্বসু নহা অঙাং নত্তবনিনা ঈংনা জ্ঞান তানা লৈনবনা ফবেদা !

—খঙদে ইবুংঙো, নপাগা ননাওগগী মবকসিদা ঐদি কাঙক্রম তাববনি। ঐসে হার্ট ফেল ওইদুনা শিবা শোয়দ্রবনি। ঐনা শিগ্রবদি মপা-মচা নুংঙাইহৌনি !

থারিক্লা শাউরংননা খুন্নকপনি। বোরমনিদি হৌজিক ফাওবা মমায় হাইগৎত্রি। তোঙ্গনা ইমুংদগী থোক্লকহুনা মখোঙ চাউকান কাম্দুনা চৎখিবদু মহাক উখিদে। ঙাইহাক তৃমিন্না লৈনকন্নবা মতুংদা বোরমনিনা অমুক্তং থৌদেমদুনা শোল্লাংননা হায়বকই,

—মহাকমক্লসু অসুম্না হায়ববা ? ঐবু হিংউদুনা কবি কান্নরি ? লূ-য়াঙ তেকপমখৈ মখোয়গীদমক হোৎনখিবদু অসিগুম্না বাঙাংসি তানবনিকো ?

—অমুক হৌরক্লরা ? মখা তাবীবনু কৈদৌগে ?

থাবিক্লা খোঞ্জেল হল্লিন্দুনা হায়বকপনি। মঙ্গিসু খামজিন বাহৈনা মখা তাবকই,

—ঙাইহাক শাউনবগী পঙঙাং-ঙাংনবদুবু অদুক য়ৌনা খনবা হৌনদেদা ! হায়গে খন্না হায়নবা অমত্তা ওইবল্লোই। খনবীকবনু বাজি, শ্বব অমুক ফুনগৎলক্লবনি।

অদুবু বোবমনি বাখল য়াংথোকপা ঙমদে। মায়থোং মক্লা পোৎথা-পোৎথা মখা তাবকই,

—সিঅ ! ঐবু অসুম্না লৈবম্না মীবনে ? লাইহিক হৈহৌদে হায়বদি য়াই, অদুবু ইমান-ইমান্নবনা লাকচবা য়াবকপা মীদি নত্তেনা ! বিডী মপুন অমগা নুমীৎ তাবদগী নোংঙানবা ফাওবা লবুক্তা, তুমীৎ-কাঙ মবক্তা অহীং মীৎ কক্লা অমফাওবা চিংদনা লোল্লকপদা ফে লাউবীবকপা নুপা নত্তেনা ! অদুবু মাগুম্না ঙম্না থবক্লো ? নোংমাইথেমগী ইপন কালানা ফাওবা 'হাই, হাই, ইবুংঙো বোরমনি, নঙগুম্না নুপাসিদি লমদমসিদা অতাঙবনিহে' হায়ত্রিবনি।

—হে অদুননে, তুমদ-চাদনা হকচাংদু নৈথেকখিবদগী হৌজিক অবিবা দাশাসিনে !

থাবিক্লা ওক্লকপনি। মঙ্গিনা শমথবকই,

—হোয়, মমাংঙৈগী থৌশূগা হৌজিকদি য়াম্না খেন্নবে।

খঙহৌদনা বোবমনি 'হুম' হায়না শ্বব চাউনা হোল্লল্লগা মশা থক-থক নীক্লকই। শ্বব মতেক-মতেক হোল্লকই। মঙ্গিনা মপাদা য়েংদুনা ফিংতক হংই,

—বাজি, কৈদৌবে ?

বোরমনি খুম্না ঙমদবগুম তৌই। থাবিক্লা পাখৎনা অমুক হংই,

—মোইবাজি, কৈদৌবগে ?

বোবমনি হকচাংদু তুবোই-ঙাল্লোইনরকই। মঙ্গিনা খুৎলৈ থুনা চঙশিন্দুনা ঙাকই। থাবিক খোঞ্জেল নীক্লা মখা তাবকই,

—ইবুংঙো, বাজি ইমুংদা থাংজীনসি !

মঙ্গিনা মপাবু পমখৎতুনা হায়রকই,

–ইমা বাজিগী ফম্মুং শেমজীনবীবমউ !

থারিক ইমুংদা চেনশিনখি। মঙ্গিনা মপাবু থাংদুনা পুবক্লগা থোঙজীন কানশিনগে তৌরকপদা বোরমনি মমীৎ তপ্না পাঙথোক্লকই। মখুৎনা থোঙবা পায়দুনা খাল্লগা শোল্লাংননা হায়বকই,

–মাঙ্গোলদা হীপকে।

মঙ্গি মখা তানা খছনবগী মতম লৈতবগুম মমাবু তনকৌ কৌথোকই,

–ইমা, বাজি মপান্দা হীপকে হায়বি। ফি-রোলদু মপান্দা ওইনা পুথোক্লরো !

থাবিক লক্ষ্মীগা লোয়ননা ইমুংদগী থোক্লকুনা মাঙ্গোলগী ফত্তা ফম থামীন্নবে। মঙ্গি মপাবু ফমথক্তুদা তপ্না হিপহন্দুনা মৈফুদু মনাক নক্লা থাংজীন্দুনা থমই। ফি-বোলদু শেমজিন্দুনা হংই,

–বাজি, অ্যান তাবীবব্রা ?

বোবমনি পাউখুমগী মহুৎতা মঙ্গিবু মখুৎ পায়দুনা নকশিল্লকউ হায়গুম তপ্না চিংশিল্লী। অদুগা খোঙ্গেল নীক্লা শোল্লাংননা কৌবকই,

–মঙ্গি !

–বাজি ।

–ননাওসে পগুইনে। নঙনা খবা চেকশিন্না য়েংশিল্লুকো। ঐ ... ।

মহাক মমীৎতগী মপি তাবকই। মখা তাবা গুমদে। মঙ্গিনা মপাগী মীৎকী পিদু নপথোকপিদুনা হায়,

–বাজি, তপথবীয়ু ! নচা লৈজবি বাজি কবিসু তৌবোহি। হকচাংদু খবা কনখৎনবা গ্লুকোজ গিলাস অমত্তা থকসিবা ?

–ইবেম্মা লক্ষ্মী, চৎলু ! গ্লুকোজদু গিলাস অমত্তা শেল্লকউ। ঈশিংদু লুমু-লুমু শাহল্লু !

*থাবিক্লা থুনা মখা তাখিবনি। লক্ষ্মী পাহন্দনা ইমুংদা চঙখি। বোবমনি মখুৎতু হাইফেং থাঙ্গৎহৌই। বাদি ঙাংদে, খাম্বগী মওংনি। চোৎলবা মমীৎতু তপ্না উইশিনখি।*

*

লৈচিন থাবা হীয়াংগৈগী অয়ূক অঙনবনি। বোবমনি মখুৎতা থাঙ্গোল অমা পায় মকোত্তা খুদৈ অমনা কোকশেৎ-শেৎ, মমাঙদা ঙামথ-ঙামথা হৌবিবা মমুন ফাববা কৌশিংদুদা মুন্না য়েংদুনা লেপ্লি। মানা ঙসি খাউগাদৌবিবসি লৌ শঙম অমনি।

মপৃক্লীংদা চিংনবপ তৌঁই, ‘ঐবু তেকহৌবনা ফবিব্রা ? ঙমদ্রগা অখাউমল ফংদবগী মথক্তা ইশাগী শেল মাঙবা ! অমবোমদা শেলগীদি অরায়বনি। মদুনা ঐগীতা নঙনা ইপা-ইপুগী ইজজৎ ফাওবা লৈখা তাহনবা।’ মমাংগী নুমীৎকী নুমিদাংবাইদা বামোন পুকচাওগী চা হোতেলদা বাবৈনা শাখি ওইদুনা খিংবগা শীঙনখিবদু অমুক নীংশিংলকই।

—হেবা ভাই, মদু য়ৌনদি হায়বক্কনুদা, ঐনা ঙম্নি হায়বিবসিনি।

—নঙনা হেক ঙম্বদা লুপা চনী খুদক্তা পীনি। ওইস্‌ু ওইথোক্রোইদবদা !

—অদুদি ভাই, কবিগুম্বা ঙমদ্রবদি ঐ নঙোন্দা লুপা চনী পীগনি।

—চেন্নদবী ?

—ঈশ্বরনা শাখি !

—অদুদি, নখোয় অনীগী লুপা চনী/চনীদু ঐঙোন্দা পীবক্রো। ঐনা শাখি ওইববনিনা ঐনা পায়বা তাবে।

—য়াই,

—ঐসু য়াই !

বোবমনি পীশুম হাইফেৎ শৃক্কুনা মখুৎ খুদুম তাশিল্লী। অমুক পঙ্খবা তৌদনা মমায় নোংপোক ওন্না থাঙ্গোল ফৈনা থাঙ্গৎতুনা মযাদা মতিন অহন্নক ‘থুই, থুই, থুই’ থাক্লগা নোঙ্খদুনা লৌ খাউবা হৌখি।

অহানবদদি মহাক মথক্তা চীক্লা লৌ খাউবমই। পূং মাপল্লোম তবকপা অদুবাইদা বাবৈ লাক্কুনা য়েংলমই। মহাক কবিমত্তা হায়বমদে, চৎখি। ভাইহাক লৈবগদি অমা লাক, অনী লাক লৌদু মীনা পূময়োম য়োমশিল্লকই। বোবমনিনা লৌ খাওবদু কুম্মৈ ওইনা য়েংনবকই। অনী পুনশিন অহুম পুনশিন শেল থান্নবসু য়াওবকই, ‘ঙম্নি-ঙম্মোই’ ! লৌকোন্দু মীয়ামগী খোঞ্জেলনা পুম্লিল-নিলখি। অদুবু বোবমনি মমায় হাইগৎতে, তুং হন্না য়েংদে। মীয়াম্না নিঙ্লি-লাঙলিবদু খঙদ-তাদবগুম ফৌ খাওবা, থাবা লেপ্তে।

পূং বাবো তাবকপদদি লৌগী ঙমখৈদু মাঙগা-তুংগা য়েংনবদা তুংনা ফনা য়াম্না হেলহৌবে। য়েংনবিবা মীয়াম্নসু ঙম্লোই হায়বা ইয়াও-য়াওনবক্তে। ঙম্ননি হায়নবনা য়ান্নকলে। নুংশিবীবা মীনা লাউনবকপসু য়াওবকই,

—বোবমনি, বাগনু, বাগনু, লোইগদৌবে, নঙগী পঙ্খুং য়ৌগদৌবে, কুইববোই। নঙনা মায় পাক্লনি। নঙনা ঙম্ননি।

নুংথিলগী পূং অহুম তাবদা বোবমনি লৌ শঙম অমদু খাউবা পূমলোই লোইবে। মশাদু বাবনা তপ-তাই, খৌবী কংই। ঈশিং গিলাস অমা ফাওবা লোইনা

য়োৎপা ঙমদে। লৌবীদা ঙাইহাক লোংনা হীগুনা পোখাই। মকাপ-মপাং ময়াম মনাক্তা চেনশিল্লক্নুনা থাগৎনবৈ। নুংশিনা লাইবক্তা, মশাদা নানবীবৈ। বোবমনি অবাবা কাউই, 'রাখল নুংঙাই'। থাঙ্গোল থমদুনা ময়ামগা খুৎ শোক্লনবা হোৎনৈ। অদুবু মখুৎতু থাংগৎপা ঙমদে। পুমশি শিথে। কন্না থাজ্জৎনবা হোৎনবদা খুদাংদা চৈনা ফাওবকই। মহাক হৌজিক্তদা ঙ্গান মতেক-মতেক লাকই। মখুৎকী শিংলীদা সিবিঞ্জ থিন্দুনা দেক্সত্রোজ কাপ্লি। মমীৎ পাঙথোক্লকপদা মথক্তা মবী-মবাং, লিক্লী য়াল্লিবদু মশেন মবাং ওইনা উবকই। খল্লী, 'কদাইদনো ঐনা হিপ্পিসিবু, ফম্মুংদবা, মাঙ্গোলদবা ? লৈবন্লিবা মীয়াম অসিনা কনা কনানো, কবিগীনো ? 'সিবু ডাক্তবখনা নত্ত্রা ? হকচাং নোম্বগুম তৌবিবসিনা কবিগীনো ?' মহাক হৌগৎনবা হোৎনৈ। অদুবু ঙমদে, রাবনা শদৌ থোংই। শ্বব ফুনগৎলকই। অদুদগী মমীৎ অনীদু হাইফেৎ নোংখৎতুনা লাওথোক্লন্নগা তপ্পা উইশিনখি।

—ডাক্তব, ডাক্তব !

মাবু শেন্নবিবা নর্সতুনা লাউবকপনি। ডাক্তব চেনশিল্লক্নুনা স্টেথোসকোপ থাদুনা মিহুল য়েংই। মখুৎ অনী চঙদুনা মাগী থবাক্তা অমুক অনীবক নমই। থুনা অমুক মনাতোন্দা ওক্সিজেন মাক্স উপশিল্লী। ঙাইহাক হোৎনববা ফাওবদা শ্বব হোল্লকপগী খুদম ফংলক্লবদা ডাক্তবনা মাক্সতু অমুক লৌথোকখি। মঙ্গিনা মপাগী হকচাং নোমদুনা চিংননা কৌই,

'বাজি, বাজি'।

অদুবু বোবমনিগী হকচাংদু কবিমত্তা লেঙলকখিদ্রে। থাবিক খোঞ্জেল থোক্লা কপ্পা হৌবকই। তোম্বা পবপ-পবপ চেনশিল্লক্নুনা মপাগী মায়থোংদা মুন্না য়েংলৈ। মাগী মীৎলুদগী পিগী মবীক অনী-অহুম মপাগী লাইবক্তা 'তপ, তপ' তাবকই। অদুবু খঙদে, মচাগী মীৎকী পিগী শউমদু বোবমনিদা ফাওবিগদ্রা !



# লোংখ্রৌ অমসুং চেপচিং

ওফিসাব বোবাজাওনা নোংমগী কৈথেল লেপ্লক্লিবসি ওসি ওবাংতগী নত্তে। অত্তাং ওইহনবিভেদগী হৌনা লোয়নবক্লবা থাদোকপা ওল্লক্লবা মাগী হৈনবীনি। নুমিদাংবাই ওফিস কুল্লকপা খুদীং খ্বাইহনবন বজাবগী অবাং থংবা খুয়াথোং তাবা শোবোকী মতাই উশা ফার্মাসি মমাওদা গাডী থাল্লগা ইমা কৈথেল পোংলত্তা চওদুনা মনা-মশীঙ য়োনফম, ঙা য়োনফম, হৈ-বা য়োনফম থুংনা চংলি। মতম মতমগী থোল্লকপা অত্তেক-অনৌ য়েনশাং-নাপী, ফজবা ঙা, পোবোম, বৌ, র্মিগল, মমল হংলমদনা, অমুত্তা ওইহনবসু মন্ত্রীক্লবমদনা তোত্তে। অদুবু পাক লৈবদি তৌদে। যাবক্লোইদবা অতাবা মমল অমা হুঞ্জিল্লল্লগা লৈথোক্লকই। মমৈদা অহোঙবা ঙখা-ঙাকুপ, লফু-খামেন, পেকক্লুম্না খবা, 'মসিনবু হেন্না হাওজেদা' হায়দুনা লৈবগা থোক্লকই। মাগী অসিগুম্বা হৈনবীসি কৈথেলগী পোংয়োনবী অয়াম্বনসু খঙনৈ। অদুনা মহাক লাকপা উবদা মখোয় মশেল চিবোন-চিবোন হেক-হেক ঙাংনৈ।

—ইবেম্মখোয়, লাকএহে ' নখোয়গী হুই অতেবা মানবসি। খঙলেদনা মীংতাসে' পোং লৈবা লাকপা নত্তেকো, নফি-নবোল চেকশিল্লু। খুদোঙ্গীনা অমা, মমীংনা অমনি।

—কবিগী ইফি-ইবোল চেকশিঙকনি। চেকশিল্লনু, খবদুম হেন্না কোমহল্লু' য়েংজসনু, হোমো চুবা মানবা নুপাসিনা য়েংববু, কৈদৌজনি হায়গে '

—হোয়নে, শত্তাসি লাকলেনে ' ওফিসাবনিসু হায়বগুম তৌই। লীকইদি শেন্দ্রাং মথী অনানি খুল্লী হায়বদু হেক থোকই। মখায়-শিকি ফাওবা মমল হৈন্নে।

—হৌনজবন্নু ! ঙাংবদা ঈশিং লিংতবনি। ঐখোয়না অমা ঙাংবদা মানা তরা খুল্লক্কদবনি। মীমাঙ-তুমাং নাইদবনি। চোপচনি '

অদুবু বোরাজাওগী তোপ তোপ্পা মগুন অমদি মানা মাগী ড্রাইভরদুবু খাউজাউ অমা পায়হন্দুনা মতুংদা লেপহল্লগা হাইফেৎ নোঙদুনা য়োল্লিবা পোৎ-চৈশিংদুদা খুদোঙ্গীনা খৎ-খৎ তৌদুনা নোকফেৎ তৌনা থাগৎ-খাহে অমা অনী থেৎচীল্লগা মমল হংবদা পংথদবা পোৎয়োনবী পঙনা য়াওদে। পোৎতু লৈদ-লৈবদবোই, অহায়বা মমলদু থাদ-থাদবক্রদবোই হেক্তা খলহল্লী। পুক্লীং চঙনা মখুংনা মপোৎতু খোমজীন-তাশিন্দুনা মমল হায়কই। অদুবু মানা কবিমতা থৌওই-খাওইদনা মমায় লৈথোক্তুনা চৎখি। পোৎয়োনবীদু শাউনীংবনা মমীৎ ঈ কাদুনা লৈহৌই। কবি কবিগুম্বা মতমদা মচীন কনবী পোৎয়োনবী থেংনকদুনা মাসু খোঙ্গী চাবা য়াওদববুদি নত্তে।

—কলেজাদি চীং ফুক্কদবসি হেক মঙাই। অদুগা শিকি-অনাদা ওঙ্ঘোক্লা চোপচগ্রে। লীকমন্দুনা মতৃ-মচা ফাওবা চাক পূক থন্না পীজবমদৌ হেক মান্দে। ফনা চাউবা ওফিসাব ওইববসু, ইনাক খুনববু ওইববসু পামজখিদ্রে, পামজখিদ্রে!

অদুবু বোবাজাওদি মদুদা তুমিন্না তাদুনা লৈবা নত্রুগা মমায় ভাঙদুনা চৎখিবা খক তৌদে। ওনশিন্দুনা মানা ঙমদ্রিফাওবা হেক্তা চীন্দা-পাউদান্নবমই।

—ইবেম্মা, পান্নবসু হন্দক মপোক্কিদি কান্নববোই। য়ুমদা মচী থৌগ্রবা শনবী অমা লৈবি। মদুনকা খাইগ্রবদি নখোয়গুম্বদি লায়বদনা নুপা ঐখোয় ফাওবা ‘ইমা’ লাউদুনা চেল্লিবনি। মদুগী দাইত্নকা ঐ পুবা ঙমজবোই।

—কবম্বা নুপানো অসুক মমায় কনবসিবো ! য়াবে চৎপিগ্রো তাজনীংদ্রে। পোৎ খিত্তা য়োলহৌখিগে !

—অদুনী ইবেম্মা, ঐঙোন্দা হৌবক্কনু কান্নবোই।

মদুতদা মহাক নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা মমায় লৈথোক্লকই। মাগী অসিগুম্বা মতৌসিদা মাগী ড্রাইভবদুদি অঙাংগা খবা ওইজবগা ইকাইবনা মথন্তা মমায় ভাঙদুনা খাওই। অদুনা মহাক অয়াম্বা মতমদা কৈথেল পোৎলক্তা চঙবা য়াওদনবা হোৎনৈ। অতম্লনা বোবজাওনা হায়রক্তুবদি গাড়ীগী বোর্নেৎ হাইগৎতুনা থাউ, ঈশিংনচিংবা চেক তৌশিন্নদুনা নত্রুগা গাড়ী তৈথোক্তুনা লৈহৌই।

নোংমাইজিং নুমীৎকুম্বা ওফিস ছুটি ওইবা নুমীৎতসু বোবজাও নুমিদাংখাইদা লৈকাইগী স্কুটব লোইবা মনাওশিং অমা হৌদুনা কৈথেল কায়। অদুবু অঙকপদি মহাক মাগী শকহেনবী মেমসাহেবকদি নোংমতা কৈথেল কামিন্নদে। মাগী মওং-মতৌ, শাজৎসিদা অহানবদদি শকহেনবী চিংনবা ফাওবমই, ‘কৈথেলদা তৌঙবী,

মীগী নুপা পাম্বী কনা য়াওদুনা যাবু ঙাওহল্লব্রা নত্ত্রগা মানা মিতাজবা, নোংমগী উহৌদবদা লৈঙমদবা কনা য়াওবব্রা ?' অদুবু মখৈদা বোবাজাওগী হৈনবীদু খঙলকপদগী মাগী চিংনবদু কোকখি।

নুমিদাংবাইগী পুং মঙা মথায়বোম তাবকপা মতমনি। সেপ্তেম্বরগী থামৈ ওইবনা অমম-অঙান শিন্নবকদৌবে। বোরাজাও মহৌশাগুম খাইবাম্বন ইমা কৈথেল পোংলক্তা য়োম্লি-থারিবা পোং-চৈশিংদু য়েংন-য়েংনা তপ্না চংলি। মানা ঙা য়োনফম পবেংদু য়ৌবকপদা চহী নিফুরোমগী লেংগা ওইগদবী কুচু ঙৌবী, মশা নোম্নতক তৌবী ঙায়োনবী অমগী ঙাক্বাক মথক্তা বাও অচৌবা অমা মচীন কপ-কপ তৌদুনা লৈবিবদু উই। মপাদু য়ৌবকপদা মহাক খোঙথাং চপ লেপ্পী। ঙাদুদা মুন্না য়েংদুনা হংই,

—ইবেম্মগী ঙাসি ফজব্রেদা ! ঙায়োনবীগা ওহ্রেক্লে চান্নজব্রে। কেজিদা কয়ানো ?

ঙায়োনবীদু খুন্নক্তে। মমায় লৈথোক্তুনা থংনবা ঙায়োনবীদুগা হিসাব পান্নদুনা লৈ। বোবাজাও নুপীদুগী মতৌদুদা নোকফেৎ তৌনা অমুকসু হংই,

—হো ইবেম্মা, নঙগী ঙাসিবু কেজিদা কয়ানো ?

হন্দকমুক্তি নুপীদু মমায় লৈথোক্কই। অদুবু বোবাজাওদা হাইফেৎ য়েংলন্নগা কবিমত্তা নাচুংদনা অমুক লৈশিনখিদুনা বারী মখা চৎথখি,

—অদুদি ইচে, ঙবাংগী শেনখোঙদুগা চুম্নবেকো !

—ঐ পাবা হৈতে, খঙদে। নঙনা ওইনা অদুম পাজৌ।

থংনবী নুপীদুনা খুন্নকপনি। বোবাজাও ঙায়োনবীগী মতৌদু মুন্না য়েংদুনা লৈ। মানা মমায় হাইফেৎ লৈশিল্লকপগী তাঙ্গা লৌদুনা খংহায় হায়খি,

—হো ইবেম্মা, কবিগীনো ঙা মমল হংলগা নঙনা অদুক ইকাইবিদি ? ঐদি নঙবু কাওবেনে ! থায়না ঐনা পাখং ওইবিঙেদা থেংনবকখিবশিংদুগী মবক্তা নঙসু য়াওববা ? নত্ত্রগা ঐগী শাগৈগী কবম্না ইনাওনুপাগী ইনাওনুপীনোনে ?

ঙায়োনবীদু মমীৎ খংশিং শিংবগুম তৌবকই। বোবাজাওদা শংত্রিক য়েংদুনা খুন্নকই,

— কৈ-কান্নদদা চোইঙাং ঙাংবীববিনো ! নতীক নপাসু নত্তনা !

পবেংদুদা ঙাক্বাক মবিনা খল্লগা লৈবিবা ঙখা ঙাকুপ য়াওবা ঙাক্বাক্তুদা খুদোম্বী খিন্দুনা মখা তাবকই,

—তু ! সাহেবখোয়না লৈগদবা ঙাদি আদা লৈরে।

বোবাজাও নুপীদুগী খুদোঙ্গী মতুং ইন্নদুনা মমায় হায়ফেৎ লৈথোকলুই। অদুগা থুনা অমুক লৈশিল্লকুনা মমায় ঙাঙশিল্লপ খুল্লকই,

—হেয়া ইবেম্মা, নঙসু ! ঐবু নঙগী ঙাসি লৈবা ঙমদবা নুপাদৌনা !

ঙায়োনবীদু নোকফেৎ তৌবকই। খংহন হম্বদুনা খোঞ্জেল থোংথদুনা হায়বকই,

—কেজিদা লুপা মবিফুতবানি। ওল্লু হায়বিব্রা ?

—ওন্দনা পীরগে হায়বিবো ?

কলেজা লৈনা বোবাজওনা খুমখিবনি। নুপীদু পঙ্কদনা ফলা পায়খৎখি। অদুগা ঙাদু থাংগৎতুনা ফালাদু চিংখৎলী। হায়বকই,

—য়েংবীয়ুসে, কেজি অহুম্মখায়গা গ্রাম চাম্মনি।

—কবম্বা ফালানো ? লৈবগীবা, য়োনবগীবা ?

নুপীদু মমীৎ লাওথোক্লুনা বোবাজাওদা মুন্না য়েংলকই। অদুগা গ্রাম চাম্মগী নুঙ অমা অমুক হাপকৎতুনা ফালাদু চিংই,

—ওম্বোক্লা কুপপ্লবা নুপা হায়দুনি। কয়াবু লৈকনি হায়গে ? সে, সে, য়েংউ ! কেজি অহুম্মখায়দি কন্না ফাবেদনা ? পাবিবো কয়া তাবে ?

নুপীদুগী মতৌদুদা মুন্না য়েংদুনা বোবাজাওনা নোকফেৎ খুমই,

—পাবা হৈতে, নঙ পাউ !

ঙায়োনবীদু ফালাদু থমদুনা 'হুম' হায়দুনা মঙোন্দা মীৎচিনা ফল্লপ য়েংলন্নগা মচীন্দা মুকম-মুকম শোন্দুনা মখুৎ থেক্লুনা পাখি।

—কেজিদা লুপা মবিফুতবা, কেজি অহুমগী চনীহুমদ্রা, মখায়দুগী লুপা নীফুমঙা, অদুদি পুন্না লুপা চহুমতবামঙা, চুল্লেকো ?

অশেংবদি বোবাজাও ঙাদু লৈগে খল্লুবা নত্তে। ঙায়োনবীদুগী কলেজাদুগী মপা-মপা ওইনা ঙাদু ওলহল্লুবতনি। অদুনা লৈথোক্লবা উপাই থিবা হৌবকই। হাইফেৎ খল্পবগা খংহায় হায়বকই,

—কেজিগী বাদু তোকউ। লুপা চনীয়াঙ্খ্রেদু তৌবো !

ঙায়োনবীদু মমীৎ লংখৎলকই।

—কবি ? লুপা চনীয়াঙ্খে ! কেজিদা লুপা হুম্ফুতবামঙা ফাওবা য়ৌদবা ! অদুনি, ঐদি ঙসাইনা ঙা লৈবা ঙমগদবা নুপা নত্তে খঙলবনি। য়াবে, য়াবে, চৎপিগ্রো ! কুপমন্দুনা নুপী ফাওবা পীকক্র অমা লৌবমদৌ হেক মাল্লী।

মখুং হাইদুনা নুপীদুনা হায়বকপনি। বোরাজাও তাঙ্গা লৌদুনা চৎলগে খল্লুই। অদুবু নুপীদুগী মমে তারকপা বাহৈদুদা খাওঙমদদুনা মখা তাথকই,

—হেবো ইবেম্মা, পোৎ লৈবদা মমল হন্নবা হায়বসিবু চৎনদ্রা ? ঙাদু য়োম্নীংদ্রগা চুম্না য়োল্লোই মহায়মু ! নঙগী ঙাদু নত্রদি লৈবা য়াদ্রদৌনা !

—চৎনৈ হায়দুনবু কনানবু অদুক তানা হায়বা হৌনব্রা ? লুপা চহমদসু হল্লু !

ঙায়োনবীদুনা ওক্লকপনি। বোরাজাওনা শমজীল্লকই,

—অদুদি *জেৎতা য়াদ্রে। লুপা চহমদং য়াওবকপদা নঙোন্দা লোইনা পীথোকপ্রবদি ঙাশেম্মলদি কনাদগী লৌকনি ? কেজিদা লুপা তবেৎ/তবেৎ, পুন্না লুপা কুনমঙাদি পীদবা য়াবোই।

—কবিনোদা ! ওফিসাবনবু ফুবিৎখাউদা লুপা চহমদং হাপ্পা হৌনব্রা ? মচীন থিবি ওইনি।

ঙায়োনবীনা কোৎলকপনি। বোবাজাও মাগী হৈনজবী পবিংদা লাকপগুম তৌবকই। নোকফেৎ তৌনা খুমই,

—ইবেম্মা, নোং-ফাদোক তাঙ্গা চান্নদবা হায়বসিবু তম্বা ঙমব্রনে ?

—তাঙ্গা চান্নদবকা ওইবন্নোই। ইনম্মদুনা চপ্পগা থাদোক্লকই ওইবিনি!

—হেবো, ঐখোয়দি অদুগুম্বা নুপা নত্তেদা। অয়ুক থোক্লকপদদি ফুবীৎখাউ থন্না য়াওবক্লিবিনি। নঙনসু ঙসিদি ঙা ফজবা লৈবে হায়না পাউ চেল্লকপা নত্তেদো। অদুনা অমদুদা লোইনা পীথোক্লল্লে, অদুননি !

মখোয় অনীগী অবায়-অখুমদু থংননা ফম্বী খবা অহল ওইবী ঙায়োনবীদু তাবা ঙল্লক্রমান্নি, মবক থৎলকই,

—ইবেম্মা অদুক নুংশিননা অবায়-অখুম তৌনদুনা মতম মাঙহন্দুনা লৈত্রবসু য়োনগে হায়বগা লুপা চহমদুদা ঙাদু কোক হেক শেমদোকখ্রোদনা !

নুপীদু মমায় ঙাংতক তৌই। ঙাদুদা 'সিবু' হায়দুনা পৈথরপ য়েংদুনা নাল্লী। অদুগা খংহায় হায়বকই,

—হোয়দা, মাঙঙ-মাঙ, তাব-তা, মুড়াসিদা ঙাইহাক্তা ফম্বীয়ু, কুইবোই।

ঙায়োনবীদু মানা ফম্লবা মুড়াদু চিংথোক্তুনা নাকন্দা ইম্নোক্তুনা থমখি। অদুগা ঙাকবাক মচি খজিক্তং কাঙখক্তুনা মনুংদগী হৈত্রাং অমগা, চেবং মচেং অমগা পুথোক্লকই। থুনমক চেবংদু মতুংগী অহাঙবদুদা থাদুনা ঙাদু মখয়াৎতা খুৎশা থিংজীন্দুনা লৌখৎলগা পুশিনখিদুনা মথক্তুদা মকু খেৎপা হৌখি। মতৌদু উবদা বোবাজাওনা পাখৎনা হায়,

—করিনো ইবেম্মা ? শোয়বে, শোয়বে ! ঙাদু . .ঐ..ই. আ !

—হেন্না সাহেব, ঐবু মখোয়গী নাগমপানগী নুপামচাশিংদুনা হেনবীবা নুপীবা ! য়েংদ-য়েংবীয়ু ! মিনিৎ ফাবোই।

ইয়াং-য়াংনা ঙায়োনবীদুনা খুন্নকপনি। অদুবু বোবাজাওদি মমায় পুমঙাঙ ঙাঙলে। লৈথোক্কুনা চৎপসু ঙমদ্রে। হায়ফম তৌফম খঙদনা চীন্বাল ফৈনা চীক্কুনা লৈবে। মতৌদু য়েংদুনা থংনবা ঙায়োনবীদুনা নোকফেৎ তৌনা হায়বকই,

—ইবুংঙো সাহেব, মুড়াদুদা লেঙশিল্লু। কুইবোই, ঙাশেন্না হৈজ্রবা নুপীনি। ঐখোয় ময়ামগী অয়ুক্কী চাক থোংবা, শেন্না, ঙৌবা, তাউবা মানা লোইনা তৌবিনি।

বোবাজাও মাগী হৈজবা বাঙাং, প্রমান-পাছে লোইনা কাউখি। হায়ফম খুম্ফম অমত্তা খঙখিদে। মমায় হুৎ-হুৎ লৈদুনা পোলি-পোলি ভেন্দব মথক্তা কাখৎতুনা মুডাদু খজিক্তং চিংথোক্কগা ফমথখি। অদুবু মহাক মপুক্কীংদদি শ্বাই-শ্বাই লাওবি। চৎলিবা মীশিংদুগী মবক্তা মাগা খঙন-চান্নবা নত্তগা ওফিসকী স্তাফ য়াওবমদুনা উখিগদ্রা খনবদা মশাদু হ্মাং অনপ্পী কাংই।

মিনিৎ অনীমুক্কী মতুংদা নুপীদুনা ঙা-মকু খেৎপা লোইদুনা মনাক্তা লৈবিবা ঈশিং য়াওবা কোনপাক্কুদা মখুৎ চাউহ্নম হান্নগা ফুক হৌগৎতুনা হকচাং কৃপ্পন্বা ইন্নফিদু চিংথদুনা মখুৎতু শৎ-শৎ তৈথোকখি। অদুগা,

—থবক তৌবদা ওহোক্কা য়েংশ্লে।

হায়দুনা ফিদুনা মখ্বাংদা য়েৎশিল্লগা অমুক ফমথদুনা ঙা শেন্না মথা চৎথখি। মানা নীংগাঙননা ফম্বদুদা মাগী থবাক্কী অথোংপা হকচাংগী শকক্তু ফৈগন্না চপ্লোই-ইনখৎপোই তৌদুনা লিৎলিবা পান্নোম য়াওদবী ফুবীৎতুগী ঙকশমগী কোংলিবা শকক্তুদা ঙৌগ্রোক ঙৌনা তোঙখৎলকই। বোবাজাও মদু উবদা মমায় খংলৈ-লৈথোকপা ঙমদে। নুপীদুগী মমায়-মমীৎ, ঙকশম তাবকপা, নাকম, পান্নোম মথং-মথং য়েংথবকই। অকি-তুজুংবা মবক্তুদা হকচাংদা হাইফেৎ শাগৎপা ফাওবকপত্তম তৌখিব্রা ? খল্লী, 'নুপীসি চুং-ফিবান, খীক-থাদি বাংতেসে ! মমীৎ-মনা তবাও-তবাও, মপোপ মতাংসু কা হেন্না হিকথদ্রি। জুবা তাদবী নুপী মানগ্রেদা।' ঙাইহাক্তু মীৎফম হোংদে। মাগী মীৎয়েংদু নুপীদুসু খঙই। অদুবু ফিভম হোংদে। উৎলগে হায়বগী মতানি। করিমত্তা খঙদবা শানা হংলকই,

—সাহেবপু, অতোইবগী ওইনা লোইনা শেমগদ্রা ? মতুম থোংবগীসু য়াওগদ্রা ?

বোবাজাও মমীৎ খংকুপ কুপই। য়েংদ-শানা মমায় হাইফেৎ লৈথোক্কুনা খুমই,

—খঙদে, খরা চাউন-চাউনা করুগা থুনা লোইনবদুম তৌসি।

—ইনাক্তা ঙাইহাক্তং ফম্বসিবু য়াম্না কিরব্রনে ?

নুপীদুনা মোমোন তৌদুনা হায়বকপনি। বোরাজাওনা খুম্না নংম্রিঙৈদো থংনবগী ঙায়োনবীদুনা অমুক নোৎশিন্নকই,

—ইবেম্মখোয়, নখোয়না খঙলোই। হৌজিক কানগী ওফিসাবশিংদি মাগী মাগী নুপীদা কিন-কিনা চৎচগ্রপোৎনি। মতম খজিক্তং কায়না হেক হন্নকপদা লবাইদগী পায়থবক্তদৌবিবনি। অদুনা পাখৎচরিবনি।

মহৌশাগী হায়কববদি বোবাজাও ঈশিং লীৎতবমখৈ খুন্নম্নগদবনি। অদুবু তাঞ্জাসিদদি মহাক ব্রবী শান্ননীংবগী ব্রাখল অমত্তা পোকখিদ্রে। শাবং মনুংগী কৈগুম চেন্নীংবনা লৈফম খঙদ্রে। হকচাংদা তিংখংনা থিনবগুম ইখং-ইখং খংনা খাঙলে। অদুবু নুপীশিংদুনা লান্না লৌখ্রনি বন্দুনা চিং-চিংদুনা খুন্নকই, খুম্নিংদ-খুম্নিংদা চিখৎলপ তৌনা।

—ঐখোয়গীদি অদুগুম্বা নত্তেদা। মবুক ফত্রবা ! ঐঙোন্দকা হঙ্গৎনা ঙাংবা ঙমজপোৎ নত্তেদা !

—ঐখোয়দি নোংঙানবদগী নুম্নিদাং ফাওবা ঙাহিং-চাকহিং মবক্তা লৈবসিদা ইশা ইউকাসি ঙাহিং মনম্না লোইববনি। কনানসু পাম্বীপোৎ নত্তে।

নুপীদুনা ঙা মতুপশিংদু কোনপাক্তা চাম্ন-চাম্না খুন্নকপনি।

বোবাজাও খংপ্রেক-খংই। মমীৎ-মানা তথক-তথক্লা মঙক কোয়নৈ লৈদুনা য়েংলকই। মনাক নক্লা মাগী দ্রাইভবদু লেপ্পম্বা উবদা ইঙক-ঙক্লা ফুক হৌগৎলি। খঙহৌদনা হায়খি,

—এ ! নঙ 'সিদা কয়া কুইবে ?

—য়ৌবকপদা ঙায়জবি, সাব। সারনা থোক্লকমন্দবদুদা চঙজবকপনি।

দ্রাইভবদুনা খুন্নকপনি। তাঞ্জাদুদা অশেম্বা ঙাদু পোলিইথিনগী খাও অমদা হাপ্পুনা ঙায়োনবীদুনা দ্রাইভবদুদা পীবকই।

—সে, সে, ইবুংঙো ! 'সি পায়য়ু ! নঙ সাহেবকিনি। ফজনা শেম্বীববনি।

দ্রাইভবদুনা তিঙক-মায়ঙক্লনা ঙা-খাউদু লৌই। বোরাজাওনা ফুবীৎখাউদগী লুপা চাম্মা চৎপি অহুম লৌথোক্তুনা নুপীদুদা পীবম্নগা দ্রাইভবদুগা লোয়ননা থুনা থোক্লকই। নুপীদুনা শেন্দু পায়দুনা মোমোন তৌদুনা বোবাজাওদা ফম্নপ য়েংহৌই। অদুবু বোরাজাও অমুক ওনশিন্নমদ্রে। থুনা য়াঙনা কৈথেন্দগী থোক্লকলে।

নুমিদাংদুদা শকহেনবীনা ঙাদু মচন চানা থোংদুনা মমা-মপা, মচল-মনাও, মচাশিংদু য়াম্না হাউনা চানখি। শকহেনবীসু চাখি। অদুবু বোবাজাওদি চাশিনবা ইয়া য়াখিদে। হকপা খুদীংগী চীম্বাল য়ৌবকপদা চপ-চপ লেপখি। নমদুনা য়োংশিন্নবা হোংলৈ। অদুবু ঙাগী মতোং পূম্নমক মক ওনথ্রবগুম খৌনাউদা পনবগুমতা তৌখি। মহাক অহীংদুসু তুম্বা য়াখিদ্রে। থৌওইনা থল্লুদবা মফম খঙদবা বাথল অমনা ওৎতুনা লৈখি। মশানা মশাবু ফাথজবা ঙমখিদে। মহাক ঙকখি, ‘কবিগীনো, কবিসু নঙবা থৌদোক মচাদুনা থম্মোয়দা চৈনা অমা ফাওহনবগুম তৌবিবা ?

মতুংদা মহাক ইমা কৈথেল পোংলক্তা অমুক হন্না চঙখিদ্রে।



# লাম্লুরবা ৱাখল

বসন্তী মাগী ওফিসতা ফমদুনা ৱাখলনা মুল্লি।

'কবিনো মানা ঙসি তৌবিবসি ? ঐনা কয়ামুক কায়না চংখ্রবগে ? ঐবু য়াম্না ফত্তনা বল্লৱা নত্তগা কবিমত্তা খত্তদবী খুন্নুংগী নুপী ওইনা উববজাংলা ? ঐ মদুমক্তি নত্তেনা ' ওফিসসিদা থবক তৌবক্লিবসি চহী তরামঙাগী মথক্তনি। লুহোংবা মতুং চহী লান্দ্রিঙৈদগীনি। অপীকপা পোষ্টতা থবক তৌজববসু ঙসি ফাওবদা ইশাগী তৌফম থোকপা ইথৌ কায়খ্রি। ঐনা শূবা ফাইল নোংমতা খুৎ হন্নখিদ্রি। সুন্দরিখোয়দৌনা থবক হৈতবী, মশাগী ফমফমদা ঙাইহাক্তা ফমগন্দবী, কোয়নোম নোম, কোয়চৎ-চৎ, অমা অমদা চক-চাক ঙাংগনবী নুপীসু নত্তে। অমুক পুং তবামখায়দগী নুংথিলগী পুং মবীমখায় তাবা ফাওবা নুংতিগী ইশাগী চৌক্রিন্দগী লেঙজদবনি। চুম্নগী নোংম-ফাদোক অঙাংগী অনা-অয়েক য়াওবকপা নত্তগা ইমুংগী দেব-কর্ম্ম, থৌদোক-ৱাথোক থোকপগী নত্তনা ছুটিসু অমুক্তা লৌজদবনি। ওফিসসিদা থবক তৌমীন্নবিবা নুপীশিংসিদা ঐমুক ওফিস কাবা ঙনবসু য়াওবগ্লেহি। অদুমক্তদা নোংমতা মশীং থাবীদবা' অশোয়বা, অবানবতা থি-থিদুনা ঙাংগদবগী, চৈগদবগী ঙাইদুনতা লৈবা। ঙসিদবু আ: গৌহাটিদা লৈবিবা ইনাও-নুপী ৱাশী মতৈ-মনাও লাকপদুদা ঙাইহাক পঙ্কদুনা থেঙখিবগী ৱানি। অদুসু পুং তবামাথোইদা ওফিস য়ৌজবক্লিবনি। অদুক কুইনা উনখিদ্রবা ইনাওদুগা চাক চখোম অমা ফাওবা চামীন্নবা ঙমখিদ্রবনি। মসিমক্তদা এটেন্দেন্স রেজিস্টারদা মূক অঙাঙবনা কাবন চিংলম্না ' অমবোমদা মদুসু য়াবগে, ঐগী ইবালনি। অদুগা ঐবু কৌশিল্লগা ঐনা হায়জবা অমত্তা তবীদনা মী ওইদবমখৈ ঙাংবীবা ' সুন্দরিখোয়না নুমীৎ খুদীংগী পুং তবামাথোইগী মতুংদা ওফিস কাবকপদনা নোংমতা ঙাংবীদে। এটেন্দেন্স রেজিস্টাবদা কাবন চিংলম্নবসু ইবাজেঙ্গনা মুখৎলগা

সহি তৌবা য়াহল্লী। অদুদগী থবক্তি অমত্তা শৃদনা মকাপকী পৈশা থরা থায়, মিংশেল পুথোক্তুনা পীশূম থবা ফোয়, চীঙ্গালদা লিঙ্গাটিক অমুক তৈ, মীংপান্দা কাজল অমুক য়েক তৌদুনা লৈথোকপা ! পূং অমা হেক তাখিবদগী অমা হৌনা, অনী হৌনা হোটেলদা অমুক চং, পান-দুকান মযাঙদা অমুক লেপ। পূম্নমকসে খঙন-খঙনা অমত্তা খঙশিন্নখিদ্রবনি। অহোইনদুম হেন্ন-হেন্না চান্নব্রবনি। তাঞ্জা হেক ফংবগা মাগী কাদা কৌশিন্দুনা হিগংমীন্নবগা, নোকমীন্নবগা অমুক্তোইবা ! খঙদে কবিবু তৌনবিবনো ! অমত্তা খাক্লদ্রব্রা ! ওহোক্রা চোপচব্রবা দাইবেক্তব হায়বদুনি। মশকসি উবদা ঐদি তিনবু হৌই। অমবোমদা লোইবে সুন্দবিনা হেল্লিবা লমদি ! মথক্কী ওফিসাব, সেনিয়াব, মানা উশিংপা অমত্তা লৈতে। মঙোন্দা ঙাংবীবা ঙম্বা মীসু লৈতে। অদুগা ঐনা ঙক্লিবদি, বাবো বজে মানা ঙসি ওফিস ঙম্তা কাবক্লম্বসিনি ! অয়ূক মীনা ওফিস কানবক্তিঙেদো ওইনা অমুক প্রোগ্রাম থানববজাংলা ? কয়াদা মবমচং চুমখিদ্রবা নুপানো ? মথোঙচাবা ইমুংদগী হৌবকপা ওইবদ্রোইনে মসি ! মবায়বক ফদুনা পঙচাউ-চাউজখিবা শোয়দনা ওইবমগনি। মসিদবু দাইবেক্তবনি হায়দুনা কবিদনো ঐনা মাবু উশিংকদৌবিসিবো ? চহীদা য়েংলুববসু ঐখোয়দগী হনবগী বা লৈতে। অদুগা কোক্তসুনি ! ঐখোয়সু লাইবিক ফনা হৌজবকইনি। সেকেন্দ দিভিজন্দা বাংনা পাস তৌজবক্লিবা দি এম কলেজগী গ্রেজুয়েৎনি। লাইবক থীবদগী ফাষ্ট দিভিজন য়ৌগদবা মার্ক তবামবিদা বাংখিবগী বানি। এম এ ফাওবা তমদুনা পি ঐচ.দি তৌগে খঞ্জবম্বনি। ইমুংসু পঙনোপ-নোপ্লকপা নত্তে। লাইবকসি থীমন্দুনা ’সুম ওফিসসিদা পীকব্রবা এল দি সি গী ফমসি কোন্দুনা লৈবগী বানি।

অদুগা নুপানি হায়দুনা তৌবিবসিনা ঠিকা তৌবিবনি হায়দুনা অয়ূক ঙন্তা থোকখিবদগী নুমীৎ তাদ্রিমখৈ য়ূমদা হঞ্জিল্লকলোই। অদুসু মমীৎ ঙাঙলি-ঙাঙলি মবৈ ইফাই ফাই, মনম্মা বা-বা ! অদুগা নোংমতা পৈশা মবি পুশিল্লকপগী বা লৈতে। ঐঙোন্দগী নিববা ঙাক্তনি। ইমুংগী মকুপ-মতা, ঙাচেং-থুমচেংতি লায়বদনা মচা মহৈ-মশিং তম্নি, স্কুল কাবি, শেল চঙলি হায়বা ফাওবা খঙখিদ্রবনি। মসিদনি ঐনা খোয়দৌসি অমুক খংশাউ-শাউগৎলক্লিসি। মসিমক্লনি ঐবু মীনা উশিংহন্দ্রিবসি। হে নুপী, নঙসু পঙমন্নদি পঙইদা ! কবি অমত্তা হেক খছহৌদেদা ! ইমা-বাবানা অদুক চাউনা আশা থমজবদু থাদোক্তুনা ঙাইহাক্কী ঈথক-ঈবাংদা হেক ঙাওকইদা। কাব-ও, জীপ-ও, এস.ও নিগা, ঈঞ্জিন্যাবনিগা, য়ূম্বাল-কৈবাল, মবন-মথুমদা কুবেবগী লনগৈগুম্বনিগা অমুক্তোইবা ! ইনেমচা জমুনাগী শৈবোলদুদা হেক

পঙথরক্‌ইদা ! নুপাশিংনা হায়নবা নুপীদি নোংমদা অহম্লক পঙথৈ হায়নবদু হেক চুম্বজাৎনি। অসুম হায়না তৌরমগনি খঙলম্লবদি মঙোন্দা লৈবীবম্মগী বা লৈতে। ইনেমচা জমুনাদুসু লাইমক হেক ম্নাওখি। বাবামক্কী মচম্নুপীনি হায়বদা থাজখিদ্রবা ! নীংশিংলুবদা মশক্তু, ঙসিফাওবা মৌনা খারি।

—ইবেম্মা, বসন্তী, ইনেমচনা শীল্লিবসে নঙগী ফনবনি। নঙগী তুংগীদমক্তনি। হৌজিক্কী মতমদা নুপা অমম্বা হায়বসে পাক হেক ফংদবনি। কোনশমগী নচে তেম্নীমচনা অবিবা দশাসে খঙলেদ্দনা ? অহল-লমম্না অংবা, খেব্বা অদনা নুংশিনবিবনি হায়দুনা চৎখিবনি। নুপাদু এই সে পক্কমদুনা লুহোংবা মতুং চহী অহম হায়বকপদা শিদোকখ্রেদো ! মশা লুখ্রা ওইহৌবত্র নত্তনা মাসু চহী ফনা হিংখিনি হিংলোই জান অদ্রেদনা ! মচ ম্নাওবমদবসিদুম ঈশ্ববনা কল্লবনি। মাদসু নত্রি, য়ুম পাল্লিবনি হায়দুনা থকচোং-মাঙজোং পাল্লুবগা লালহৌবা নহাবোল ওইবমদুনা আর্ম্মি, কম্মান্দোনা হাৎতোকপিখিবদগী নৌনা লুখ্রা ওইহৌবা নুপীনা কোকথোং অমনি লৈবাকসিদা লৈবিবা ।

ইনেমচাগী ব্রাহ্মৈশিংদুদা কবম্নদি থম্মোয় ওল্লোই ? অশেংবসু মানা হায়বিবদুদা অচুম্বা ম্নাম্না ম্নাওবি। অদুনা ঐ হম্বনা খনখিবনি। অদুবু মদুনা মঙোন্দা খুদোংচাবা পীবা ওইনা থোকখি। মখা তাবকখি,

—সুবচন্দ্র হায়বিবা নুপামচাসে ওহোক্রা জান তাগ্রে। পৈশাসু ওখাক পায়বা ইমুংদগী ওইবমাল্লি। মশাসু পি দবল্যু দি দা এস ও. ওইবি হায়। অদুবু কম্নাদি চমগ্রে। নোংমতা চাউথোক-খোত্তোকপগী মতৌ উদে। ঐখোয়না মখোয়গা শঙ্গ তৌবা ফংবদা ঐখোয়গীদি লাইবকপু ফগদৌবিবনি।

মদুদা ঐসু লাংতক্রুখি।

—ইনেমচা, অদুগী বা নত্তেদা ! ঐ লাইবিক মখা তমথনীংই, য়ুম পানবগী ব্রাখল লৈত্রি হায়বগী ব্রানি। মীগী মচাদু ফৈ-ফত্তেগী বা নত্তেদা !

—অদুবু হায়বা, নঙনা হায়নীংবদুসু অদুম হায়য়ু, কৈসু কায়দে। মদুদা মানা কৈদৌনি হায়গে ? ইনেমচা লৈবিবসিদি ? ইনেমচা নঙবু মঙোন্দা ম্নাও-ম্নাগনু হায়বোই। মদুদি নঙ নশানা লেপচগদবনি। ঐনা মঙোন্দা হায়খিবসু মদুনি। ঐনা বসন্তীবু নঙোন্দা ম্নাহনবা ঙম্বা নত্তে, নশা-নশা উনরগা হায়নজৌ, অসিতনি। মানা কনমম্না হায়বকপদুদা নহাক্কা অমুক্তংদি উননবা শীনবীগে হায়খিবতনি। অদুনা ঐনা হায়বদি নহাক হোরেঙ্গ নুমিদাংব্রাইসি ঐখোয়গীদা ঙাইহাক্তা লাকউ। ইনেমচানা হায়দোকখিবা জবানসিতা ঙাক্লমউ হায়বগী ব্রানি। মখা তাবগীদি ঐগী দাই লৈত্রে।

ইনেমচানা মবী-মবী হায়থবকখিবনি। ঐনা মখা তাখি,

—অস, ইনেমচা, ঐ হৈনবোইদা ! ঐ লাক্লিংদেদা !

—খঙদে, খঙদে, ঐগীদি হায়ফম থোকপা হায়বে। নঙনা ফগদবদু তৌবো। ইনেমচা চৎলে।

মহাক চৎখি। ঐ ফনা কুইনা খনফম খঙদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈহৌখি। অদুবু ঐনা ঙকখিবদি ইনেমচাগী মায়থোংদা নুংঙাইবগী মমি অমা তাখিবদুনি।

*নুমিদাংবাইদু ঐ ইনেমচা জমুনাখোয়দা চৎখি। কবিগী চৎখিবনো খল্লুবদা ঐ* হৌজিক ফাওবা ঙক্লি। কাংখোঙ পান্দুনা চিংবা য়াবা অশাবা মুর্তিশুম ইনেমচানা হায়বন্না বাহৈশিংদুনা থৌবি ওইদুনা ঐবু চিংখিব্রা ? অদুক ইকাই থীগনবী ঐনা মাগা মাযোক্লবা ফমদুনা বাবী শান্নবসু ঙমখি। খঙদে, করম্না ইথিলননো, পুন্সিসিদা অমুক্তসু পাখং অমগা ওনশিন্নদুনা নুংশি-নুংওনগী বাবী শানদ্রিবা ঐগী ইফমদা মহাক্কী চীন্নালদগী থোং-নৌববা; লৈশি-লৈথোল্লবা বাহৈ ময়াম মথং-মথং কাপথোক্লকপদুদা ঐ খাঙবা ঙমখিদে। থাজদনা থম্মোয়বু ঈথক হৌহনখি। মহাক্না ইকাই-নুংশি য়ান্ননা ঐবু নুংশি হায়বকপদুদনি ঐনা পঙথখিবা। অহীং কয়া তূম্না য়াহনখিদে। মমৈদা মাঙগী তুংগী অফ-ফত্তগী বাখল পূম্নমক কাউথোক্লনা মানা হায়বা য়াদুনা ঐহাক মাগী মতুং ইল্লকখি। মতম অদুদতা খঙলকখি, ইনেমচা জমুনানা ঐগী ইফমদা অচৌবা নমথাক অমা তৌবমলে হায়বা। ঐ ঙকখি, তশেংনা ঙকখি, অদুক লায়বত্রবা, মেত্রিকতগীসু হেন্দ্রবা মহাকপু ইনেমচানা ঐঙোন্দা কবিগী অদুক বাংনা থাঙ্গৎখিবা ? ঐহাক হায়নীংঙাই লৈতনা নীংবা কাযখি। শাগৎচবন্না আশাগী ময়োল পূম্নমকসু উৎ ওনখি। অমবোমদা, ইশাগী অপঙবা অদুগীদমক ইতোমতা ইকাইবনসু খাঙফম খঙখিদে। লুহোংবা তোক্লসিন্না খনখি। ইমা-বাবানসু কয়াদা বাবৌখিবা ! অদুবু থাংজীল্লুববা খোঙফম অদুদি অমুক হন্দোকপা ঙমখিদ্রে। ইবায়বক্কিনি খন্দুনা লুহোংবদু য়াবা তাখি। মতুংদা ইকুই-কুইদনা ঐখোয়গী উপায় লৈতবা য়ুম্নালগী ফিভমদু খঙদুনা বাবানা বানোমদুনা ঐবু ইদুকেসন দিপার্টমেন্টসিদা এল.দি.সি. ওইনা থবক চঙহল্লকখিবনি।

সুম শাউনীংলক্তনে, ঙসি থবক্কাসি থোক তোকথোক্তনিকো ! মাঙল-মাঙ, তার-তা ! ইচাশিংসু লাইরিক তন্ন-তম, তমদ্র-তমদা !

—কবিগীনো ইচে, দাইবেক্তর চঙলকপদা লেপখৎত্রিদি ?

পীশকমচা পীওন্না হায়বকপনি। বসন্তী থৌ-বা শাদে। শাউবংননা খুমই,

—কবি কারম্নো পীশকমচা ?

—কাবন নত্তেনে ইচে, হৌজিক্তা দাইবেক্তবনা মাগী কাদা চঙখিবদু উহৌদ্রো ?

পীশকমচা পীওন্না খুন্নকপনি। ষ্টেনো তোম্বনা শমথবকই,

—ঙসাই অয়ুক্তগীনি, ইচেনা উংইবসি ! খঙদে কবি লাইবু ওক্লববনো !

তাঙ্গাসিদা দাইবেক্তবগী কাগী খোঙদু হাংদোক্লকই। বসন্তী, তোম্বা, পীশকমচা ফুক-ফুক হৌগৎনৈ। অদুবু সুন্দবি ওইবমদুনা মখোয় লোইনা 'এ !' হায়দুনা অমুক ফমথনৈ। সুন্দাবিনা নোকফেৎ তৌনা ষ্টেনো তোম্বদা হায়রকই,

—তা তোম্ব., দাইবেক্তবনা চঙলকউ হায়বকপনি।

তোম্বা হৌগৎতুনা মখুৎতা কলম, বাইটিং পেদ পায়দুনা দাইবেক্তবগী কাদা চঙখি। বসন্তী সুন্দবিদা শাউবংননা হাইফেৎ য়েংই।

'শক্তাসিনা তৌজশারিসি ! কবম্না কান্দবু দাইবেক্তরগী কাদা চঙউবিনো খঙদে। ওহ্যোক্লা য়েংজনীংখিদ্রে, মখোয়সিননিনে অচৌ-অশাং নুপাশিংনা নুপী ঐখোয়বু উশিংহনদ্রিবসি !

—তা পীশক, লাকউ, কোফি লৌকলাও ! বসঙলাবা কৈনো অথুম্বা খবসু য়াওবকউ !

সুন্দবিনা মাগী বেগতগী লুপা চাম্মা চৎপী অমা লৌখোক্তুনা মমাঙগী তেবল মথক্তা থমদুনা পীশকমচাবু কৌশিনখিবনি। পীশকমচা চঙশিন্দুনা শেলদু পায়থৎতুনা নাশোন পীক্লা সুন্দবিদা হংখি,

—নত্তে, ইবেম্মগীবু য়াওববা নত্রা ?

—কবিনো তাপীশক, হায়দোক্লিঙৈনা ঐনা কবম্না খঙগদৌবিবনো ?

সুন্দবিনা ইয়াং-য়াংনা খুন্নকপনি। পীশকমচানা অমুক মখা তাখি,

—শেংনা হায়য়ুদা ! ঙসি ইবেম্মাদা নাহলখৈগা মান্নদবা থম্নুং য়ৌনা নুংঙাইবা অমা য়াওবা উইদা !

—ঐনবু হবাওনা লৈতবা করম্না নুমীৎপু য়াওখ্রবগেনে, তাপীশক ? ঐখোয়দি শাউবকা হৈজদেদা ! সেনিয়াব এল.দি.সি. ময়াম অমা মূক্তুনা লৈবিঙেসিদা ঐখোয়না প্রোমোসনকা কাবা ইতীক নচ্চদেদা ! চৎতুম চৎলো, অমুক কোথবক্লনু !

সুন্দরিনা বসন্তীদা মীৎচিনা ফল্লপ য়েংদুনা খুন্নকপনি। বসন্তী খংপ্রেক খংই। সুন্দরিদা মমায় খংলৈ-লৈশিল্লী। খুন্নসিবা খল্লি। অদুবু পীশকমচানা ঙাং-ঙাংদুনা খোকখিবদুদা ৱাখলদু থৈদোকখি।

—অদু-অদা খণ্ডদে, দাইবেক্তব চাক কৌবদা ঐ য়াওদবা য়াবোই হায়বিসিনি। বসন্তী হৌ। অদুবু ইকাইবা, শাউনীংবনা হেনমনখিবনা মমায় মমীংতু ইমক-মকশিনখি। মীৎলুদা পিরাংসু শীল্লকই। মপিদু সুন্দবিনা উখিনি খন্দুনা মমায় লৈথোক্লুনা কমালনা নপথোকই। বাখলগী পবিংদি খান্না য়াদে।

‘সুন্দবিনা ওসি ওফিস ওন্না কাবক্লিবসিদি অসিগী ওইবে ! দাইবেক্তবগা লোন্না পাউ ফাওনবন্নিজাৎনিদনা ! কয়াদা ফৎখিদ্রবা নুপানো ? অদুদি ঐ কবি তৌবা তাই ? সুন্দবিদগী ঐনা থবক চঙবা চহী মঙা পুবা হাল্লিবনি। অদুগীসু মথক্তা ঐহাক্তি ওফিস প্রোসিদ্যুয়ব, একাউন্ট ট্রেনিংসু লোইখ্রবনি। থবক্তা হায়ববসু মানা ঐঙোন্দগী শম্না মফে অমা হেনবা নত্তে। অদুমক্তদা সুন্দবিনা ইউ.দি.সি ওইগ্রগা ঐনা এল দি.সি ওইনা মখাদা থবক তৌবা তাবিব্রা ? ওফিসসিদা শিংলিবা হবা-নুংশিৎসিবু কবিনো ? মসি খণ্ডবা ঐনা লাল্লব্রা ? সুন্দবিনা চৎলিবা শাজৎসিনা চুন্নব্রা ? ইশাগী ফম চাওখৎনবা, তলব হেনগৎনবা ঐসু মাগী মতুং ইনবা তাববা ? মাগুম্না কেবা, মাগুম্না নোকপা, মানা ঙাংবগুম ঙাংবা তাব্রা ? অদুবুদি তৌগেবু খল্লবদি মাগী সুন্দবিগুম্বা চমফুৎসিনা হেনবীগদবা নুপী নত্তে ঐখোয়সু ! মঙোন্দগী শবাক অনীবু হেনবীগদবনি। লৈশাবিঙৈদদি মুনং-তৌবী বসন্তী বাশি লৈবী হায়দুনা লৈকাইদা ফুৎ ফাওবন্নিবনি। চুং-ফিবান, ফিগবদা মাগুম্বনা শোকপা ওম্বা নুপী নত্তে। ইতুংদা পাখংনা য়ৌ-য়ৌ! ডাক্তব, ইঞ্জিন্যাবনা চুক-চুক শৌবন্নিনি। ঐনা য়াবীখিদবা ঙাক্তনি। মাগুম্বা দাইবেক্তব ককনাও অসিদি কবিসু লৈবজাৎ নত্তে। হৌজিক্তবু অঙাংশিংগী হোৎনবগা, মপা অঙাওবসিগী চক্রিগদা হকচাংসি খবা হীকথখিবগী বাতনি। নহালবাই অহানবা মানা লাকপা কুইন্দ্রিঙৈদা ঐবুসু হবান-হবান য়াম্না য়েংলম্বনি। মমৈদা ঐগী ইতৌসিদা হনখিবগী বানি। অদুবু হৌজিকপু ঐনা .. ? হয়, মদুনা ইশাগীতা নত্তনা সমাজদা নুপীশিংগী ইজ্জৎ লৈখা তাহনবদা ঐসু য়াওবা তাবোইদ্রা ? অমবোমদা ফববসু ফত্তবসু ঈশ্বরগী মশক ওইরিবা ইপুবোইবগী মফমদা অচৌবা নমথাক অমা তৌবা ? মদুগী পাপনা কনানা পুবা ? হয়, ঐ মদু ঙমলোই। ঐ শুংঙম ঙমলোই। করিগীনো ঐনা মসি মৌনা খল্লুবিবা ? ঐ লাল্লে। মদুগী মহুৎ থবকসি তোকথোকপনা শবাক চাম্মা হেন্না ফৈ। ঐ থবক তোক্কনি। ঐ হৌজিকমক বেজীগনেসন ইগনি। হিংনবগীদমক্তি ফিশা-লোনশা তৌবগা নত্তগা হজিরা শূবগসু হিংবা ঙমগনি। তশেংনা ঐ ঙমগনি।

—ক্রিং, ক্রিং !

দাইরেক্তরগী কাদগী নল্লকপা কোল্লিং বেলগী খোঞ্জেলনি। বসন্তী মমীৎ খংশিং শিংই। পীশকমচানা তাঞ্জা চান্নবা খোঙ হাংদোক্তুনা মানা লৈকবা অচা-অথকশিংদু দাইরেক্তরগী কাদা পুশিনখি। অদুগা থুনা অমুক খোল্লক্তুনা সুন্দরিগী মনাক্তা তপ্পি-তপ্পি মীৎনহাদু ক্রোক ক্রোক ওত্তুনা চঙশিনখি। মতৌদু য়েংদুনা সুন্দরিনা মঙক ইন্দুনা নাশোন পীক্লা হংই,

—কবিনো তাপীশক ?

—য়াবে ইবেম্মা, চঙলো ! চে-চাং নম্বা লোইদুনা সহি তৌহৌববনি।

পীশকমচানা নাশোন পীক্লা হায়খিবনি। সুন্দরি মমায় খংভাঙ ভাঙশিনখি। ফমফমদগী হৌগত্তুনা খোঞ্জেল নীক্তক খুল্লকই,

—তাপীশকসিনা হেক ভাংবসিনা !

মহাক তপ্না খোঙথাং কায়বপ থাংদুনা দাইরেক্তরগী কাদা চঙখি। পীশকমচানা মতুংদা হায়হৌই,

—চাকতি শোয়বা য়াবোইকো !

বসন্তী তুমিন্না ফমদুনা লৈবা ঙম্লক্তে। মচীপ্পাল ফৈনা হাইফেৎ চীকই।

'হৌজিকপু ঐনা খনগদৌবিবসি কবিনো ? মতমগী য়াওন ইনবা ঙমদবা, শঙ্ক লৈতবা ঐখোয়গী মফমবু ওফিসসিদা লৈবিব্রা ? ঙসিনা ঐগী ওফিসসিদা অবোইবা নুমীৎ ওইবগে ! ঐ কনাগী ওর্দবসু ঙাইববোই

তেবলগী দ্রয়াবদগী মাগী বেগতু লৌথোক্তুনা তেবল মথক্তা থমই। অদুগা ব্লেংক পেপব অমা লৌথোক্তুনা ইবা হৌবকই,

To

The Director,

Education Department, Manipur

Subject – Request for . .

বসন্তী মখুৎ থক-থক নীক্লকই। মখা তানা ইবা ঙমদে। বেগতগী কমাল লৌথোক্তুনা মমীৎতু নপথোকই। মমায়দুসু হাইফেৎ খুপ্নোই তৌখি।

দাইরেক্তরগী কাগী খোঙ হাংদোক্লকপগী মখোল তাবদা বসন্তী মমায়গী কমালদু খংলৌ লৌথোক্তুনা ফিভম শেমদুনা ফমই। সুন্দরি মমায় মকশিল্লপ তফিং-তফিং থোক্লকই। অদুগা লেপকক তৌনা বসন্তীদা শাউবংননা য়েংলল্লগা কাদুদগী পরপ-পরপ থোকখি। পীশকমচা চঙক্লনা য়েংদুনা লৈহৌই। তাঞ্জাসিদা দাইরেক্তরনা কোল্লিং

বেল অমুক নমলকই। পীশকমচা হাথু হাথু খোঙ হাংদোক্তুনা চঙখি। অদুগা থুনমক অমুক খোল্লক্তুনা বসন্তীদা হায়বে,

—ইচে, দাইবেক্তবনা চঙবীবকউ হায়রি।

বসন্তী তপ্পা হৌগংলকই। মখুৎকী কলমদুদি থাদে। তপ্লি-তপ্লি য়াম্না মোং-হাদনা দাইবেক্তবগী কাদা চঙলকই। অদুগা মাগী তেবল মমাঙদুদা মঙক হাইফেৎ লুকথদুনা তুমিন্না লেপ্পী। বাখলদু তবং অমদা লৈবগুম তৌই। অদুবু দাইবেক্তবনা মঙোন্দা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকপদুদি উই। মহাক মিহুল 'তিং-তিং' চোংলকই।

'কবিনো মানা তৌজসাবিসে ! ঐবু সুন্দবিগুম খল্লিব্রা নত্ত্রগা কবেম্নবিব্রা ? খোঙফম অমত্তং হেক হেঞ্জিল্লকপদা মমায়দা তিন শিৎচিল্লল্লগা চৎখিগে খঙনি, ঙসিদি !'

—বসন্তী

দাইবেক্তবনা কৌবকপনি। বসন্তী মমায় হাইগত্তুনা থক্কৎলপ তৌনা য়েংলকই। দাইবেক্তবনা মখা তাবকই,

—ঐবু য়াম্না বাবৌবমান্নি। ওফিসসিদা নঙগী ইনিসিয়েটিভ, থবক খুৎশু ঐনা লোইনা খঙই। নহাক্কীদা নত্তে, স্তাফ পুম্নমক্কিসুনি। নখোয় অমত্তদা ঐনা তোঙান্না নুংশিবা নুংশিদবা, অচান-মীবায় লৈতে। লোইনা চপ মান্নে। মফম মতমগী মতুংইন্না থবক ঙম্নবা ঙাংনবা চৈনবা হায়বদুদি লৈগনি। ঙসি অয়ুক অঙনবদা নখোয়গী প্রোমোসনগী দি.পি সি তৌবনি। মদুদা মেম্ববশিংদুগী মমাঙদা নহাক্কী বীগুলাবিটিদু উহন্নীংখিবনি। অদুনা নহাক লাক্লমদবদুদা ঐনা খবা ঙাংখিবনি।

মমাঙদা লৈবিবা ওর্দব চেদু পায়খৎতুনা মখা তাবকই,

—সে, নঙগী প্রোমোসন ওর্দবনি।

বসন্তী শকফম খংহন হন্দোকই। অদুবু চঙক্লনা লেপ্তুনা লৈ। চঙশিন্দুনা দাইবেক্তবগী খুত্তগী ওর্দব চেদু লৌবা ঙমদে।

—কংগ্রেচুলেসন ইচে !

নাকল্লগী চৌক্রিদা ফল্লিবা তোম্বনা হায়বকপনি। বসন্তী মঙোন্দা খংয়েং য়েংই। হৌজিক্তদা চৈনো তোম্বা দাইবেক্তবগী কাদা চঙখি হায়বা নীংশিংলকই। বাখল নে তাই। তোম্বদা নোকফেৎ য়েংলল্লগা ওর্দব চেদু লৌই। দাইবেক্তবনা হায়বকই,

—ঙসিগী ফোবনুনদা জোইনীং বীপোর্ট পীশিল্লকউ !

তোম্বদা অমুক ঙনশিন্দুনা মখা তাখি,

—অদুগা তেন্না, অত্রেগ্না অনীদুসু হয়েং জোইনীং রীপোর্ট পীরক্লবা পাড পীখো।

—ফনি সাব। ঐ থোকচখিবা য়ারনিকো ?

তোম্বনা মখা তাবকপনি। দাইবেক্তবনা খুমই,

—য়াবে, য়ারে !

তোম্বা থোকখি। বসন্তী মশানা মশাগী মবাল য়াজবকই,

'দাইবেক্তববু ঐনা কয়াদা লান্না লৌকববা ! ঐসি কয়াদা ৰাখল থেনগ্নবনো ? ঐ শোয়দনা দোশ পুগনি। ঐ মসি নমশিন্দুনা থম্বা অফবা ওইবোই। কনা খণ্ডন্নবসু ঈশ্বনদি খণ্ডগনি। ঐ শেংদোকহৌবনা ফৈ। চৈক্লবসু ডাকপিনবা হায়জগনি।' হায়বকই,

—সাব . . ..।

—কবি হায়নীংই ?

—সাব, ঐ সাববু .।

বসন্তী লৈতোন ফাইবকই। মখা তাবা ওমদে। মানা হায়নীংলিবদু খণ্ডলবগুম দাইবেক্তবনা ইয়াং য়াংনা ওক্লকই,

—য়ারে, য়াবে, চৎলো ! ওফিস মতম লোইশিল্লক্লবনি। জোইনীং রীপোর্টতু থুনা পীশিল্লকউ ! ঐ ডাইখিগে !

—সাব, সুন্দবিগী . . ?

বসন্তীনা খণ্ডহৌদনা হায়দোকখিবনি। দাইবেক্তবনা মোমোন তৌনা খুন্নকই,

—মাগী মতম ৰাৎলি, সেন্যাবিটি য়ৌদ্রি। মদুগীসু মথক্তা মাগী থবক মতৌসিদা . । মতম খবা চণ্ডগনি। মাদি ঐবু শাউবম্বনি। চৎলো থুৎকউ !

বসন্তী ৰাখলগী পোৎলুম পুন্নমক থাংথবমদুনা দাইবেক্তবগী কাদগী মায়থোং মকা লান্না থোক্লকই।

বসন্তীনা য়ু.দি.সি. গী জোইনীং রীপোর্ট পীবল্লগা ওফিসতগী থোক্লকপদা নুমিদাংৰাইগী পুং মবি মিনিট য়াঙ্খে চৎখ্রে। সুবচন্দ্রনা ওফিসকী গেৎ ময়াদা স্কুটরদা ডাদুনা লেপ্লম্বা উবদা নোকফেৎ তৌই। থোঙথাং কনখৎলি। মানা মনাক য়ৌফাত্রিঙৈদা সুরচন্দ্র স্কুটবদু স্টার্ট তৌখি। অদুগা মমায় ওহোক্তুনা সিংতা ফমদুনা মাবু ডাইখি। বসন্তীনা য়ৌশিল্লক্তুনা মনীংগী সিংতা কাখৎ-কাখৎনা হায়,

—ডসিদি কবি নুমীৎনো ? খণ্ডজিলহৌবা য়াই !

—নঙ অদুম খণ্ডজীল্লো ?

সুবচন্দ্রনা মোমোন তৌদুনা খুন্নকপনি। বসন্তীনা মখা তাই,

—হ্রু বেলদরা, দি-মেঙ্গদবা অমদা চঙখিসি ?

—করি লৈগে হায়রিনো ?

—রেদিমেদ সার্ট অফবা অমত্তা য়েংখিসি !

—মেম্লে অমুক লাংলক্লববা ? পামজদে লৈবীনু !

—এ ! ভাবতি ফবেহে !

বসন্তী ওফিসবোমদা মমায় লৈদুনা য়েংলক্‌ই। দাইবেক্তবনা মাগী ওফিস মপাগী ভেবান্দাদা লেপ্লুনা লৈবন্দু উবদা মমায় খংলৈ লৈথোক্লকুনা মপুবোইবদা হায়রক্‌ই,

—থৌদুম থৌবোসে ? ঐ কোম্না লম্নীদা হায়গে !

সুবচন্দ্র স্মুটব থৌখি।



# মণ্ডাল য়াওদ্রবা পুন্সি

সহবগী ময়োলমক্তদা বজাবগা তহিননা লৈবা মথোল অহুম বাংবা পক্কাগী নাল্লবা য়ূমনি। লম্বী শোবোক্তা থৌবিবা মশীং থীঙমদ্রবা গাডীগী খোঞ্জেল অমদি মীয়ামগী মীনিলনা য়ূমসি অয়াম্বা মতমদা নিন্দুনতা লৈ। নুমিদাং থেঙজীল্লকপা, অহীংগী মতম নত্তনা অচীকপা হায়বদু লৈতবগুম তৌই। নুমিদাংবাহি নুমীৎ লৈথবকপগী কৈথেল মী চিল্লকপা, ওফিস কূম্নবকপা মতমসিদনা অমুক্কা হেন্না নীল্লি। ইমুংদা ফাওবা খোন কন্না ঙাংনদ্রবদি অমগ-অমগা তানদে। মতমসিদনি য়ূমসিগী মথক ইথং-থংবা মথোলগী কা অমদা মকোক পুমঙৌ-ঙৌববা, কংবনা চায়কং, মীৎফম তাববা বীবচন্দ্রনা চৌক্রি অমদা মথন্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈবিবা। লাঙলি নীল্লিবা পূম্নমক্তু মহাক অমত্তা তাদ-খঙদবগুমই। অয়েংবা অমদা তুমিন্না য়েংদুনা লৈ।

অসুম্না মানা কাসিদা লৈবক্লিবসি ঙসি ঙবাংতা নত্তে। কুইবে, চহী নীপান শুবক্লে। নোংমতা কাদুদগী মপান থোক্তুনা মকাপ মপাং শঙ্গ তৌকদ্রে। লৈবাক্কী থবক-থৌবম, হবাও-কুম্মৈ অমত্তা য়াওখিদ্রে। ইমুং-মনুংগী মীগা ফাওবা বাবী-বাতায় কয়া তৌনখিদ্রে। কবিগুম্বা চৌক্রিদা ফম্বা বাবক্লবা মতমদা নাইতোম থাবিবা ফম্মুংদুদা হীপ্পা, কবিগুম্বদনা মমাঙদা হাংদোক্তুনা লৈবিবা থোঙনাওগী উফৈদুদা পায়দুনা লেপ্পুবা, চৎলিবা মীয়াম, লাঙলি-নীল্লিবশিংদুদা ঙাইহাক যেংলুবা অসিতনি। অমবোমদা চাওববা য়ূমসিদা লৈবিবসি মহাক্কা অবা-নুংঙাই অনীমক্তা শকক য়ামিন্নদুনা লাক্লবা মাগী নুপী সুবদনি অমদি মানা এস.পি. ওইবিঙৈদগী হৌনা ময়ূমগী থবক-ইনথাং শূদুনা ইমুংগী মীগুম লৈমীন্নবক্লবা চহী মীয়াম চনশিল্লক্লবা বল-বহাদুর থাপা মখোয় অহুমতনি। অহানবদদি মখোয় অনী চঙদুনা মঙোন্দা অদুম্না তৌবীদনবা কন্না হায়জবম্বনি। অদুবু মানা য়াবা কৌবা লৈত্রবদুদা মখা তানা হায়খিদ্রে।

হায়নৈ, ব্রহ্মামক্না ফংঙমদ্রবা তাইবং মীওইপোক্নী। অসুক তাঙলবা মীওইবগী পুন্সিবু কবিগী অদুক তমথিনা ওৎলিবা ? থাজদনা খোকপ্রবা থৌদোকশিংদুনা মাগী পুন্সিবু মমল অমত্তা য়াওহনবিদ্রব্রা ? নত্রগা মাগী আশাগী ময়োল পূম্নমক মক-ফংনা কংখিদুনা থম্মোয় নুঙগুম কনশিলগ্রব্রা ? মতম অমগী সমাজগী লেমজনফম ওইববা শিনফম, শঙ্গ, নাপল, আশা, কয়াদা লাপ্পা থমগ্রবা ! মাগী পুন্সিগা মবী অমত্তা লৈনবক্তবগুমগ্রে। হৌজিক্তি শূপ্রক্তগী নানথোকপা য়াববোইদবা বাববা থবায়না অনুতাপকী মৈবিনা কেমহল্লবা হকচাং পোলাংবু থাদোক্তুনা চৎখিগদবা পুন্সিগী অবোইবা পুংজাদুতং ঙাইদুনা লৈবক্রে। অমুকসু চহী কয়াগী মবোল-মবোল নাইনা থুগুনা থমগ্রবা নীংশিংলবোই য়াদ্রবা থৌদোকশিংদুনা থম্মোয়দা তত্তনা মৈচাক হাপ্লবি। অহোইননা মদুনা মাগী পুন্সি খোঙচৎপু অমুক্কা হেন্না তেনশিলহন্নবগী মচাক ওইহল্লবি।

*

নুমীৎতু ইংশোক ১৯৯৩ গী মার্চকী তাং তবানীথোই ইবাই নুমীৎনি। বীবচন্দ্রনা দি আই জি পি. লো এন্দ ওর্দব ওইবিঙে মতম্নী। বোম্বে সহবদা বোম পোথায়দুনা মীশি-মীনা য়াম্না থোকহনখিবগী পাউনা লৈবাক শীনবা থুংখিবা নুমীৎনি। লৈবাক্কী শান্তিবক্ষাগী মতাংদা এস পি দশী তাদনা পুলিসকী মকোক থোংবা ওফিসাব পূম্নমক পুলিস হেদ কাটবগী কনফবেন্স হোলদা নুমিদাংগী পূং মাপল তাবা ফাওবা মীটিং তৌদুনা লৈখি। মীতিং লোইবকপগী ময়াম ঙাইহাক অচা-অথক তৌনবিঙেদা দি.জি পি কাপুবনা মাগী ফমফমদগী হৌগৎতুনা দি আই জি পি. বীবচন্দ্রগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। অদুগা মখুৎ তিংথোক্তুনা কৌবকই,

—হেল্লো, দি আই জি. মিষ্টব বীবচন্দ্র !

বীবচন্দ্র হৌগৎতুনা নোকফেৎ তৌনা 'সাব' হায়দুনা দি.জি পি গা খুৎ শোক্রে। দি জি পি না মখা তাবকই,

—ঐহাক নহাক্কা তোঙান্না দিসকসন তৌগদবা বাফম খবা লৈবি।

—য়েস সাব, আই এম বেদী !

বীবচন্দ্র মশা হাইফেৎ চেকশিন্না লেপ্তুনা দি.জি.পি. গী মতুং ইন্নবা শেম-শাবকই। মাগী ফিভমদু উবদা দি.জি.পি. না মশা কোমথোক্তুনা হায়বকই,

—বী রিলেক্স, ইট'স নথিং বট দি মেত্তব ওফ লো এন্দ ওর্দব ওফ দি ষ্টেৎ। কোম্না খন্নববসু য়াইদা। দি.আই.জি. সাহেবকিদি ইমুং-মনুং কবম কবম পাল্লি ? অঙাংনা কয়ানো ? করি কবি ওইবা য়াওবে ?

—সাব, নুংঙাইজবি হায়বা তারে। ঐগীদি অঙাং অনীদনি। ৱান গার্ল, ৱান বোয়। নুপীদুদি এম.বী.বী.এস. লোইবে, ডাক্তব ওইবে। চহী অমা হেল্লে থবক তৌবা। অদুগা নুপাদুদি অঙাং ওইবি। হন্দক্তা পী য়ু.সী. সেকেন্দ ইয়াব তল্লি। মানা ইঞ্জিন্যার তমহনগে খঞবি।

—ভেবী গুদ, য়াম্না ফরে। ইচা ফহনগদবনি। মখোয়না ঐখোয়গী অশেংবা লম্নী। ফ্যচব লাইটনি। ঐখোয়না ফনা চাউবা ওফিসাব ওইববসু, লন-থুম কয়া তানশিল্লবসু ইচাবু ফত্তবদি কবিমত্তা লেমজনফম লৈতে। ফ্যচবসি পুম্মম-মমগনি। মতম চুপ্লদা হেদেগ ওইগনি।

—বাইট সাব, ঐনা খঞবিবসু মদুমক্কি। লাইটতুগী মঙালদুতনি ঐখোয়না দবকাব ওইবিবসি। মখোয়দগী কান্নবা, শেল-থুম ফংবদু নত্তে। অদুবু ঐখোয়গী থবকী মতাসিদা মখোয়বু ফজনা য়েংশিনবা ওমদ্রে। মখোয় মশা মশানা জ্ঞান তাজবা তাজদবগী মখা পোল্লে হায়জবা তাবে।

বীবচন্দ্রনা নাপল হাইফেং য়াওনা খুমখিবনি। দি জি.পি না মতেং পাংশিল্লকই,

—অদুবু দি.আই.জি. গীদি থোইদোক্না ৱানিঙই লৈত্রেদা ! কিপ অপ দি.আই.জি !

বীবচন্দ্রগী মনমদা মখুৎনা পোপ-পোপ থাবল্লগা লৈথোকখিদুনা মহাক ময়ামদুগা মথং-মথং খুৎ শোক্লখি। তাঙাদুদা পি.এ কুমাব চঙলক্নুনা বীরচন্দ্রদা সলাম তৌবে।

—সাব, য়ুমদগী মেম-সাহেবকী টেলিফোন লাকই। হ্যংদোকচবল্লি।

বীবচন্দ্র পবপ-পবপ চৎখিদুনা টেলিফোন পায়কই। মাগী নুপী সুবদনিনা মচানুপী ডাক্তব সাবিত্রি হল্লক্তবগী পাউ পীবকপা ওইবমই। মহাক মমায় হাইফেৎ ঙাঙশিল্লী। খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘডী য়েংই। অদুগা ময়াম মবক্তা ফিংতক চঙলক্নুনা দি জি পি দা হঙ্গৎলৈ,

—সাব, য়ুমদগী অর্জেন্সি অমা লাক্নে। ঐহাক য়ৌজবগে !

দি.জি পি না মাগী মমায়দা মুন্না য়েংদুনা খুম্নমই,

—য়েস, য়ু মে গো !

মহাক দি.জি পি. দা সলাম তৌবল্লগা থুনমক ময়ুমদা হল্লক্নে।

য়ুম য়ৌবগা বীরচন্দ্র মাগী নুপী সুবদনিদা মচানুপীগী অকুপ্পা ৱাবী-ৱাখোঙ, মাগা খঙন-চন্নবা, মবাপ-মপাং, কনা-কনা কদাই-কদাইদা লৈবা চিৎথদনা মথং-মথং হঙ্গৎলৈ। থনাগী ৱাহং হায়বেদনা ! সুবদনি থুপ্পা, লৈথোকপা ওমদে। তপ্পি-তপ্পি লুকথদুনা খুম্নকই,

—ঐনা চিংনবা অমদি লৈ। আ: থৌবাল অথোকপমদগীনি হায়রা কৈনো!
নিমাইচান্দ কৌবা নুপা অমগা ইবেম্মগা খব-খবা খঙনৈ হায়বগুমদি তৌবনি।

—কান্নবোই মমা, মচানুপী লৈশাবীগী কোয়ন-শাম্নবগী মবী-মখোঙ শঙদবা মমা লৈবা হৌনদে। শেংন-শেংনা শৎ-শৎ হায়য়ু! নুপাদু কৈয়ুম্লো, কনাগী মচানো? করি থবক তৌই?

বীবচন্দ্রনা থুজিন্নকপনি। সুবদনি মবাল-লৈরবা মীগুম মমীৎ-মনা তথক-তথক্রকই। খোঞ্জেল নীক্রকই।

—য়ুম্নাক্তী লাইশ্রম্মী হায়বগুম তৌই। প্রাইভেৎ কলেজ অমদা ওঝা ওইবি হায়রা? মপা মমাকাদি খঙজদে!

খংলোই লোইশিনখি। বীবচন্দ্রনা মঙোন্দা শূকথবপ য়েংদুনা মখা তাবকই,

—মদু ওইবা য়াবোই। চৎননবা বেদী তৌশিল্লু!

বীবচন্দ্র পম্বদনা তেলিফোন পায়খৎতুনা পুলিস কম্যান্দো গাড়ী অহুম-মরী থুদক্তা লাক্লবা কৌখি। মতৌদুদা সুবদনি কপ্লি-কপ্লি কবি কবিনো খবা মখা তাখি। অদুবু মহাক তাবমদ্রে। মমায় লৈথোক্লুনা মপান থোকত্রে।

অহীংদুদা পুলিস কম্যান্দোশিংদুনা নিমাইচান্দগী য়ুমদা তৌবম্না থৌওংদু পুবা কুম্মৈ অমনি। উপু-কাংথোল, চফু-উয়ান অমত্তা থাক্তে, অউ-অউবা, অবৈ-অবৈবা কাওথায়বীনি, থুগাইবীনি। থাম্নবা ঙাংনবা অমত্তা তানবগী বা লৈতে। নিমাইচান্দগী মচীল-মনাও, মচল-মচে, মপা-মমা পুম্নমক হৌগৎ-কাংখৎপা ঙমদবমখৈ ফূথবীনি। নিমাইচান্দদি মমায় মমীৎ ঈহিং-নাহিং শাখি। লেঙবা ওৎপা ঙমখিদে। অদুগা সাবিত্রিবুনা শয়েঙ লাক্লুনা মাগী গাডীদা চিংখৎলকখি। সাবিত্রি মহাক মশানা য়ানা লাকপনি, মাবু পুবিগনু, থম্বীবমউ, হায়জবা, কপচ-লাউজবা, খাঙজবা অমত্তা বীবচন্দ্রনা তাবীখিদে। নমদুনা ময়ুমদা পুদুনা লাকখি। ময়ূম হেক য়ৌবগা মহাকপু থোঙ লোনশিন্দুনা মাগী কাদগী হেন্দোকহন্দনা থমখি। মদুগী মতুং থা লান্দনা সাবিত্রিবু কাকৈথেলগী মাগী মরূপ ইনাকখুনবা বনবীবগী মচানুপা কমেশ্বরদা অওং-অউন চাওনা তমদুনা লুহোংখি। উপাই লৈত্রবী সাবিত্রি কপ্ল-কপ্লা মপাগী য়াথং ইনবা তাখি;

মচাবু নুংঙাই য়াইফহন্নীংদবা মমা মপা সংসাবদা লৈবমগদ্রা? পুম্নমক বীবচন্দ্রনা মচানুপীগী নুংঙাইনবা খন্দুনা শীল্লুবা থৌবাং ঙাক্তনি। অদুবু লুহোংলবা মতুংদা সাবিত্রিগী মায়থোংদা নোংমতা হবাও-তয়াম্নগী মমি তাবা উবক্তুবদা মহাক্কী থম্মোয়দা লাংতক্লবা অমদি লৈতাফম খঙদবা তত্তনা ফাওবকখি। লাইবক ফবদি,

মথং চষ্ঠী ওল্লকপদা সাবিত্রি মচানুপী অমা ফংজখি। বীরচন্দ্র য়াম্না হবাওজখি। খনখি, মচানুপীগী নুংশিগী শীচিংদা সাবিত্রিগী থম্মোয়গী মৈচাক কোকশ্রগনি। অদুবু বিষী মানদি কয়াদা তাইওন্নবা তম্নমন্নবা ! সাবিত্রিনা অঙাংদু পোকপা মতুং থা মবি শুরকপদা মপুবোইবা কামেশ্বব মশাগী লায়না অমদগী খঙহৌদনা সংসাব থাদোকখি। বীবচন্দ্র অমুক্তা হেন্না অবাবগী চৈথেং মায়োক্লখি। নৌনা লুপ্রা ওইহৌববী মচানুপীগী খনবদা বাখল পোখাবা ঙমখিদে।

নোংমা নুমিদাং অমা কামেশ্ববগী শ্রদ্ধা কর্ম্মা লোইশ্রবা মতুংদা সাবিত্রিনা মমা মপাবু ময়ূমদা কৌদুনা হায়বকখি,

—ইমা, বাবা, ইচাসি ইমা-বাবাদা শিন্নবমগে হায়দুনা নচানা কৌজবনি। ইমা-বাবানা ঐবু নুংশিবীবগুম ইচাসিবুসু নুংশিনা য়োকপিবকউ ! ডাক্তবদা নীংথিজনা টেষ্ট তৌহন্দুনা য়েংথোকহনবীয়ু। মবায়বক লৈববদি ঐগী ইহৎ-শিন্দুনা মপু-মবেনগী সেবা তৌবকসনু ! পোকপদগী ঐগী খোল্লাং ইল্লক্তবনি। শোয়গনবা তাইবং মীওইবনি। ঐগী খোল্লাংনা ঈহৌবকপদা ঐহাক খাঙবা য়াম্না বায়। মাবু ঐগী ইনাক্তা থল্লন্নগনু !

থাজদনা হায়দোক্লক্লিবা মচাগী বাদু তাবদা বীবচন্দ্র-সুবদনি পুমঙক-ঙকখি। অদুবু তপথদুনা বীবচন্দ্রনা হংখি,

—কবিনো ইবেম্মা, নঙনা ঙাংলিবদুবো ? নঙবু কৈদৌববগে ? ঐখোয় ভাব তাবা ঙমদ্রে।

—বীবচন্দ্র সাহেব, ইমৌনা হায়বিবসি অচুম্বনি। ঐ লানদ্রে। নখোয়গী নফমদা ঐহাক তশেংনা লানদ্রে। হৌজিক্তি অশেংবদু লোৎলুদুনা কৈদৌকনি। ঐনা ঐচাবু মশক খঙলুদ্রে। ঐগী ইচা কামেশ্বব এইদসকী ভিক্তিম ওইদুনা শিখিবনি। ঐনা মাবু শেল-থুম শিজীন্নবদা মনীং-মখা খবা তমহনখিবদুনা মাগী মংফম ওইহনদ্রে। অদুবু চৎশ্রবা মাদি চৎদ্রে। ঐখোয়না হৌজিক কপ্লিবসি ইমৌসিগীদমক্তনি। ঐখোয় তৃম্ফম-চাফম খঙদ্রবনি।

বনবীবনা মমীৎতা মপি তানা নুংহীক্লা খুন্নকপনি। বীবচন্দ্র মীকুপ অমদি জ্ঞান মাঙলুই। কোকথক্তা চাওববা সনজীং অমনা ননথরকপগুম বাখল লৌশিং পুম্নমক পুমপং পঙশিনখি। মচীন্দগী বাহে অমক্তসু কাঙথোকপা ঙমখিদে। সুবদনিদি "ইমাগী ইবেম্মা, ইমাবু কবি ওইববসিগেনে !' হায়দুনা ও খোংনা কপখি। অদুবু সাবিত্রিদি কপখিদে। মায়থোংদা অবাবগী মমি অমক্তা তাদনা মমাবু থেমজীল্লকখি।

—ইমা, কপ্পগনু ! মসি ঐগী লাইবক্তা তমগ্রবনি। ঐগীদমক্তদি ঐহাক বাদ্রে। বারুবগী কান্নবসু লৈত্রে। হৌজিক ঐনা খল্লীবসি ইচাগীদমক্তনি। ঈশ্বরনা চানবীববদি মহাক লাইবক ফবী ওইবমসনু, অসিতনি।

বীবচন্দ্র হৌজিক্তদা খংনীং নীংশিংলকপগুম ঙক্না হংলকই,

—ঙাইখো ইবেম্মা, পূমমক অসি খঙন-খঙনা নহাক্না কবম্না . ?

—বাবা, মতম য়াম্না থেঙখ্রে। অমবোমদা নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি ইপুবোইবনা ঈশ্বরনি। মহাক্কী সেবাতনা অবান-খুভম ফংজবনি। ইচাসিদং শোয়দ-ঙামদবা হায়না ঈশ্বরদা থৌনিজদুনা লাকখিবনি।

সাবিত্রিনা খুন্নকপনি। মহাক্কী শোক্ষাংনবা মচীন পংলবা বাহৈদুনা বীবচন্দ্রবু ঙসিদি ইবায়-লায়না মাযথোং লৈদা লুকথহনখ্রে। শীংনগনবা মাগী থম্মোয়দা শীংনবগী মফম অমত্তা লৈখিদ্রে। মশানা মশাগী মবাল য়াজখ্রে। নীঙমদবনা থম্মোয় ফুক্নবা খোঙ্গোক্না হায়বক্রে,

—ইবেম্মা ইপা লানখ্রে। অদুবু নহাক বাগনু ! নহাক কবিসু তৌবোই। ইপানা নঙবু হয়েংমক অফবা ডাক্তরদা পুদুনা লায়েংগনি। ইচা শোয়দনা ফগনি। ইচা কবিসু তৌবোই।

বনবীবদা অমুক ওনশিন্দুনা মখুৎ লোন্নদুনা মখা তাবকই,

—বনবীব সাহেব, মতম খবদং ইচাসি ঐ লায়েংজকখিগে ? সাহেবনা মসিমক্তং য়াবীয়ু !

বনবীব মীকুপ অমদি খুম্ফম খঙখিদে। মকুবোক্কী মতৌদু উবদা সাবিত্রিনা হায়বকই,

—বাবা, মদুগী মতম হেনখ্রে। ঐ চংলবোই। ঐগীদি ইপুবোইবগী যূমসিদা মংফম ওইজহৌবগে ? পংকুই কুইগনিসু থাজদ্রে।

হৃদমুক্তি মহাক মমীৎতগী মপি শিক্ষবক্রে। অদুবু মাগী খোঙফমদি হোংখিদ্রে। বীবচন্দ্র সুবদনি উপাই লৈখিদে। মমৈদা মচানুপীবু থম্মোয় চাউখোক্নবা পূকমেন-পাঙিমেন্নবক্না অবাবা বাখলগী পোৎলুম অমা কোকথোংনদুনা মশূনুপীবু পুদুনা ময়ূমদা হল্লকখি।

*

সাবিত্রি থম্মোয় য়াম্না কনখি। চুম্না কনবতা নত্তে, নুঙমক ওইখি মাগী থম্মোয়। মপুবোইবা লৈখিদ্রবা মতুং চহী অমা হেন্না হিংলন্নদুদা মহাক নোংমতা মচানুপীবু নীংশিংলকখিদে। লৈবাংগা পাংখক ওইবা নুপীগী থম্মোয়না অসুক্কী মতীক কনবা ঙমই হায়বসি বীবচন্দ্রনা মচানুপীদগী খঙখি। মহাক্কী শক্তি, থৌনানা মাগী ফিবেগ্তা শম্না মফৈ অমা ফাওবা লেঙহনবা ঙমখিদে। মহাক মায়থীখি। অদুবু

লাইবক ফবদি সাবিত্রিগী মচানুপী ঐচ.আই.ভী. পোজিটিভ ওইবমদবদুনি। অঙকপা অমদি থাজদবগা লোয়ননা মহাক্না মশূনুপীবু হন্ন-হন্না ডাক্তর হোং-হোংদুনা য়েংহনখি। অদুবু, ডাক্তর খুদিংমক্না চপ-মান্নবা মহাক্কী মশূনুপীদা এইদসকী মহীক পক্তে হায়বকখি। মহাক অবাবগী মরক্তা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা অমসু ফাওখি। মশূনুপীবু চেকশিন্না লাইগী মচাদৌনা লুনা চান্না য়োক্লককখি।

চহী মবিগী মতুংদা সাবিত্রিগী মচানুপী স্কুল কাবা হৌবে। মশূনুপীগী তনৌ-তনৌববী মতৌদু য়েংবদা বীবচন্দ্রগী অবাবা ঝাখলদু খবমখেদি কাউবা ঙমলে। মদুগীসু মথক্তা মহাক আই.জি.পি. দা প্রোমোসন ফংলে। অমবোমদা মচানুপা মহেস কুরুক্ষেত্রদগী ইঞ্জিন্যাবিং তম্বা লোইদুনা থা অনী-অহুমগী মতুংদদি ময়ুমদা থোক্লক্লনি। বীবচন্দ্র-সুবদনি মখোয়গী অবাবগী তাংকক্তু লোইখিদুনা নুংঙাইবা পুন্সি লাক্লমান্নি খঞ্জদুনা মোমোন নোকচবা ঙম্লে।

অদুবু নুমীৎতু ইংশোক ১৯৯৮ গী মার্চকী তাং তবানীপান, য়ুমশকৈশা নুমীংকী অয়ুক্কী। য়াওশঙ মতুং নোংমা কোনবনি। বীবচন্দ্রনা ওফিস চৎকদবগী ফি-রোল শেংলিঙে মতম্নি, কুরুক্ষেত্রদগী মহেসকী অবোইবা পাউ লাকখিবদু। মহাক অহানবদা নোকফেৎ তৌকই, মহেসনা তৌবকপোই খল্লুদুনা। অদুবু মাগী মরূপ চন্দ্রনা তৌবকপা ওইবমই। হায়বকই, 'মহেস ঙমদ্রে, সেবিয়স ওইবে, থুনা লাকপিয়ু।' বীবচন্দ্র ঝাখলদা চিংনবা অমা ফাওবকখি। খঙহৌদনা অশাংবা শ্বব অমা হোনখি। লাপ্পা চৎপ্রবোই খল্লুবা অবাবদু নক্না লৈবস্বগুম তৌবকই। পঙ্কবগী মতম ওইদ্রে খন্দুনা থুনমক ওফিসতা চৎতুনা দি.জি পি. দগী পার্মিসন লৌদুনা নুমীৎতুমক্তদা এবোপ্লেন তোংদুনা মহাক কুরুক্ষেত্রদা চৎখি।

বীবচন্দ্রনা কুরুক্ষেত্র য়ৌবকপদা মহেসকী থবাম্না মাগী হকচাং পোলাংদু থাদোক্তুনা চৎখিবনা হাল্লন্নে। মাবু লায়েংলম্বা ডাক্তরদগী খঙলকখি, মদুদি মহেস আইম্না য়াদবা ড্রগ, গুলি ওন্তবদোজদা শিখিবনি। বীবচন্দ্র অবাবা, থম্মোয় কায়বগী মথক্তা ইকাইবনসু খাঙফম খঙখিদে। মহাক্কী আশা, লেমজনফম পূম্নমক লোইখিবগুম তৌখি। মাঙগী লম্বী অমত্তা উবা ঙমখিদে। পূম্নমক অমমবগী কুয়োম্না কূপখি।

অরোইবা ওইনা বীরচন্দ্রগী আশাগী ময়োল পূমকং-কংখিবদি মহেসকী দেব-কর্ম্ম লোইববা মতুংদা নোংমা বনবীবনা মশূনীপুবু পুদুনা চৎখিবা নুমীৎতুদগীনি। মহাক ঝাহে অমত্তা হায়খিদে। ঈশিংদা ঈম্নাক্লরবা মীগুম হায়নীংবা কয়া লৈদুনসু খোঞ্জেল অমত্তা থোকপা ঙমখিদে। সুবদনিনদি হায়খি,

—ইশূসি ঐখোয়না নুমীৎ-থা য়েংবগুম য়েংজবিবনি। মানা যূমসি থাদোক্তুনা চৎপ্রবদি ইমুংসিদি পূম্মম মমহৌবনি। মণ্ডাল অমত্তা লৈব্রবোই। য়াববদি ইশূসি থম্লীবমউ।

বনবীবনা খুন্নকখি,

—ইশূসিনা মমা-মপা অনীমক্কী মহুৎ শিল্লবনি। অশেংবা যূম্ন হায়বদু মানা ওইহৌববনি। তুংগী য়েংদুনা মশাগী ঈ মবীদা তিঞ্জবসনু !

ঝাবী মখা তানখিদে। বনবীবনা মশূনুপীবু পুদুনা চৎখি। থৌদোক্তুগী মতুংদগীনি, বীবচন্দ্রনা ওফিসকী থবক্তগী ভোলুন্টবী বিত্যাবমেন লৌথোক্তুনা মাগী যূমগী কাসিদগী হেন্দোক্তনা লৈবকখিবা !

*

নুমীৎ তাগ্রে। বল বহাদুব থাপা চণ্ডলক্তুনা কাগী মৈ থানগৎলৈ। মৈণ্ডালদুদা বীবচন্দ্রনা খোঙনাউজী বাব পায়দুনা মণ্ডে-নীকনা লেপ্লম্বদু উবদা মহাক চেনশিল্লক্তুনা 'সাহেব' হায়দুনা মাবু কোনশিল্লে। বীবচন্দ্র মমীৎ অনীদু তথক-তথক্কই। খোঙনাউ মনাক্তা লেপ্লম্বদুদা মথক্তা ভক্চবগুম কাদুগী অকোয়বা অমদি খোঙনাউদুগী মপান্দা লৈ-লৈদুনা য়েংলকই। মথংগী মীকুপ্তা লম্নী শোবোক্তা থাল্লিবা মৈণ্ডালশিংদু উমীংলক্তবগুম মখুৎনা খোঙনাউজী পর্দাদু চিংশিল্লমদুনা ফম্মুংদা চৎনীংবগী ঈক্সিৎ তৌবকই। বল বহাদুব থাপানা মাবু শমদুনা ফম্মুংদা পুশিন্দুনা হীপহল্লে। বীবচন্দ্রনা অশাংবা শ্বব অমা হেন্দোক্তুনা তপ্না হায়বকই,

—মৈদু মুখৎলমউ ! ঐ ঙাইহাক্তা চীক্লা লৈহৌখিগে !

বল বহাদুব থাপা মণ্ডোন্দা মুন্না য়েংলম্লগা মৈ মুখৎলমদুনা মখাদা কূমথখি। বীবচন্দ্র কবিমত্তা নাচুংদনা তুমিন্না হীগুনা লৈহৌই।

ঙসিদি মহাক অমম্বসি হৈনবে। মণ্ডাল য়াওদ্রবা মাগী ঝাখলগী পোত্থাফম অমম্বসিনা ওইববে। কনাগী ঝাকৎ তানীংদ্রে, চানবীবা মীৎয়েংসু পাম্মুদ্রে। ইখৌ লাংবসু ফাওদ্রে। পুন্সিগী কর্মফল অমদি ককপা য়াদ্রবা বীথিগী নোংদমখোন্না পীবক্লিবা থাদোকপা ঙমদ্রবা খুদোল অসিতং চেৎনা কোন্দুনা মণ্ডাল য়াওদ্রবা মাগী পুন্সিগী নুমীৎনা তাখিবদুতং ঙাইদুনা লৈবি।

০০০

# লম্লানবীদো মমাদো

‘পূম্নমক বিথীনা তমগ্রবনি, খল্লদুনা কবিবু কাম্নকনি!’

ৱাহৈশিং অসিনা পাহ্লোইবু পেলহনবা ঙমখিদে। পুক্নীংগী ঈথিল অমদি মশানা তৌজৱ্বা থবক্কী মহ্ময়না ওইহল্লকখিবা পামদবা থৌদোক-ৱাথোক অমদি পুন্সি মরেল কম্নাবু বিথীদা তাইনদুনা মশাগী মবাল কুপশিন্নবা হোৎনরিবা মীওইবগী চৎনবীবু মানা য়ানীংখিদে। তুক্কৎচনা খনখি। অঙাং ওইরিঙৈ নীংশিংবা থোক্তিঙৈ মতম ওইবনা মমানা করম্না মপাগী ময়ূমদগী হল্লক্তুনা মপামদা লৈবখিবা হায়বদুদি খঙহৌদ্রবসু মমানা কবিগীদমক অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ূম পানহ্রিবা? ‘ইমা, ইমা’ কৌদুনা ফিজি পায়দুনা মতুং কোয়হন-ইম্নজবিবী মবুকথোক্কী মচানুপীবু ইবায়-লায়না হন্দোক্লব্বা ঙমখিবী লম্লানবী ওইদ্রবী নুপীদুবু কবম্না ইমানি হায়খিনি? ৱাহংশিংসিনি মাগী থম্মোয়দা তগুনা হংলকখিবা। চৈনাসু ফাওহনদ্রবনি হম্ন-হম্না, হংলকপা খুদীং ৱাহংদু। অদুনা মহাক নীংশিংনীংদে। মপু-মবেল অনীনসু মাবু মমা মপা শক্লা লুনা-চাম্না য়োক্লক্তুনা মমাবু পুমকাউ-কাউথোকখিনবা কম্না-হোৎনরকখি। ঙমদ্রবনি কাউবসু মতম কম্নাগী মমাঙদগী। অদুবু মানা লৈশা মপুং ফারকপা অপাম-নুংশি মশক খঙলকপা মতমদা লম্লানদ্রবী মমাদুবু অমুক হম্না নমদুনা নীংশিংহল্লকখি। মহাক্কী পুন্সিগী অহানবা নুংশিগী শৈহৌমঙদা মমানা মরম ওইদুনা থম্মোয়দা অকনবা মৈশা লাংহনখি। নুংশিবা কায়নবগী মৈচাক খাঙজবিবী মঙোন্দা অমুকসু মপা মশক খঙদবী, তৌঙম্নী লমকেৎপী, লমচৎ-নাইদবীগী মচা তাহন্দুনা লানজদবী মাবুসু অমোৎপা তৈশিনবীখি। হায়নীংঙাই লৈতনা ইকাইবা নংহনখি। অদুনা মহাক পুন্সিদা অমুক হম্না কনামঙগা অপাম-নুংশিগী মরী থমদ্ররোই, য়ূম কৌবদা পানদ্ররোই হায়না ৱাবেপ লৌখিবনি। হৌরকখিবা যৌবনগী য়েম্নীং কম্না থম্মোয়নুংদা কংদুনা মাঙহনদ্রবনি। অদুবু কায়নখৎদা, মাগীদমক্তা

মতম শাংনা বাজরক্কবা অহল ওইরবা মপু-মবেল অনীগী য়াথং ভাক্তুনা মখোয়না পামজবা নুপা অমদা হায়ন-শীংনদুনা পাঞ্চোইবু লুহোংনবা থৌবাং তৌরকখি।

লুহোংগদবা হয়েংদা ভায়ববা বর-বার্ত্তোন চংগ্রবা মতম অসি ফাওবদা পাঞ্চোই বাখল মকা লান্না ভমগ্রি। মাগী থম্মোয়দা হায়ফম খঙদবা অবাংপা অমা লৈবগুম তৌবি। মনে-মন্দোল, মণ্ডং-মমান্নবী ময়াম্না লাংলি-নীল্লিবা, ইমুং-মাঙ্গোল থন্না পৈবিবা অউনপোৎশিংদু য়েংনদুনা য়ামই-য়ামদে, ফজে-ফজদে, ভাংনবিবশিং অদুদা পূক্লীং চঙবা ভমগ্রি। তুমিন্না মাগী ফম্মুং ময়ায়দা ফমদুনা মাঙগী হাংদোক্লিবা থোঙনাউদগী উগ্রিবা, নুংশিংকী শউমদা নোল্লি-নোল্লি হইবিবা উনা-বানাশিং অদুদা মীৎয়েং থমদুনা মায়গে খঙদবা ঈচেল অমদা তাউথবগুম তৌরি।

ইন্দুবালা হন্না তুনা য়েংদনা থোঙজীন-কানশিদ্রিঙৈদগী হৌনা 'ইনম্মা' কৌদুনা পাঞ্চোইগী মনাক্তা পবপ-পরপ চঙলকই। মখা তাগে তৌবকপদা পাঞ্চোইনা লৈবন্নিবা ফিভমদু উবদা চপ লেম্নী। ওহোক্তুনা হায়বকই,

—হৌবক্লদৌনি মাগী, ইবেম্মা হৌজিক্তা করি অমুক খন্নিবগে ?

—ইন্দু লাকও, বার্ত্তোনশিংদি য়েনথোকপা লোইখ্রব্রা ?

পাঞ্চোইনা তপ্না মোং-হাদনা হায়বকপনি। ইন্দুবালানা পন্থদনা খুন্নকই,

—ভসাইনা লোইখ্রে। ঐনা ভকলিবদি নঙনিনে ! নুমীৎ চুপ্পগী অসুম নুংশুক-নুংজান্নদুনতা লৈ। খবসু নোকথোকউ কৈনো ! মসিবু ফত্তবা থবকলো ?

পাঞ্চোই মমায় লৈথোক্লক্তুনা নোকফেৎ তৌবকই।

—ঐবু কৈদৌরগে ? ঐ কৈসু তৌদেনা !

মানা ভাংলিবদু তাদবগুম ইন্দুবালানা মখা তাবকই,

—কান্নদে ইবেম্মা, খল্লুবনু ! নঙগী কেনেদি হায়বদুদগীদি হন্দকিসিনা ফবা য়াম্না হেন্নী। ক্লাসসু হেন্নী, য়ুম্বানসু হেন্নী, অদুগা তলবসু চায়। মবুক্লা ফরিবা কুচুদবু খরা লৈশিন্নী হায়বগী বাতনি।

—ইন্দু, পন্নক্লনু, তোক্লসি মাগী বাদু !

পাঞ্চোইনা খামদুনা হায়রকপনি। অদুবু য়াদে, ইন্দুবালা মতীং ফুক্তোক্লকই।

—নত্তেনে, ঐনা ভকইদি মমাদুনিনে ! মশক্লা থীরিগা, ওহোক্লা তৌবা ভমগ্রবা ! মীগী ময়ুমদা লৈজরিবী লৈশাবী, মমৌ ওইবা ফংনি-ফংলোইসু খঙগ্রিবী নুপীগী শিদ্রা কোয়থি-হেক থিরদনা ! হা মমাদুদি অদুনীগা, অদানীগা; অমগা অমগা পঙকোংতা কোৎশিন্নে। শক্তাদুনা ইনম্মবু মমৌ ওইনা ফংজবা ভন্নবদি

মবায়বক্তুম কৈ খনগেদি হায়রদুনা। অদুগা কেনেদিদ্সু, মদু নুপা নত্তে! লৈহৌদবসিদুম য়াম্না ফববনি। হয়েং য়ারকী শিংজু ওইদুনা তোক্লমগনি। অদুগা ইনম্মা শাউদি-শাউনুকো! নোনেদ্সু খবদি হেনমনবা জাৎনি। ঐখোয় ম্বাইদসু নুপা কোকথোং অমনি লৈবিবা। অদুবু পাঙল নুপাদু নত্তবদি লৈত্রদৌনা হেক তৌই।

হন্দক্তি পাম্থোই তাঙলক্লমান্নি, মীৎলু পিবাং শিম্না ইন্দুবালাবু চৈবক্লে,

—ইন্দু, মখা তারনু কৈদৌগে নঙবু ?

—'সুম ইথম্তা শাউনীংলক্লিবা!

ইন্দুবালানা ত শথদুনা খুল্লকপনি। অদুগা মমীৎ লাওথোক্তুনা অমুক খংহায় হায়বকই,

—ওহো! ঐদি বাখল অমবোমদা অসুম চৎথ্রেদনা! ইমানা নঙবু কৌকচো হায়দুনা থাবকপনিনে! থুনা লাকউ হায়বকপনি। চৎলসি ইনম্মা!

পাম্থোই 'মসিগী অঙাংসিদি' হায়দুনা হৌগৎতুনা মখোয় অনী থোকমীন্নবকই। অদুবু ইন্দুবালানা কায়হৌবন্নবা মাগী বাখলদি চৎথ্রে, খান্না য়াদনা অদুঙৈ মমানা মাবু হদোক্লমদুনা চৎখিবা নুমীৎতুদা!

*

—মমা কদাই চত্তোইনো ? ঐসু লাক্কনি।

—লাক্কনু, নঙ লাকপা য়াবোই। মমানা চৎলিবসে অকবা থবক্নি।

—তম্নী য়াদে, লাক্কনি, লাক্কনি!

—কবি অঙাংনোহে মসিমা! ইতুংদা কোয়ইন-ইন্নদুনা লৈ। থবক্কা অমত্তা চনীং তানা তৌবা ঙমদে। মিলদা চৎলে ইন্নে, কৈথেন্দা চৎলে ইন্নে, য়াবোই লৈহৌ!

—য়াদে, য়াদে, লাক্কনি।

পাম্থোই পেবি-পেবি মখজাই অনীদু ঙাঙশং-ঙাঙনা ফনেক মচা অমা শেৎপোৎ চিংবোই তৌদুনা চেন-চেন্দুনা মমাগী মতুং ইন্নবকই। রমনি খোঙ থাংদোকপা ঙমত্রমান্নি, ওনশিন্দুনা কোম্থোং ময়াদা নীংগাঙননা ফমদুনা মীৎলু পিবাং শিম্বুনা মচাগী লাইবক্তা নানবীদুনা থেন্নকই,

—ইমাগী ইবেম্মা, নঙ ঙসিদি ইমাগী তুং ইন্নক্নু। ইমা থুনা নঙবু লৌবা লাক্কনি। নুমীৎসু তাশিন্নকদৌবে। বোবোক্কা লৈহৌখো, মমা থেঙথ্রে!

পাম্থোই য়াবা কৌবা লৈখিদ্রে। মমাগী তুং ইনগনি হায়দুনা ক্রং ক্রং চোংদুনা কপ্তুনা লৈবে। বমনি তৌফম খঙদে, মচাবু অমুক চৈহৎলি,

—কবিনোহে, মসিগী অঙাংসিমা, লাই হেক য়াওই। ফনসু মচাওবে। মমান-মমান্নবদি কেজি তম্মগ্রবনি। অদুগা মানা 'সুম নাওদে শাদুনতা লৈ।

মমা-মচা লাউনবা তাদুনা পাকপি থোক্লকই।

—কবিনো, য়ুম লৈত্রদৌনা নমা-নচানা কোল্লোংদুদা তৌনবিদুনা ?

—ইমা, পাল্লোইসি অমুক্তা খামহৌসে। ঐ থবক অমত্তা চৎলুখিগে !

বমনিনা হৌগৎতুনা হায়খিবনি। পাল্লোইনা তাঞ্জাদু লৌদুনা 'য়াদে, য়াদে' হায়দুনা কপতুনা শোবোকলোমদা চেল্লোকখি। বমনিনা পবপ-পবপ তান্নদুনা মাবু খুদাং পায়দুনা খামই। মবজাইদা খুবাক্না 'সেৎ, সেৎ' অনীবক থাই।

—মসি য়াম্না লম হেনবা শাই ! হেনখোদনা নঙ !

পাকপিনা চেনশিল্লক্তুনা বমনিদগী মশূবু মুল্লী।

—কবিনোহে নঙসু, অঙাংদবু অদুক কন্না ?

—মসিগী মনীংঙাইসিদবু কনানা খাঙবা ঙমগদৌবিবনো ?

বমনিনা কপ্লি-কপ্লি শাউবংননা খুল্লকপানি। পাকপিনা মশূবু পমখৎতুনা ওক্লকই,

—ফবে তোক্রোসে ! কনাগীদনো নঙনা চৎলুগে হায়বিববো ? ইহে, ইকাউবু কাউই, নঙগী পাঙল উনজা য়াইমা হায়ব্রা, ঙসাই নুংথিল লাক্লম্বনি। নঙগা শেলগী হিসাব শেংদোক্লগদবা লৈ হায়বম্বনি।

—ঔ, অদুগীনি ! মমাঙ লৈকাইগী ইনম্মা চাউবীগা হান্না অমুক্তা পাথোক্লকখিগে তৌবনি।

বমনি লক্কক তৌনা তনখুম খুন্নম্লগা মমায় লৈথোক্তুনা থুনা চৎখি। পাল্লোই মবোক্কী পাম্নোমনুংদা মমা কৌদুনা কপ্তুনা লৈর্হৌই।

*

ইন্দুবালা পাল্লোইগী মীৎলুদা মশা খঙদনা থাংলক্লিবা পিদুদা য়েংদুনা লংনবকই,

—ইনম্মা, নঙসিদি কো, 'লিল্লা-কা য়াওববদি য়াম্না পান্নিবো ! কপচেৎপী শাবদদি নঙমুক পকচবা য়াওবোই। শোয়দনা ত্রেজিদি ক্যুইন তানিবো !

পাল্লোই মখুৎনা মমীৎ অনীদু হাইফেৎ তৈথোক্তুনা নোক্লিংদবা মীনোক অমগা লোয়ননা ইন্দুবালাদা য়েংলকই।

—মাঙদদুম য়েংউ ! খুদি থীজনি।

মখোয় অনীনা ইন্দুবালাখোয়গী ইমুংদা চঙলকপা মতমদা ইন্দুবালাগী মমা বল্লোনি বুর্কা উপ্পী নুপী অমগা ফম্মীন্নদুনা বাবী শান্নদুনা লৈবমই। মখোয় অনীবু

উবদা মখোয় অনীমক তুমিন-তুমিন লৈনখি। নুপীদুনদি ফিজং মকমদগী পাম্লোইদা মুন্না য়েংলকই। মদু উবদা পাম্লোই চিংনবা অমা য়াওবকপগুম খোঙথাং লেপকক তৌই। বম্বোনিদা ওনশিন্দুনা হংই,

—নেনে, কবি তাকপিদোইনো ?

—অসিদা ফন্নো লাও ! নেনেনা নঙোন্দা বা অমত্তা হায়গে কৌবনি।

বম্বোনিনা খুন্নকপনি। পাম্লোইনা 'য়ানি নেনে' হায়দুনা মখোয়গা মায়োক্না থাবিবা চৌক্রিদুদা ফমখে। বম্বোনি মঙোন্দা হম্বপ য়েংলন্নগা খোঞ্জেল থোংথদুনা হায়বকই,

—ইবেম্মা পাম্লোই, নুপী ওইবী ঐখোয়গী খোঙথাং অসি য়াম্না লুপ্রে। খোঙথাং অমনা স্বর্গ য়ৌহল্লী, খোঙথাং অমনা নবক্তা তাহল্লী। ঐখোয়গী খোঙথাংদা অশোয়বা অমত্তং ফংখিবদা নত্তগা লান্না উখিবদা মদুবু সমাজনা হেন্না পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা ঐখোয়বু পাডথোকপি। ফত্তবী, লমচৎ নাইদবী তাহন্দুনা নমদুনা পুন্সিবু লৈখাদা চিংথবী। অদুবু পাম্লোই, সমাজনা ফত্তে, লমচৎ নাইদ্রে হায়বিবা খুদীংমক্তি অচুম্বা নত্তে। মখোয়গী মনুংদা লাঞ্জদবী, চমজববী, ফিভম্না নমদুনা লৈখা তাহনখিবী কয়াসু য়াওদবদি নত্তে।

—নেনেনা হায়বীনিংলিবসিবু কবিনো ?

পাম্লোইনা ওকচায়না মরক থংলকপনি। বম্বোনি মাগী নাকন্দা ফন্নিবী বুর্কা উপ্লীদুদা হাইফেৎ য়েংলন্নগা মখা তাবকই,

—য়েংউ, ঐগী নাক্তা ফন্নিবী নুপীসি ! সমাজনা নমদুনা লমহেনবী, লমচৎ নাইদবী তাহনব্রবী, সমাজগী চৎনবীগী পললা বাংমনখিবনা মবুকথোক্কী মচা ফাওবা লৌশিন্দুনা য়োকচবা ওর্মাখিব্রবী, লন্নানবী তাব্রবী নহাক্কী নমাদুনি। নহাক্কী লুহোংবগী পাউ তাদুনা নহাকপু য়াইফ-মঙ্গোল পীকগে হায়দুনা লাক্লিবনি।

পাম্লোইগী মায়থোংদা অশাউবা অমদি খাঙওমদবগী মমি তারকই। মহাক মমাদা মমীৎ কুপ্তনা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। মদু উবদা রম্বোনি মখা তাবা ওমদনা পাম্লোইদা অমুক রমনিদা অমুক য়েংদুনা লৈ। রমনিদি মমায় হাইগৎপা ওমদনা লুকথদুনা লৈপ্রে। ইন্দুবালা মমীৎনা ক্রোক ক্রোক ওৎতুনা মমামদুদা ফল্লপ-ফল্লপ য়েংলন্নগা মপান থোকখি। ভাইহাক তুমিন্না লৈনরবা মতুংদা পাম্লোইনা মায়থোং মকশিল্লপ তৌনা রম্বোনিদা ওনশিন্দুনা হায়রকই,

—নেনে, ঐ চৎত্রগেদা ! পুপু অমদি অবোক্লা পীবীবা ম্নাইফ-মঙ্গোলদগী হেনবা কবি অমুক লৈবিবগে ? অদুগীসু মথক্তা নেনেখোয়, মামোখোয় ময়াম লৈবি। ঐগী কবিসু ৱাংত্তে। ঐ মীতোপ কনাদগীসু ম্নাইফ-মঙ্গোল পামজদে।

মহাক হৌগৎতুনা মমায় লৈথোক্লকই। রঙ্খোনিনা মাবু খামদুনা হায়বকই,

—ঙাইখো ইবেম্মা, নঙনা নমাবু ৱাবৌবদু চুমই। ৱাবৌফম থোকই। অদুবু ইমা হায়বসিদি ইমানি। সংসারদা অনী শুদবনি। মমা-মচাগী মবীদগী হেন্না কনবা মবীসু লৈতবনি। মরীদুননি ঙসি শাগে-জাৎ ওনত্রবী, লম্লানবী ওইত্রবী নমাসিনা মাবু তাথিগ্রবা মফম অসিদা লাকপা ঙম্লিবসি। অদুগা অমরোমদা মশামক্কী ঈমক ওইবিবা নপাদুনদি ঙসি ফাওবগী মনুংদা নোংমত্তসু মচা লৈবি হায়বা নীংশিংলদ্রিবনি।

অদুবু পেন্দবা অমদি নীঙমদবগী মৈবিনা কনমনখিবনা রঙ্খোনিগী ৱাহৈশিংদুনা পাঙ্খোইগী থম্মোয়বু পেৎহনবা ঙমখিদ্রে। ৱাবৌজবতনা পিবাং থাংহন্নবা মীৎস্না অনীদুনা মমাবু শূকথনা য়েংদুনা হায়বকই,

—নেনে, ঐসু নূপীনি। নূপীগী থম্মোয় পানবীনি। নুংঙাইবা-অৱাবা, পেন্দবা-ইকাইবা, নুংশিবা, কপ্পা-নোকপা পুম্নমক্কী মচাক ঐগী থম্মোয়দসু ম্নাওবি। ঙসি ফাওবা মখোয়বু মফম মতম চানা শিজীন্নদুনা লাক্লিবনি। অদুনা ঐ ৱাবৌদে। লম্লানবী অমদা ঐগী ৱারৌবগী হকসু লৈতে। ঐগীদি পলেম-পঙ্খৌ শক্লবা ইথৌ অবোক অমদি নেনেখোয় ময়াম লৈবিসিনি। ময়ামসিগী থৌজালননি ঐনা ঙসি ফাওবা হিংবা ঙমজবিবসি। হৌজিক ঐনা দরকাব ওইবিবসু মখোয়গী থৌজালতনি। ঐবু ৱা মথা তাহনবীবনু! ঐ চৎলগে, নেনে !

পঙ্খোই মখোঙ থাংদোকপা হৌবকই। রঙ্খোনি মাবু খাম্না ওম্নগী থৌনা লোইত্রবগুম তুমিন্না য়েংদুনা লৈত্রে। ওইবক্লিবা ফিভমদুদা রমনি তুমিন্না খাঙদুনা লৈবা ঙম্লক্রে। বুকা লৌথোক্নুনা পিবোইনবা খোঙ্খোক্লা পাঙ্খোইবু খাম্লক্রে।

—পাঙ্খোই, ইমাগী ইবেম্মা, অমুক্তা ঙাইখো !

পাঙ্খোই খোঙথাং লেপকক তৌই। রমনিনা পঙ্গদনা মথা তারকই,

—নঙনা হায়বা চুমই। নঙবু পোকচবী নমা-ঐসে ঙসিদি নঙগী নকমদা লম্লানবী, মীতোপ ওইরে। ইমা লানখি। পুক্লীংগী ঈথিল অমদি অশাউববু ফাথবা ঙমখিদবদগী নহাক্কী নফমদা হায়নীংঙাই লৈতনা লানখি। অদুবু পুন্সিদা অসুম্না ওইরক্কনি হায়বসিদি কৈদৌনুংদা খনখিবা নত্তে। ইমা নঙনা খল্লিবদু খঙদবা নত্তে। ঐ নঙবু অমুক হন্না নশক থীহল্লোই। ঐনা ঙসি লাক্লিবসিদি নঙনা অতোপ্পা

য়ূম্নাক-শাগৈ অমদা তিল্লমদাই মতমসিদা ইমানা নঙগী নফমদা লঙজখিবা ইবালসি কোকপিবম্নবা হায়জকপগে, ইমানা ঙমজবা ইচাগী খুদোল খবদসু তম্নুগে হায়বগীদমক্তনি। ইমাগী পাম্ছোই, ইবেম্মা নহাক ঐবু 'ইমা' হায়না অমুক্তদি কৌবমউ। মদুনা ঐগী ইপাপ পূম্নমক কোকপা ওইজহৌবগে ?

—ওক্কে তোক্কো ! নঙগী তৌশিন্নবা নতাংতু ঐ তানীংদ্রে। ঐ হৌজিক নঙোন্দগী খুদোলপোং অমত্তা পামদে। নহাক চংশ্রো ! ঐবু অমুক হন্না লমচং নাইদবীগী মচা তাহনবীবনু। ঐ নহাক্কা ওনশিন্নদুনা ৱাৱী শান্নবা পামদে।

পাম্ছোইনা লেপ্পুনা খুম্নকপনি। ফনমক মবাল লংজখিদুনসু চহী কয়া উঙস্লক্রবা মচাদুবু অহানবা উবমক্তদা মচাদুমক্কী চীম্বালদগী অসিগুম্বা মীচৈ অসি তাবদা কবম্বা মমানা থম্মোয় পুবা ঙমগনি ? পাম্ছোইগী মীচৈদুনা বমনিগী থম্মোয়বু মচেং তানা কায়হনখ্রে। থম্মোয় ফুক্লবা পিবোইনবা খোম্ছোক্লা খুম্নকলে,

—চৈয়ু, নচীন্দু পেন্নবা চৈয়ু ঐবু। মদুতনা ঐগীদি মতীক চাবনি। অদুবু নহাক ঐগী ৱাসিতদি তাবগা চংখো ! ফনমক নফমদা লানখিদুনসু ঐ লমচং নাইদবী অমদি ওইখিদে। নঙসু খঙউ, ঐখোয়গী সমাজগী নুপীশিংগী লাইবক্তি নুপাতনা লেপ্পী। মখোয়গী মীৎয়েংতনা নুপীবু সতি ওইহনবা ঙমই, নোবোক্কী কোমদা লংথবসু ঙমই। অদুগুম্বা সমাজ অদুননি ঐবু লমচং নাইদবী তাহনখিবা। নুপী কনাসু মপুন্সিদা মমং অনী শুনীংদে। লাইববা ওইসনু, ইনাকখুনবা ওইসনু, হবানবা, মীহাৎপসু ওইসনু, নুপী ওইবী খুদিংমক্না মপুবোইববু মাগীতা ওইজনীংই। মপুবোইবগী থৌজালগী মীৎয়েংতনা মহাক্কী অপেনবা ওইজে। মসি নঙসু খঙলকখিগনি। নহাক পোক্লবা মতুং ইকুই-কুইদনা নহাক্কী নপাদুনা অতোপ্পা নুপী অমবু অতোম্বী ওইনা য়ূমদা পুশিল্লকখি। মদুগী মতুংদা নপাগী মফমদা লৈবম্বা ঐগী হক পুম্নমক নমাতোম্বীদুনা লোইনা মুনখিবগুম তৌখি। মতম পুম্নমক্তা মহাক নমাতোম্বীগী মনাক্তদা লৈখি। ঐগা নোংমতসু ওনশিন্নদুনা ৱাৱী শান্নবগী তাঞ্জা ফাওবা পীখিদে। ঐহাক হায়নীংঙাই লৈতনা নীংবা কায়খি। অদুবু ইবাইবক্কীনি খন্দুনা ঐ খাঙদুনা লৈবা ঙমখি। মথং চহী ওল্লকপদা নমাতোম্বীদুসু মচানুপী অমা পোকখি। মদুগী মতুংদগীদি ইমুংদুদা ঐগী ফিভম করিনো হায়বা ঐ খঙখিদ্রে। মদু ফাওবা ঐ খাঙখি, ইশাগী ইজ্জৎ অমদি নহাক্কীদমক খন্দুনা। অদুবু নুমীৎতুদি ঐ খাঙবা ঙমখিদে, তলেংনা ঐ ঙমখিদে।

লেপকক তৌদুনা রমনি মাগী মীৎলুদগী শিঙ্বক্লিবা পিদু ফিজি চিংখৎতুনা তৈথোকখি। অদুগা মখা অমুক তারকই,

–ঐনা ৱানা নুংশা মবক্তা লৌ-কাবকপা মতমদা নমাতোন্না ননাওনুপীদু পমদুনা মাঙ্গোল থোঙজীল ময়াদা মখুৎতা চৈ অমা পাযদুনা পীক্লিবী নঙবু চৈব-চৈবদুনা ফুবমই। নঙনা 'ইমা, ইমা' কৌদুনা লৈমায়দা থবো-থবো ওন্দুনা কপ্লমই। ঐনা চেনশিন্দুনা নঙবু চিংথোক্তুনা কন্নখি। ঐনা নঙবু ফুবগী মবম হংবদা কবিসু নত্তবদা নঙনা ননাওনুপীদুগী মখুৎতগী অচাপোৎ মুন্দুনা চাকই হায়বগী ওইবমই। মদুদা শাউনীংমন্দুনা ঐহাক মহাক্তা ওনশিন্নদুনা কন্না খৎনখি। ঐনা শ্বাইদগী নীংবা কায়খিবা, যুমদু থাদোক্তুনা চৎপা ঙমখিবদি, ৱাথোক্তুগী অচুম-অবান অমত্তা থিদনা নপাদুনা নমাতোম্বীগী মীচঙ চঙদুনা ঐবু অবানবা তাহন্দুনা তমথীনা ফুবকখিবা অদুদনি। মদুদা থম্মোয়দা অশীংনবা অমা য়াওদুনা ঐ ইপামদা লাকখি। ঐনা যুমদু থাদোক্তুনা চৎপা তাববা মতমদুদা পীক্লিবী নঙগীদমক খনবদা ঐনা কয়াদা কপচখিবা, কয়াদা ৱাজখিবা! নঙনা যুমদুদা লৈহৌবদা তাহৌগদবা দশাদুগী খল্লুবদা ইমানা নঙবু পুদুনা লাকখিবনি। অদুবু থম্মোয়দদি খনখি, মহাক শোয়দনা লাকখিনি, নঙবু লৌবখিনি। অদুবু মহাক লাকখিদে, শুংলাক লাকখিদে। ঐবু অমদি মচাবু কাউখি। মদুদা ঐগী থম্মোয়না মাবু অমুক নৌহৌনা শীংনবকখি। অদুগা নঙদি খঙলমলোই, ঐনা পাঙল য়াইমদা যুম পাল্লবা মতুংদা অনীবক ঐথোয় নঙবু লৌবা লাকখি। অদুবু জাৎ-বীজাৎ, অমাং-অশেংগী মকমদা ইমা পাবুং অমদি ইবুং-ইশ্বাশিংনা ঐঙোন্দা য়েংলম্না মীৎয়েংদুদা ঐ যুমদা খোঙ থাংজীল্লকপা ঙমখিদে। অদুবু তাঞ্জা হেক ফংবগা নঙবু লৌবনবা হোৎনবদি লেপখিদে। নঙগী পাউ লেপ্তুনা লৌখি। লাইবক থীবদি, মহাক মতম কুইনা হিংলমদ্রে। এক্সিদেন্ট অমদগী মতম খবা নাবল্লবা মতুংদা ঐ অমদি পীক্লিবা মচা অনীবু হন্দোক্লমদুনা সংসাব থাদোকখ্রে। অদুম ওইনমক, মানা ঐবু নুংশিনা তৌবীবম্বগী পেঞ্জখিবদুদি ঙসি ফাওবা ঐগী থম্মোয়দগী মাঙদ্রি। কবিগুম্বা ঐনা লমচৎ নাইদবী, হকচাংগী পেন্নবতা খনবী ওইবল্লবদি ঙসি ঐহাক মাগী যুমদা লৈবমখিগদ্রা ? মফমসিদা লাক্তুনা নমাঙদা লেপ্পবা ঙল্লমখিগদ্রা ? অদুবু ঐ ঙসি নঙগী নফমদা মাযথীবে। ঐ ইশানা য়াবে। ইমা নঙবু খাল্লবোই। নঙ চৎলো! পুন্সিদা নুংঙাই য়াইফনা পাল্লকউ!

বমনি হীক্ল-হীক্লা কপ্তুনা চৎননবা শেম শাবকই। অদুবু মহাক্কী শেংলবা থম্মোয়গী কাচিন্দগী চীম্বাল ফাওনা থোক্লকপা মক্তুবা ৱাহৈশিংদুনা পাছোইগী নুঙ ওল্লল্লবা থম্মোয়বুদি মহী চেলহনখ্রে। মদুতা নত্তনা মতম কুইনদগী ঙাইদুনতা লাক্লবা মাগী থম্মোয়গী পামজবা ৱাহংগী পাউখুমদুসু পীখ্রে। পাছোই মমায় লৈশিল্লক্তুনা হীক্লবা খোঞ্জেলনা মমাবু কৌবক্রে, 'ইমা !'

কয়াদা শক্তি লৈত্ত্রবা ৱাহৈনো 'ইমা' ? ৱাহৈসিনা বমনিগী মচেৎ তাবল্লবা থম্মোয়বু খুদক্তা তাইশিন্নহনখ্রে। পাম্বোম ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা 'ইমাগী ইবেম্মা' কৌদুনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লে। পাছোইস্‌ চেনশিল্লক্কুনা মমাগী মথানুংদা মমায় লোত্তুনা কপ্লরে। সংসাব পুম্নমকপু কাউথোক্কুনা নুংশিনবগী লীপুন্না পুন্দুনা মমা-মচা পেন্না কপমীন্নখ্রে। অসিগুম্বা মমা-মচাগী লীপুন অসিবু সংসাবগী কবম্বা ধর্ম্ম, জাৎ-বীজাৎ খেন্নবগী লীচিংনা থদৎপা ওমগনি ? মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা বঞ্চোনিসু মীৎলু নাপোম ঈহৌবক্লে। মীকুপ খবগী মমাগুদা পেন্নদবা, উংখৎনবতনা থল্লল্লবা মফমদু নুংশিবতনা থল্লবা খোয়থুম্নববা মফম ওইখ্রে।

বমনি মাগী বেগতগী সনা খুদোপ অমা লৌথোক্কুনা পাছোইগী মখুৎতা শিজীনবীবে। অদুগা মচাগী মীৎলুগী পিদু তৈথোকপিদুনা হায়বকই,

—ইমানা নঙগীদমক শাবকপা খুদোপ্পী। ইমা নহাক্কী লুহোংবা য়াওবদি য়াববোইই। অদুবু ইচানা লান্দবমক্তা ওইববদি নপুবোইবনা নপুঙ্গি চুপ্পা ননাক্তা লেঙদনা লৈবা ওইসনুকো !

পাছোই পিবাংনা চোৎলবা মমীৎ অনীদুনা মমাবু চিংনা য়েংজবা নত্তনা ৱাহৈ অমত্তসু হায়খিদ্রে। বমনিনা শেলগী মযোম অমা অমুক পুথোক্লক্কুনা পাছোইগী মখুত্তা পায়হন্দুনা মখা তাবকই,

—ইচাগীদমক লৈখিদ্রবা নপাদুগা ঐখোয় অনীনা মতম শাংনা বেঙ্কতা তুংশিন্দুনা থল্লকপনি। নঙোন্দা শিন্নববনি। লৌশিল্লু 'সি।

পাছোই পাউখুমগী মহুত্তা মমাগী মখুত্তা হন্ন-হন্না চুপ্তুনা থম্মোয়দা লৈবম্বা অমকপা ৱাখল পুম্নমক চামথোকচখ্রে। হায়বকই,

—ইমা, নঙসে ওহোক্লসু লাইবক থীদকো !

বমনিনা পাছোইগী মকোক্তা নাছবীদুনা খুম্লকই,

—ইমাগী ইবেম্মা, ইমা লাইবক থীদে। লুখ্রাবী ওইজববসু ইমাগী কবিসু ৱাত্তে। নহাক লৈবি। নবাদা নৌপ্পা অমা, ননাও অমা অদুগা ইচেনা পোক্লম্বা নবুং অমসু ইচাও চাউনা লৈবি। মখোয়না ঐবু নুংঙাইনা থল্লি।

তাঞ্জাসিদা ইন্দুবালা চেনশিল্লক্কুনা হায়বে,

—ইমা, অবোক্লা ইনম্মা পাছোইবু হংহৌবি !

বঞ্চোনি মপি তৈথোক্কুনা হৌগৎলকই।

—বমনি, নঙ কুইথবনু। ইমা লাক্লবনি ফববোহি। চৎনবা তৌবো। ইবেন্মা পাম্বোহি, ইমাবু থাদোকখ্রো !

বমনিনা অবোহিবা ওইনা পাম্বোহিগী লাইবক্তা চুপ্তুনা হায়বকই,

—ইমা চৎলগে। নকোক ফাওবা চিক্তনা ননেম-নকু, নপুবোহিবগী সেবা মতোল লোম্না তৌবকউকো !

বমনি বুর্কা উপশিনখ্রে। বম্বোনিদা ওনশিন্দুনা 'ইনন্মা চৎলগে' হায়বল্লগা বাখলনা লূমথববা মখোঙ অনীদু তপ্ন-তপ্না থাংদুনা ইমুংদগী থোকখ্রে। পাম্বোহি থোঙবাদা ভাদুনা মমানা চৎখিবা মায়গেদা মীৎয়েংগী ওমখে লানদ্রিফাওবা মুন্না য়েংদুনা লেপহৌহি। মাগী থম্মোয়দা লৈবম্বা অহাঙবা মফমদু নুংশিবতনা থল্লবা মফম ওইখ্রে ওসিদি।



# কৈথেল শন

হন্দক মবক মনিজাওনা মথবায় নুংঙাইহিত্রিবসি মাগী ফজত্রবা শনবী জবসিদুনা পোকপা থা ফাবতা ঙায়বিবা মচা কৈন্যাদুগা নুংথিল পোবোপ্তা পূন্না মাঙমীন্নখিবগীনি। মতমদু নুমীৎ য়ুংবা মতুং পূং অনীবোম তাবকপদনি। মানা শেন্নদুনা মমা মচাবু মখোয়গী মমাঙগী শোবোক মপান্দা হৌবা নাপী-শীঙবি পীজবনি। মঙকশমদা কোনথৌবি অমসু তেন্না য়ানখি। মদু মানা শন্দুগী লমহেনবা, ইঙাও-ঙাওশিন্নবা শাজৎ অমা লৈ হায়দুনা তৌবনি। পীক্লিঙৈদদি মদুনা থোইনা হেন্না মাবু নুংশিনবগী মবমবু ওইখিবনি। তাঞ্জাদু মহাক মখোঙ খংহাম হান্নীংলকপদগী খাঙবা ঙমত্রদুনা শন্দু শঙ্গোলদা পুশিল্লদুনা নংদনা মনীংগী অমাংশঙদা চঙলুবনি। অদুদগী থোক্লকপদা শনবী মমা-মচাদু লৈবমদবনি। মিনিৎ তরামঙাবোমগী মতমদনি কান্নবা। অদুবু শন্দু থিবা মাবা থিবদা ফংখিদ্রে। মাঙত্রে। মহাক য়াম্নসু ঙকখি। মতমসিদবু শন হবানবকা হায়বদু লৈবমখিগদ্রা ? মহাক মদু য়ৌনা খনবা ঙমদে, থাজদে। অদুনা পুলিসতা পাউ পীখিদে। অমবোমদা মহাক্না শন্দুদা তাথী-তাওইনা, ফূ-চৈবা তৌদুনা লৈনীংদনবা তৌখিবসু লৈতে। ফূবদি লায়বদুনা শীকপগা-নানবগা অমুক্তোইবা লুনা তৌজত্রবনি। মহৌশাদগীসু মনিজাও শন য়াম্না লোইবদা, শন-শঙ্গোল নান্না থম্বদা, শনগী শাজৎ-লীচৎ, পাবী-পুরী খঙনা লোইবদা লৈকাইদা মমিং চৎলক্লিবনি। ময়াম্না মঙোন্দা পীবা শন-মনি মিংথোল কোকত্রিবনি। হৌজিক্তবু চহী অহল ওইশিল্লকপগা, ইমুংদা মীবোলনা লৈবক্তবগা শন সেবা ঙম্নক্তদুনা শূপ্নগী শনবী অমদুতং লোয়খিবগী বাতনি। অদুনা মায়কৈ অসোমদদি মঙোন্দা চিংনবা অমত্তা লৈতে। অদুবু মথবায় নুংঙাইখিদবদগী শন মাঙখিবা মতুংদগী মহাক শন লোইবা পুবা তোকত্রে। শন লোইখিদ্রে।

*

থা তকক্কী মতুংনি। নোংমা মনিজাওনা মাগী মকপ-অনীগা লোয়ননা মচন্নুপীগী মচানুপী লুহোংবগী অউনপোৎ লৈবা ইম্ফাল কাবকই। মখোয়না অবাং দুকানলোমদা টেলিভিজন, রাছিং-মেছিন্নচিংবা য়েংন-য়েংনা খুয়াথোং তাবা লম্বীদা লাকপদা কষ্টুবি থোং মপাদগী অবাংলোমদা ফুৎ য়াঙ্খেমুক লাপ্না চেক্রা খাজিন্দুনা লৈবিবা ফন্ত-হাওথী লংথোকফমদুদা কামগাম চাওববা শন্নাও অমনা ফন্ত-হাওথী, চগুম-চনাইদু চাদুনা লৈবম্না মনিজাওনা লাপ্তুক উই। মহাক শ্বাই লাওই। থিদ্ধদনা শন্দুগী মনাক্তা পবপ-পবপ চঙশিন্নী। মনাক্তা মমাদুসু য়েৎথংবা খুদুংদা শোকপদগী তীন-থোংদুনা হৌগৎ-কাঙবৎপা ঙমদনা লৈবমই। শনবীদুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলকই। মহাক ঙকই, 'কবম্না অসুক লাপ্না চৎতুনা মমা-মচানা মফম অসিদা লৈবন্নিবনো ?' শন্দুগী মীৎয়েংদু মহাক খঙই। মহাক বাবে, য়ুমদা পুবিবো হায়বিবনি। মনিজাও মমীত্তগী মপি তাখিবা খঙহৌদে। তাঙ্গাদুদা মাগা লাকমীন্নবা মকপ অনীদুসু মফমদুদা চঙলক্নুনা য়েংলবে। মখোয়নসু শন্দু মনিজাওগী শন্নী হায়বা খঙলে। মনিজাওদি অউনপোৎ লৈবগী বাখল কাউপ্রে। শন্দুগী বাখলদা লুপপ্রে। 'কবম্না মমা-মচাসি য়ুমদা পুসিগে ?' অদুবু শনবীদুগী মখোঙগী অনাবগী ফিভমদু য়াম্না ফৎলমদ্রে। পুনবা হোৎনবদা অবাবা ওইবে। মকপ অনীদুনসু শনবীদু পুবা ফববোই হায়দুনা মাবু কন্না থেন্নে। অদুনা মচাদুদং অউনপোৎ হাপ্না মিনি টাটাদুদা পুদুনা হল্লক্রে।

মতম কুইনা ময়ুম থাদোক্নুনা মাঙলুবগা, মমা য়াওদনা য়োকপগা মনিজাওনা শন্দু ওক্লোক্না লুনা তৌজপ্রে। শনগী সেবাদা মপান থোকপা ঙমদ্রে। অয়ুক্কী নুংথিলগী নুমিদাংগী শীকপগা নানবগা, ইকজবীবগা, শজীক ফানবগা, থাউথী তীঙবগা-চাইবগা, দানা থোংবগা ভাইহাক্তা পোথাদে। নুংশিমনবদগী শন্দুগী মমিংসু ললিতা থোন্নে। অদুবু অবাবদি অদুক কন্না মানা হোৎনজবদু শন্দুনা কবিমত্তা নাচুংবীদবা মচীঙাকশিংদু থৌওইনা চবীদবদুনি। মবুক লামদ-লান্নকপা মতমদা 'চপ, চপ' তৌদুনা মচিন্না বাগোসতা য়াওবা নাপী-শীঙবি খরা উন্নোই-শায়বোই তৈবন্নগা হেক্তা কুনখি। অদুনা শন্দু নোংম-নোংমগী অসুম-অসুম শোঙ্কবক্রে। অদুবু অঙকপা অমদি মনিজাওনা মাগী মতৌদুদা নুংঙাইমন্দনা শজোলদগী ভাইহাক পুথোক্নুনা শোবোক মপান্দা হৌবা অশং-অমান, নাপী-শীঙবি পীজনবা হোৎনরুবদা, মদুদি চাদনা নমদুনা য়ুমলোন কৈবোন্নবগী, শুমাঙ-মাজোলদা লৈবা ঙা-চাক নত্ত্রগা মনীং-মহাদা চঙদুনা লুখাককোমগী চগুম-চনাই, ফন্ত-হাওথী চানবা হোৎনবা অদুনি। অদুনা মনিজাও লৈকাই মমাংদা চোন্না, ইকাইবা নংদুনা তেকই।

লৈকায়নসু শন অঙাওবীসি লোইবনু, য়োছোকশ্রো হায়দুনা লংনবীবকই। অদুবু মহাক শন্দু য়োনগে হায়বগী বাখলদি অমুত্তা খল্লুবা ঙমদে। ফনা বাববসু, ফনা খোছী চাববসু শন্দুগী নুংশিবগী লীচিং থদংপা ঙমদে। অদুগীসু মথক্তা শন-মনি হায়না লৈবাক্ন শকখঙনবিবা মাগী মিংচং ককিসু লৈত্রবা শন্নাউ অসিগী হাক্তক্তা লৈখা তাহনবা হৌনদে হায়না খল্লি। য়োনবা অববসু অমুক্তং মশা বীং-বীং লাউনা নোয়হন্নগা চাদা-নাওদাবা য়ারকপা মতমদা য়োনগে খল্লী। অদুনা মহাক শন্দু কবি পীজবগা নোয়হনসিগে, কবন্মা মাগী হৈনবী, শাজংসি হোংহনসিগে হায়না কৃপ্না বাখল তৌবক্নে। মতম খবা বাববসু বানা মাগী বাখলদা ফাওবকপা পবিং অমদা শন-সেবা চংথবা হৌবক্নে।

শন্দু শঙ্গোলদগী থোকপা ঙমদনবা থদংপা বাগদবা কোনথৌবী অকনবা অমনা ফুকপা ঙমলোইদবা উচুক অমদা চেংনা পুন্দুনা থন্নে। শঙ্গোলগী থোঙগী পৌবোন শনৈবী বা অবিবনা শিন্নে। অয়ূক নুংখিলদা মচীঞ্জাক কা হেন্না পীজদে। সধাবন শন্দা পীজনবা চনা-চনাই খবা শাংন-শাংনা কক্কা বাগোসতা হাপ্তুনা থমই। থাওথী মহী খবা চাইশিল্লী। থোইদোক্না থৌ-বা শাদবগী মতৌনি। অদুগা নুংখিল মমৈ হেক ওইহবকপদগী অনৌবা মওং অমদা অকনবা শন-সেবা হৌবকই। দানা থোংগংলি। মহৌশাগী চেংকুপ বাইকুপ, কেবী মকোক অঙাঙবা অবীবা খবা চাউশোই শোইবগা হাপ্পা অদুগুম্বা দানা নত্তে। কেবী ওইহবসু ফজবা ফুলনি। চাক চঙীক নক্তগা চেঙ-হবাই ফজনা, হাপ্পী। মনম নুংশিনবা মচাক, ফদিগোম-পাখোন্নচিংবসু থাকই। কবিগুম্বা মতমদা ভাগী মকোক-মক হাপ্পসু য়াওই। য়াম্না মুন্না থোংদে, হাফ বোইলনি। মদু পীজববা মতুংদা অমুক কেবী মনা, কেবী লৈ, হঙ্গাম মপুল, চুজাক, হবাই অশাংবী, পোংহবাই অসিনচিংবা মতম-মতমগী য়েনশাং-নাপী য়াম্নদুনা পীজে। থাওথী চাইদে। মদুগী মহুত্তা মবক মবক্তা ভিটামিন মহী, য়ুগেদাইন্নচিংবা চাইবী। মদুদদি শন্দুনা চীঞ্জাকশিংদু য়াম্না পাম্না চাবে। খঙদে, কবি লাইনবু ইনশিল্লক্তুনা কন্দাইদগী ফাওবক্লিবা বাখন্নো ! অদুবু মনিজাওগী হোৎনজমন্দী মহয় য়াক্লে।

থা অহুম শুবকপদদি শন্দু হম-হম লাউনা নোয়বক্নে। চাউবসু খংহেন হেনগংপগুম তৌবে। অদুদগীদি মনিজাওনা শনগী মচীঞ্জাক তপ্র-তপ্না হোংবা হৌবকই। বাগোসতা নাপী অশংবা, অচৌবা খবা-খন্না য়ানবা হৌবকই। অহানবদা শন্দুনা চাবা খবা বাৎলন্নবসু ভিটামিন, য়ুগেদাইন হাপ্পগী চাং হোংদোক-হোংজিন খবা তৌদুনা শান্নবদগীদি ফজনা চাবক্নে। থা তরুক শুবকপদদি শন্দু সধাবন শন্না চাবা চীঞ্জাক্কা চপ মান্ননা পীজবা য়াবক্নে। মশা ইন্নকপা মতমগা ওইহবকপগা, পাবী-পুবীগী মরী-মথোঙনগা শেংবগা য়েংবদা ফজবগী মপা লৈবক্তে। মনিজাও হবাওবগী ঙমখৈ লৈত্রে। শন

সেবাগী অৱাবা পুম্নমক কাওখ্রে। থম্মোয়দা শন্না মাবু লাকচবা য়াত্রা, মাগুম্বা কবিসু লৈতবা শন অমনা মনিজাওগী মগুন তাহনবা ওস্লা খন্দুনা নাপল তৌজবে।

হৌজিক্তি মনিজাও শন্দু থাজ-য়োঙ্গবগী ৱাখল তৌবক্রে। চাদা-নাওদাবা য়াবা মতাং লান্নবা ফাওবা ফাজিন্দুনা থম্বা ধর্ম্ম থোক্লে, মচা কাপ্পুবকসু মদুগী সেবা মহাক ওস্নবোই খল্লক্রে। অদুনা থুনমক মাগী মৰূপ মপাংশিংদা শন য়োনবগী পাউ শন্দোকখ্রে।

মহৌশাদি মনিজাওনা শন য়োল্লিদা তাবদা লৈবাক তাহৌদবনি। মমল হুন্নদবনি। অদুবু হন্দক্তি মাগী শনগী শাজৎ খণ্ডবনবা নত্তুগা তাঙ্গা চান্নকদবনবা, অদুক ফজবা শন্দু লৈবদি লায়বদুনা কনা অমত্তনা মমল ফাওবা হংলদ্রে। য়েংলম-য়েংলল্লগা লোইনা হন্নখ্রে। মদুনা মহাক্কী ৱাখলবু অমুক্কা হেন্না লৈতাহন্দ্রে। মথম্তা মমায় ঙাওলে। মবমদি মনিজাওগী শঙ্গোলগী শন য়োনবা শিংত্রে হায়বসি মঙোন্দা অচৌবা শীংনবা অমনি। মহাক পুক্নীংদা মওন-মওন খনবা হৌবকই। যূম্লোন-কৈবোন্নবা, লৈকাইগী মীশিংদা ৱাবৌবা ফাওবকই। 'মখোয়না নত্তনা কনানা ওইনি হায়গে ওম্বোক্না ফংখিদ্রবা মীশিংনি। মথৌ-মথৌ লৈত্রদুনা মীগী শনগী মবমদা তোকঙা শন্দোক্কনা লৈববনি। শনসিনা মখোয়গী মাঙনবা কয়া য়াম্না তৌবদুনা ! থাইনা ঙা-চাক খবা শোকখিব্রা ? মদুদি মখোয়না মপোৎ-মচৈ চেকশিঞ্জদবগীনি। শন্নবু মীদৌনা শিংবা য়াত্রা ! মীনা ফত্তুবদি হীদাক লৈতে।'

মনিজাও শাওনীংবনা মখোয়দৌ প্রোক প্রোক চাক্লা খাঙলে।

*

পোইন্নু লৌবোক মতুংগী অয়ুক্নী। মনিজাওগী নুপী মনিশং মচানুপা অতোনবা খোমদোনগা লোয়ননা মাঙ্গোল দাবী মপান্দা মনম নুংশা য়াইদুনা চাক চাবি। চণ্ডুম শেংবা ৱাদনবা পুখমদু খবব থাবগা থমদুনা চাবনি। মনিজাওদি অৱাংথংবা শম্বল মনাক্তা ইকজবা লোইদুনা শুমদোল্লবা খুদৈনা মশা-মউ তৈথোক্লি। তাঙ্গাদুদা কায়বংগী মহম্মদ বসিব মনাওনুপা জল্লানগা লোয়ননা মখোয়গী কোম্বোং লানশিল্লকই। শুমাঙ মতোন যৌবকপগা বাসিবনা লেপ্পুনা হংলকই,

—ওঝা মনিজাওগী য়ুম্বু অসিবা ?

—মানি, ঐ মনিজাওনি। কবি তাকপিগদবনো ?

মনিজাওনা খুম্নকপনি। মহম্মদ বসিবনা মখা তাবকই,

—এ, ওঝা ? শন হাতম অমত্তা থিবকপনি। ওঝাগীদা অমা লৈ, য়োল্লি তাদুনা চঙজবকপনি।

—চুমই, য়োল্লি ! সোমদা ওইনা লাকপিয়ু !

মনিজাওনা খুদে অকংবা অমা পবপ-পবপ হোংদোক্তুনা বসিব, জল্লানবু শঙ্গোলদা পুশিল্লী। বসিব শঙ্গোলদা পুল্লিবা শন হ্যাতমদু হেক উবমক্তদা খংপাম পামখি। পবপ-পবপ চংশিন্দুনা চেপথ-পৈথদুনা মুন্না য়েংই। হংলকই,

—ওঝা, শনসিনিকো, য়োল্লিবসে ?

—মানি য়েংবীয়ু !

মনিজাওনা খুম্বনি। বসিব নুংঙাইবা শকফম উৎলকই। খুদক্তা মপূক্লীংদা শন্দু-পুদনা য়ূমদা হল্লবোই হায়না ৱাবেপ লৌখি। পহুদনা শনগী মমল হংলকই,

—ওঝা, শনসিবু মমল কয়া হায়বীবিবগে ?

বসিবগী ইচং-থৌবা মতৌদু উবদা মনিজাও মায়থোং হাইফেৎ ঙানথোক্লকই। তাঙ্গা নাহোকহনবা য়াদে, শল য়োলহৌদবা য়াদে খন্দুনা খুন্লকই,

—থোক্লসি, শুমাঙদা।

মথোয় অহুম্মক শঙ্গোলদগী থোক্লক্তুনা শুমাঙদা মুডা থাদুনা ফম্লে। মনিজাওনা তপ্না হায়বকই,

—শনসি ঐনদি য়াম্না নুংশিনা তৌজবনি। নুংশিমন্দুনা মমিংসু ললিতা থোল্লিবনি। অদুবু ঐনা অহলগা ওইশিল্লকপনে, অঙাংশিংনা মহে-মশিং তম্বগী হোৎনবদা মথৌ-চীন্নবনে, ইমুংসিদা শন সেবা তৌবীনবা মী লৈবক্তদুনা য়োল্লবনি। শন য়োনবগী শেলনা মী হৌদোক্লবা, ইনাক খুনবা য়াবা হৌনদে। অদুনা মীনা য়োন্নবা চাংদগী খবদা ওইববসু তাগনি। লুপা লীশীং তবানীথোইদি পীয়ু !

বসিব থুনা খুমদে। খল্লী, 'মমলসি শন লৌবা য়াই, পংচাউ-চাউবা নত্তে। মচাসু চহী ফাদনা পোক্লবা তৌবা য়াবনি। চহী অমদা মচা অমা, চহী অহুমদা মচা অহুম, খোমদাসু ফজে। শঙ্গোম থোক্লদবা শন্নী। চহী অনীদা মমলদি লায়না হঞ্জিনগনি। অদুমকপু মমল অমুক্তসু হুন্নদনা কবম্না পোৎ লৌনগনি ?' শোম্বাংননা হায়বকই,

—লুপা লীশীং অনীদি হল্লুদনা ?

ঙইহাক ঙাংনববা মতুংদা মনিজাওনা লুপা লীশীং অমা তাদুনা, লুপা লীশীং তবামাথোইদা শন্দু লৈবা য়োনবা য়ানবে। শেল শুনা থীদুনা মহম্মদ বসিবনা শন পুদুনা চৎখিবা হায়নসু য়ানবে। মনিজাওনা হায়বকই,

—ষন পুবদা অপন-অবাক নৈতনবা দলিল অমদি ইনবনা চুমলোইদ্রা ?

—য়াই ওঝা, ইচানুপা লৈবীবা নত্রা ? ইচম-চম্না মৈতেলোন্দা হেক্তা ইহনসি। জল্লান্না শাখি ওইহল্লগা লোইবে।

বসিবনা খুন্নকপনি। মখা তাবকই,

—অদুদি ওঝা, শনসি শুমাঙদা চিংথোকসিনে ? দলিন্দা মশক-মতৌ, ফিভম-মূর্তি ফজনা য়াওহনসি। লম্বীদা থনানা শেল চাহৌবা ঙমদনবা ?

মহাক হৌগৎতুনা ফুবীংথাঙদগী শেল ময়োম অমা পুথোক্লতুনা জল্লান্দা পী।

—জল্লান, শেলসি থীবমউ। ঐ শন চিংথোক্লখিগে ?

মনিজাও য়েংদ-শানা শেলদুদা ফল্লপ য়েংই। খঙহৌদনা পুক্লীংদা নীংজিং-মাংজীনবা অমা ফাওবগুম তৌবকই। মমায় হাইফেৎ ভাঙশিল্লকই। অদুবু পদুদে, হৌগৎলগা বসিবগী মাঙ থাদুনা শঙ্গোল তম্না চৎখি।

মনিজাওনা কোনথৌবী থোক্লুনা শঙ্গোলদগী শন্দু পুথোক্লকই। থোঙগী পৌবোন হেক লাম্ফোকপগা মহম্মদ বসিবগী খুত্তা কোনথৌবীদু অমুক শিন্নে। বসিব কিবোই-কবিবোই কোনথৌবীদু শাংতক পায়দুনা মাঙ থানা মচীন্না 'চুপ, চুপ' তৌদুনা শন্দু শুমাঙদা চিংথোক্লকই। মনিজাওনা শনগী মতুংদা নক্লা ইন্নে। শন্দু হবাও-হবাও মখোঙ তপতক থাংদুনা বসিবনা চিংবদু য়াই। মতৌদুদা বসিব হবাওজে। খল্লী, 'শনসি ঐনা চিংবদা কয়াদা হবাওবিবা ' আল্লাহনা ঐগীদমক তন্নকপা শোয়দনা ওইগনি।' মচীন্না থোক্লা হায়বকই,

—ওঝা, শনসি ঐহাক্তা য়াম্না চান্নগদৌবি। ঐহাক্লা চিংবদা হবাও-হবাও য়াবিসি য়েংউ। জল্লান নঙসু য়েংউনে।

জল্লান শেল থীবা লোইবগা তাঞ্জা চান্ননা মখুৎ নাম্মনা শেলদু পায়দুনা বসিবগী মতৌদু য়েংলকই। মাসু মোমোন নোকচৈ। শন্দুনা তুলসি মখোঙ য়ৌবকপদা মনিশংসু চাক চবা তোক্লুনা পুখমদা ঈশিং হৈজীন্দুনা মখুৎ হান্নল্লগা শুমাঙদা কুমথবতুনা মপুবোইবগী মনাক্তা লেপলে। শন্দা য়েংদুনা বসিব তাননবা শোল্লকই,

—নংহৌবোইদবগুম হাথু-হাথু হেক তৌনৈ। খবা তপ্পা মচা অমত্তসু পোক্লগা য়োনসি হায়বদা শৃংয়া হেক য়াদবনি। ঐনদি ঐখোয়গী ললিতাসি য়াম্না নুংশিজবনি। য়োনগদবা পাম্মুজদ্রে।

—নুংশিবগীদি কবিদা হংউনি। অদুবু ঐখোয়না সেবা ঙমলোইদবনিনা মশা লুম্বকত্রিঙৈ, মতম চাবিঙৈসিদা য়োলহৌবনা ফবে হায়দুনা তৌবনি।

মনিজাওনা শমথবকপনি।

হায়ন-ঙাংনবিবশিংদু তাবগুম ঙাইহ্নাক তুমিন্না লেপ্পল্লগা শন্দু মঙক থাঙ্গৎতুনা মনাতোন্দু শুৎ-শুৎ চিংখৎলকই। অদুগা মনিজাওগী মাঙ্গোল্লোমদা মমায় ওন্দুনা মখোঙ পবপ-পরপ থাংখি। মহম্মদ বসিরনা থৌবীদু ম্লান্দুনা নাকন্দা মশা হাইফেৎ লৈথোক্তুনা 'বো, রো' হায়দুনা খামই। অদুবু শন্না ঙমদুনা চিংখিদুনা মাঙ্গোল উখোকতেন মনাক্তা মনিশং মমা-মচানা চাবন্নগী চাইরিবা চগুম-চনাইশিংদু খববদুগা য়াওনা 'চোপ, চোপ' চাখি। বসিব শনগী মতৌদুদা ঙক্লা মমীৎ কুপ্তনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ। অদুগা লৈথোক্লক্তুনা মনিজাওদা কিংত্তক হায়বকই,

—ওঝা, গৌরীসি অমুক্তা পায়বীখো !

মনিজাও বসিবগী বাদু তাদবগুম তুমিন্না শন্দুদা য়েংদুনা লৈ। বসির ঙাইঙমদনা মখুৎতগী থৌবীদু থাদোক্লল্লগা জল্লানগী মনাক্তা পবপ-পবপ চঙশিনখি।

—কদাই জল্লান, শেলদু ঐঙোন্দা অমুক্তা পীবকখো !

জল্লান্না ঙকচান্ননা লেপকক তৌবিঙৈদা মহম্মদ বসিবনা মখুৎতগী শেলদু খংলৌ-লৌদুনা ফুবীৎখাউদা কিৎ নমশিনখি। হায়বকই,

—চৎসি জল্লান, ঐহাক শনসি লৌববোই।

—কবি তৌবগে, ইচৌ ?

জল্লান্না হংলকপনি। মহম্মদ বসিবনা থুনা খুমখি,

—চৎতা চৎসি, ইচৌ কোন্না হায়গে !

বসিব মনিজাওদা অমুক ওনশিল্লকই।

—ওঝা, বাবৌবা য়াদে, ঐ শনসি লৌজববোই! চৎলগে !

মহম্মদ বসিব থোঙ্গাল্লোমদা পবপ-পবপ থোকখি। জল্লানসু চেল্লি-চেল্লি মতুং ইন্নখি। মনিজাও কবিমত্তা হায়বা খুন্না তৌদে। তুমিন্না অদুম লেপ্তুনা লৈহৌই। মমায়দু তপ্প-তপ্পা অসুম অসুম মকশিল্লকই। খঙহৌদনা হায়দোকখি,

— বোরদিন য়ৌগদবসু পংকুই কুইরম্নবোই। মবিংগী ইতাও কোবদুবু লাকখিদবা কুইবেদা !

০০০

# দশা

—ধননজয়বু হৌজিক ফাওবা লোইশিনদ্রিব্রা ?

মাঙোল ফম্মেন ফত্তা ফমদুনা পৈয়া শিন-শিনা ইবোতোম্বনা লাউখিবনি। থোইনুনা ইমুংদগী খুন্নকই,

—লোইবে, লোইবে, চাক চথোম অমত্তং চাথোক্লগা চৎখ্রসনু !

—লম্লগা লাম্লগা খবা ওন্না থোকখিবনা ফবনি।

ইবোতোম্বনা মথন্তা মখা তাখিবনি। থোইনুনা ধননজয়দা অমুক হায়খি,

—ইবুংঙো, ধননজয়, নফি শেৎপা লোইবব্রা ? লাকও, চাক অশাবসি চথোম অমা-অনীদং হপতোক্লবো !

—হোয় ইমা, লোইরে, লাকচবগে ?

ধননজয়না খুমখিবনি।

মীনিৎ তবাবোমগী মতুংদা ধননজয় ফুবীৎ-খোংগ্রাউ নান্না শেৎতুনা ইমুংদগী থোক্লকই। ইবোতোম্বনা মঙোন্দা য়েংদুনা হংলকই,

—লাইনিংথৌ খুকল্লব্রা ?

—হোয় বাজী, খুকমজবন্নে।

ধননজয়না খুন্নকপনি। ইবোতোম্বনা মখা তাই,

—কবি-কবিনো অবাৎ-অপা চেক ফজনা তৌ। এদমিৎ কার্দ হায়ব্রা, কোল লেটব হায়ব্রা অদুসু য়াওবেকো ?

—য়াওজবে বাজি।

—এ ! ভাবাদি ?

ইবোতোম্বা হৌগৎকে তৌই। অদুবু ধননজয়না খান্নকই,

–য়ারে বাজি, ইমানা পীবে। ইমা ঐ চৎলুখিগে। বাজি চৎলুখিগে।

–হোয়, হোয়; ফজনা চনীং তানা খল্লগা খুল্লমউ। ইন্টবভিউ চঙলমদাইদা নপূক্লীংদা স্ববস্বটি ইমাবু চেৎনা থাগোম্লগদবনি।

ইবোতোম্বনা পাউমেনখিবনি। অদুবু ধননজয় খুল্লমদ্রে। তফিং-তফিং থোকখিবনা হানদ্রে। মচাগী মতৌদু উবদা থোইনুনা অমুকসু মেনখি,

–ফিংগনু, তপ্না স্তান তানা চৎলুকো !

অদুগা মহাক ইমুংদা চঙখি। ইবোতোম্বদি মখুৎশূ থাদোক্তুনা মচানা চৎখিবদু মুন্না য়েংদুনা লৈরেহি।

ধননজয় ইবোতোম্বনা পোকচবা মচাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লাইহিক ফবা, হায়বা ইনবা, ঈং-তপ্না মচানি। অঙাং ওইহিবিঙে, লাইহিক তম্বা হৌবকঙৈদগী হৌনা ওসি ফাওবদা মমান্নবনা অমুক্তা লাকচবক্রি। পবিক্ষা অমত্তদসু ফার্ষ্ট দিভিজন্দগী তাবক্তে। দিল্লী য়ুনিভবসিতিদগী এম এ. লোইহবা মতুংদা মানদি দিল্লীদা চহী অনী অহুমদং লৈথদুনা হোৎনবগা আই এ.এস. নচিংবা সেন্ট্রেলগী থবক্কী পবিক্ষা থাখিগে হায়জবম্বনি। ইবোতোম্বনসু মদু পামখিবনি। অদুবু উপাই লৈখিদে। মানা লায়ববা লৌমী, ওইখিবনা ধননজয়গী মচল-মনাওশিংগীসু মহে-মশিং তমহন্দবা য়াদবনিনা মচানা হায়জবদু য়াবা ঙমখিদে। এম.এ ফাওবদং উচিন-নাচিম্না লোইহল্লগা য়ুমদা কৌথোক্তুনা মাগী মতেং পাংহনবা তাখি। অমবোমদা ধননজয়না য়ুমদা চহী অনী হেন্না লৈবক্রবা ফাওবসিদা মপা চাবা থবক অমত্তা ফংবা ঙম্লক্রি। অদুনা ইবোতোম্বা মচা ধননজয়গী মবায়বক করি ওইবক্কদবনো খনবদা অৱা কোকথোংনকববনি। অদুবু হৌখিবা থা অনীগী মমাঙদা থাখিবা এম.সি.এস./এম.পি.এস. কী অইবা পবিক্ষাদা থাক বাংনা পাস তৌবক্তুনা মখোয়গী বাখলগী অবাবদু খবমখৈদি কোকপা ঙম্লকখি। মখোয়গী অবাবদু উবীদুনা ঈশ্বরনা থৌজানবীবক্রে খঞ্জদুনা অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা হিংবা হৌরকখি। ঙসিদি মাগী পবিক্ষাদুগী অবোইবা ইন্টবভিয়ুনি। অদুনা ইবোতোম্বা থোইনু অনীমক্তা অয়ূক ঙন্না হৌগৎতুনা লাইনিংথৌদা মচাগী মঙ্গলগীদমক্তা থৌনিজদুনা মচাবু ইন্টরভিউ চৎহনখিবনি।

অয়ুক্কী পুং তবামাথোই তাদ্রে। ইবোতোম্বা খংনীং-নীংশিংলকপগুম মখুৎতগী থাঙ, বাচেৎ থাদোক্তুনা ফুক হৌগৎলকই। অদুগা থোইনুবু কৌই,

–ধননজয়গী মমা, থোইনু, থোইনু !

—কবি হায়গে, মেইবাক্তি ?

থোইনুনা ইমুংদগী থোক্লক-থোক্লক্লা খুন্নকপনি। ইবোতোম্বনা হায়খি,

—ঙসিদি আতিয়াসি য়াম্না শেংই। চাক চখোম অম-নীদং চাথোক্লগা লৌয়ায়গী লৌদু হাব চাইহৌকখিগে।

—নংহৌবোইদবগুম হোবে, হোবে তৌদ্রবসু হয়েং অয়ুক ওইনা ঙন্না চাইবীকবা য়াবদুবো !

থোইনুনা খুন্নকপনি। অদুবু ইবোতোম্বনা ককলকই,

—মদু য়াদে ! নোং তাবক্লবদি তম্বা ঙন্না, ববিশা মতমদবো ? ফবক অমা তাহৌদুনা মতম চানা হাব চাইহৌদবদগী ফৌদু শোঙ্গুনদুনা লৈববনি। 'সিদগী অমুক্তা থেঙথপ্রবদি ফৌদু য়াববোইদবনি। হাব চাইক্ববসু ফৌহাম শাৎকদৌবিবনি।

থাম্বা য়াববোই খঙলদুনা ইবোতোম্বনা ঙাংবা লোইফাত্রিঙৌদা থোইনু ইমুংদা চঙখিদুনা মপুবোইবগী চাক শেমখি। ইবোতোম্বসু হৌগৎতুনা নোংমগী চাকচমাঙগী তৌফম থোকপা লাই-তীন খুক্ন্বা, লাইশোন-তীনশোন কায়দনা শৎ-শৎ তৌশিল্লী। লোইবগা চাক পবপ-পবপ চাথোক্তুনা লৌথাও ফুবীৎ-খোঙগ্রাউ হোংজিল্লী। অদুগা হাব থাউ অথনবদু থোইনুগা সাইকলদা থাঙৎমিন্নদুনা লৌবুক তম্না ইনখি।

নুংখিলগী পূং অনীমখায় তাপ্রে। ইবোতোম্বা লৌ হাব চাইবা লোইদুনা লৌবী ঈথোঙ থিংবা হোৎনবি। তাঙ্গাসিদা ময়াম্বা ইবোচৌগী মচানুপা অতোনবা খোমদোন সাইকল য়াঙনা থৌদুনা লাকই। মাগী লৌবাগী শোবোক মতাইদা সাইকলদু ষ্টেন্দ হাইথদুনা থন্নগা ইবোতোম্বগী মনাক্তা হাথু-হাথু চঙলকই। মতৌদু উবদা ইবোতোম্বনা মমায় হাইগত্তুনা কৌই,

—কবিগীনো খোমদোন, হোবে-হোবে চেল্লক্লিদি ?

খোমদোন্না শ্বব থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা লাওতক্লনা হায়বকই,

—কাকা, কাকা কৌবা লাক্লিবনি। চৎলসি কাকা !

খোমদোনগী মতৌদুদা ইবোতোম্বনা মমীৎ লংখৎতুনা হংলকই,

—কৈদৌরগেনে ? মবমদু হান্না হায়খোনে ?

—তামো ধননজয়দু ... !

খোমদোন মখা তাবা নংদে, ইবোতোম্বনা থৎপনা হানখি।

—ধননজয়বু কৈদৌববা ?

—কাঙ্গিপুবদা বোম পোখায় হায়, অদুদা ... ?

—অদুদা কৈদৌববা ?

—অদুদা আর্মি অহম শি হায়। অদুদগী মফমদুদা আর্মি, কম্মাদো ময়াম খোমজিল্লক্তুনা অচং-অওক, গারীদা লাকপা মী লোইনা চিংথ-চিংথদুনা ফৃবা, শোবোক্তা উপহল্লগা মথক্তা কাখৎতুনা বটনা শুবা, বুৎনা নেৎপা, কাউবা-খিনবা য়াম্না তৌই হায়। নোংমৈনা কাপ্পসু য়াওব্রা খঙদে।

—ভাইখোনে, অদুবু করম্বা মতম্রদনোনে ? নঙগী তামোদি ভসাই অয়ূক পূং অবেৎমখায় তাগ্রিঙৈনা চৎখ্রবনিনে।

ইবোতোম্বনা চঙক্লনা হায়খিবনি। খোমদোম্না ওক্লকই,

—থৌদোক্তু ভসাই অয়ূক পূং নীপানমখায় অদুবাইদা খোকপা ওইবমান্নি। তামোখোয়না তোংবা বসতুগী মমাঙমক্তদা খোকপনি হায়। ঐখোয়না পাউ খেঙনা ফংবগী ওইবমান্নি।

—খোমদোন, নঙগী তামোদুবু .. !

ইবোতোম্বনা শোষ্ণাংননা হায়বকপনি। মহাক মখা তাবা ঙমখিদে। মশাদু তুবোই-ভাগ্রেইনবকই। খোমদোম্না চেনশিন্দুনা মাগী খুজেংদা তাপ পায়।

—কাকা ! পাখৎখিনু তামোদু কবিসু তৌবগ্রেই। মীচম শিবমক্তি য়াওদে হায়।

ইবোতোম্বা হন্থবকই। খোমদোন্দা চোকথনা য়েংদুনা হায়বকই,

—চৎসি খোমদোন !

ইবোতোম্বনা মাঙ থাদুনা মখোয় অনী থুনা লৌবুক্তগী খোক্লকই। চৎন-চৎনা মানা মখা তাই,

হৌজিকপু নঙগী তামোদু কদাইদা লৈহৌবি হায়গে

—অশোকপা মী অয়াম্বা লম্ফেল ডাক্তবগা, পোবোম্পাৎ ডাক্তবগদা পুই হায়। তামোদু পোবোমপাৎকী ডাক্তবদা হান্না পুকবা ওইবমান্নি। হৌজিক্তি লম্ফেল ডাক্তবদা লৈবে হায়বগুম তৌই। য়ুমদসু হংনহৌবি। মৌবগা খঙলনি, কাকা।

—খঙদেদা খোমদোন নঙগী তামোগী মবাইবকসি !

শোবোক মৌবগা মখোয় অনীমক সাইকল য়াঙনা থৌদুনা য়ুমদা লাক্লে। ইবোতোম্বদি য়ুম মৌবগা কুইনা পন্থদ্রে, ফুবীৎ-খোঙগ্রাউ হোংদোক্তুনা থুনা অমুক লম্ফেল ডাক্তবদা চৎখ্রে।

মথং নুমীৎকী অয়ূক অঙনবনি। হোসপিতালগী অনাবা লৈনবা কাগী ফম্মুংদা ফৈগন, থবাক, পাম্লোম, লাইবক্তা বেন্দেজ অঙৌবা য়েৎলগা ধননজয় লোংনা

মমীৎ উইশিন্দুনা হীপলি। ঙৈন্দা লীক্লি য়াব্দুনা ওইথংবা খুৎকী খুজেংদা শিবিঞ্জ খিন্দুনা দেস্ত্রব্রোজ কাপ্লি। বাখলনা লুন্নবা ইবোতোম্বা ফম্মুংদুদা মপান্দা মখোঙ য়াম্ভদুনা মক লুক্রা কন্নি। থংনবা ফম্মুংগী অনাবা শেন্নবা পাখং মচাদুনা মখুৎতা মণিপুরি খবব অমা পায়দুনা চঙলক্কই।

—অঙ্কল, ঙসিগী খববনি, য়েংবীয়ু !

ইবোতোম্বগী খুত্তা খববদু পীরমদুনা মহাক মাগী অনাবদুগী হীদাক লাংথক শেম শাখি। ইবোতোম্বা তন্দে-মান্দে তৌনা খববদু ফাদোক্তুনা য়েংই। অহানবা লমায়গী অনীশুবা কলমগী মথক ইথং থংনা অপৌবা ময়েক্লা হৌদুনা ইবিবদু উই। মুন্না য়েংদুনা খোঙ্জেল থোক্তনা পাখে।

“ঙসি অয়ুক কাঞ্চিপুর মনাক্কী নেসনেল হায়বে নম্বর থটিনাইনদা ইন্দিয়ান আর্মিগী মথক্তা লান্দাদুনা ওফিসার অমা য়াওনা আর্মি অহুম হাৎখিবদু ঈবৈ কনবা লুপকী নীংতম ইহৌগী শকক অমা ওইনা মেজর কম্বনা লুচিংবা লাম্মী শীংলুপনা তৌখিবনি হায়না ক্লেম তৌবক্লি। লুপকী লাম্মীগী মায়গৈদা অশোক-অপন অমত্তা য়াওখিদে। অমদি মখোয় পুম্নমক তেক্ত-কায়দনা কন্ট্রোল বেজদা থুংলবে হায়বি। ... ।”

লমায়দুমক্কী অহুমশুবা কলমগী ময়ায় ওইবপ্পা অমুকসু ইবমই,

“ঙসি অয়ুক কাঞ্চিপুর মনাক্তা আর্মি পেট্রোলিং পাটি অমদা মশক খঙদবা মীওই খবনা শক্তি লৈবা বোম লংশিন্দুনা আর্মি অহুম শিহনখিবগা মবী লৈননা আর্মি, কম্মান্দো ময়াম থোমজিল্লক্তুনা মনাক নকপদা লৈবা অমদি অচৎ-অওক পুম্নমক্তা নুপী, অঙাং, অহল খাক্তনা নুংশি হৈতনা তমথীনা ফুখি-ওৎখিবা অদুবু ঈবৈ ইমা লুপ্পা কন্না য়ানীংদবা অমদি পেন্দবা ফোঙদোক্লক্লি। অসিগুম্বা খিঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাশিখোংদা তাইনবগী থবক অসি অমুক হন্না তৌহনবীদনবা চীফ-মিনিষ্টবদা অইবা চেবোন পীশিন্দুনা বাকৎপ্রে। অমদি থৌদোক অদুবু পেন্দবা ফোঙদোক্তুনা হয়েং অয়ূক পুং তকক্তগী হৌনা পুং কুনমবিগী মণিপুর বন্দ কৌপ্রে। .. .।”

তাঙ্গাদুদা মঙক্তা কেমেবা য়ানবা, পাম্লোম য়াওদবা বাওথাংনবা মচুগী জেকেৎ লীৎপা চহী কুন্থ্রামুক্কী লেংগা ওইগদবা নুপা অমা অনাবশিংদুদা চেপথ-চেপথ য়েংদুনা চঙলক্কই। অদুগা ধননজয়দা মুন্না য়েংদুনা ইবোতোম্বগী মমাঙদা লৈপ্লে। ইবোতোম্বা মঙক নোংখৎতুনা নুপাদুদা য়েংই। তাঙ্গা লৌদুনা নুপাদুনা হংলক্কই,

—অনাবসি ঙবাংগী কাঞ্চিপুরগী থৌদোক্তুদা য়াওবদুনিকো ?

—অ..... হোয়, ই....বুং.... ঙোবু ?

ইবোতোম্বনা নুপাদুদা মুম্না য়েংদুনা লকক তৌনা খুমখিবনি। নুপাদুনা মখা তবকই,

—খুবাইবুংঙো, চিংনবীগনু ! ঐ প্রেসকী মীনি। অকৃম্না বাবোল খবা খওজনীংদুনা লাকচবনি। মহাক্কী মমিংসি ধননজয়, পাপান্দগী ?

—অহোয়, ইবুংঙো !

ইবোতোম্বনা খবা য়াংথোক্না খুমখিবনি। নুপাদুনা অমুক মখা তানা হংলকই,

—মহাক এম.সি.এস./এম.পি এস. কী ইন্টরভিউ য়াওবা লাকখিবনিকো ?

ইবোতোম্বা খুম্বা ওমদে, লুকথদুনা মমীৎতগী মপি তৈথোকখি। অদুবু নুপাদুনা পাউখুম ফংলবগুম ধননজয়গী মমায়বোমদা নকশিন্দুনা অমুক হংখি,

—হৌজিকপু অনাবসি জ্ঞান তাদ্রিববা ?

ধননজয়না মীকপ থোক্লকপগা মপা চান্নবন্দুনা নুপাদুদা মুন্না য়েংলকই। নুপাদুনা মঙোন্দা নোকফেং তৌনা য়েংদুনা হংই,

—'সোম জ্ঞান তাবীবেকো ?

ধননজয় খুমদে। অদুবু তপ্না মঙক নোমদুনা মহাক জ্ঞান তাবে হায়বা খগুহল্লী। নুপাদুনা অমুকসু মখা তাবকই,

—ওবাং আর্মিশিংদুদা 'সোমগী ইন্টরভিউগী কোল-লেটবদু উৎপিখিদ্রা ?

ধননজয়না বানা পোখা-পোখা খুমই,

—মদুগী মতম ফংখিদে। গাবী হেক খান্বগা চিংথদুনা লাইবক্তা নোংমৈগী বটনা শুবকখি। অদুদগীদি ঐ জ্ঞান তাখিদ্রে।

—কোল লেটবদুদি হৌজিক য়াওবীবিব্রা ?

নুপাদুনা অমুকসু কোৎথবকপনি। ধননজয় মপাদা য়েংলকই। মচাগী ইঙ্গিৎতু খগুদুনা ইবোতোম্বনা কুহুদুনা ফম্মুং মখাদা থল্লিবা বেগতু চিংথোক্নুনা ধননজয়না ওবাং লীৎলম-শেৎলম্বা ফুরীৎ খোঙগ্রাউদুদা কোয়মা মাই। মমৈদা ফুরীৎকী থবাক্কী ফুরীৎখাউদগী কোল লেটবদু লৌথোক্নুনা পায়বগা হৌগৎলকই। মানা হৌগৎলকপদা কদোমদগীনো খগুহৌদনা নুপী য়াওনা মীওই মবি/মস্তানা ধননজয়বু কোয়শিন্দুনা লেপ্পুনা লৈবমই। মখোয় লোইনা কেমেবা য়াম্লী। মখুৎ-মখুৎতা বোয় মচা অমমমসু পায়। ইবোতোম্বা মখোয়বু উবদা ওক্নুনা লৈ। অদুবু অহানবগী নুপাদুনা মাগী মখুৎতগী কোল-লেটবদু লৌদুনা হাইফেৎ য়েংলল্লগা ধননজয়গী খুৎ য়েত্রু খজিত্তং থাঙ্গৎতুনা পায়হল্লী। ধননজয় চিখৎতুনা অনাবা খাওই। মতৌদু উবদা ইবোতোম্বা মীকুপ অমত্তং ওকচান্নবপ য়েংলল্লগা চঙশিন্দুনা ধননজয়গী

খুত্থু ভাকই। তাঙ্গদুদা ময়ামদু মাগী মাগী কেমেবাশিংদু থাঙ্গৎতুনা 'ক্রেক, ক্রেক' তৌদুনা কোটো কাপ্পবকই। নুপাদুনসু কাপখি। অদুগা মখোয় লোইনা মরী-মরী অমুক থোক্লখি। অহানবগী নুপাদুনা মশোং হাইফেৎ ফন্দুনা খোঞ্জেল লুম্না হায়রমই,

—অসিগুম্বা আমিগী কা হেনবা শাজৎসিদনি মখোয়বু প্রজাশিংনা য়াম্রিবসি।

খুরাইহ্বুংজো, হিউমেন রাইটস কমিসন্দা কেস অমদি ফাইল তৌবা চুম্বনি।

অদুবু ইবোতোম্বা মাগী বাহৈদুদা পুক্লীং কম্না লুপশিল্লুদে। মথা তানসু হংথরুদে। মথন্তা তুমিন্না হন্থদুনা খলহৌই,

'হৌজিক্তবু কবিনো তৌগদবা ? ইচানা অহীং নুংথিল খাঙনা, অবা-অনা কিদনা থবায় খুবাক্তা হাপ্তুনা হোৎনবকখিবগী মহৎবু অসিবা ? মসিগীদমক বাকৎফম্বু লৈরিব্রা ? অমবোমদা কনাদসু য়েংতনা, কনাগীসু মতেং য়াওদনা সমাজদা মায় পাক্লা অরেম্বা পুন্সিগী লম্বী অমা য়াৎচনবগী লীচিংদা পায়রম্বা চেজেং অসিনা ওন্ন-তৈনবদা লৈবাক ইবাং হৌহন্নবগী পাউজেল চে ওইগদৌবিব্রা ?'

ফল তাদে ইবোতোম্বা, হঞ্জিন-হঞ্জিন খল্লুববা মতুংদা লাইবক্তা অইনজবা নতনা, 'ঐখোয়দা তাবিবা দশাসিবু কবিনো ?'

